# লাইকিশি



এলাংবম দীনমনি

ফংফম থোকপা
© অইবা

ডাঃ ইবেহায়বী অমদি দিনেশ্বর সিংহ এলাংবমনা, বোবী পব্লিকেসনস্, শীংজমৈগীদমক্তা থহানবা ওইনা, কোপী ৫১০ 'সুচেতা প্রিন্টিং ৱার্কস' লোকলাওবুংদা নমথোক্লগা ডিসেম্বর ১৪, ১৯৯৭ তা ফোঙবা

শ্রীঅরিবম চিত্রেশ্বর শর্মা খোংমননা মখুমগী মওং শেম-শারগা TEMS, Singjamei দা নম্বনি।

মমল লুপা নিফুমঙাদং

[ Laikishi a shortstory collection by Elangbam Dinamani pubd. by Dr. Ibehaibi and Dineshwar Singh Elangbam for Bobi Publication Singjamei, prtd at Sucheta Printing Works, Loklaobung ; 1st ed; 1997 Price– Rs. 45/– ]

# ৱাহৈ অমনীদং

মতম মতমগী মতাং মতাংগী খোজুবা ঙমদতুনা খোংহৌবা ৱারী খরা মরক্তা চংপা মথেনগুম য়েনজবগী মওংনি। সাহিত্যগী লাংবা উসোব মরকসিদা ওন্থোকপা হায়বতুনি পাবগী তুম্বা ৱারবা অহল-নহা খরদি শোক্লুরগদ্রা খঙদে। লৌখংপা য়াবা য়াওদ্রা ময়েংবিবদি মতাবনি! খাঙবদি তাবনি।

হন্দক্কী অসিদা মথেল অমা ওইনা মফম-মতাংগী ৱাখল থোইনা তৌকবা লৈতনা ইহান হেক হান্না হোংনজখিবা মৈতৈরোনগী অমা হাপচরি। মীংয়েং কয়ামুক্তগী অরাং-অপা অহো-অরাক্না পিক থন্না য়াওই খঙ্জে। অতুবু পুক্লিংগী ওন্থোকপা ইহুল অমদগী মহাপচরগে লেপ্তুনা হাপচবনি। ঙসিদগী চহী কুন্থ্রাঙমদোইমুক্কী মমাঙদা শেমখিবনিনা মথোঙদি ইচা অতুম মচাদ্রে। অতুমকপু কয়ামুক য়ান্না মতা চাদবগে হায়বসি য়েংবদা নোংরোক-নক্তি তাগদবা লৈতবনিনা অতুম মথেংচিনজরে। চংনবা মওংগী য়েংতুনা বানানদংদি খরা শেমদোকচৈ। অতৈদি হান্নগীতু চপ চানা থমজবনি। অহানবা হায়বসিসু ইহুল মওং অমনি। পোংতাগী ঙাকসু নত্তবা লৈ।

তাবীনবরু লৈরবদি পুন্সি অসিমক হৌখিতুনতা লৈরবা ৱারীনি।

পাগেদি খনগুম তৌরগা শংদবনা পারোইদবশিংদা শিন্নজরি।

ইম্ফাল

দিসেম্বর ১৪. ১৯৯৭

এলাংবম দীনমনি

## য়াওরিবা য়ারীমচাশিং

# নেং-নেং কোং !

থায়না থায়না মমাংদগী মুকচং নত্তবা মতম অমদা তেক্লা, লাইরেম্বাক-কুপ্পা মফম অমদা ইনুদবী নুপী অমা লৈরোইরে। নমিং অমা তেক্লা কোইথুনা তৌই। হান্না কৌনরম্বত্ত মচাশিং মনৌশিংনা য়ানীবা খরা য়ানীদবা খরা মোং মান্নদবদগী অতোপ্পা অমা, কৌননবা কন্না লাক্লি হায়না তাই। মচা তারেং পোকই। মমাগা অমত্তা লৈমিন্নদে। মহৈ তম্বা চংনখিস্ত হায়রে খরা অমনা তম্বিবা চংখিবনিস্তু কন্না হায়নরি। ভাব ইত্তা তাননা খঙনদব-দৌনা তৌই।

ইনুদবী অসি মথম্মত্তা অহাং অথেংবা ফাওবা। থবক শুত্লনা লৈ। নেং-নেং কোং .....

......তরে য়োঙগী থোকলকপা মখোল : মখোল নত্তে, ঈশৈনি : ঈশৈ অসিনা নুপী অসিগী মচানি : মশুংনি : শাংগোল-নাইতে বারী সম্বন্ধনি পূম্নমক্কি। তরেংদগী তারকপা তাস্থা : তাস্থা থোক্লকই নেং নেং কোং। অহৌ, অসিনা থেংজিল থেংজিল্লক্লগা ময়েক শেংবা নুংশিবা হেনগংলকই নেং নেং কোং। অয়ুক নুংথিলদি ঈশৈগী খোঙ্জেল অসি ফাওগনংবা ওমদে নুংশা। কনখং কনখংলক্লগা তৌবা অস্থুম অস্থুম হেনগংলকপা অঙংবা, অফুবা, অয়াঙ্কপা শিনশঙশিংগী মখোলনা নমহংখি। অচুবু চাওখং খোঙথাঙগী শিংলি-নাউরি পূম্নমক্তা ইপাং পাংথরক্লুনা পৃথিবী মশুং অসি অখোন চৎলক্লবা মতমদদি মোল্লবা মোইথাংপকী মেঙলবা শৈহেক অসি মনৌ তম্না ইকপা ওস্মকই। নুপীজা চনু অসিবু শুমহংলি। ইনুদবী অসিস্তু সুর অনদি তালগী মরক্তা মদোম মথমোয়দা শৈঙশে। অরুক য়েন্দাগী য়াইকায়রোলনি লোয়ননা অহাং অথেংবগী নাউশুমনি। অনীগী মরক্তনি মৈজৌরোলগী তরেংনা লৈরিবা নেং নেং কোং ... ..

চক মরী কয়া কয়া ঙংলকপা ঈশৈ অসি ইাকান কোনবগী কোম্ম চক অসিগী খাইবোক চল্লকপগী অস্বায়দা মরক্তা লকক তৌরকই। হম্নুদবী চন্নুনা খঙবদ নত্রে উবস্নু উরে : তুরানবা চঙলে। চক্কী অহীং কয়াদগী লোন্দুনা লাকপা থোঙজাওগী থোঙনা লেল্লগা তুরানবা অম্না (নত্রগা খন্না) চঙলক্লে। হৌখিবা ঈচাও কয়া নোংলৈ নুংশিং কয়াদা মৈরী ফেৎ হাইখিদবা থাংমৈগী মরুমদা লোন্না লৈশিন্দুনা য়ুম্বুরেপ্পী অসি তুমখিবা ঙাইতুনা লৈরে।

— ইতা থাংমৈ .....

নৌতুনতা লৈবী চন্নুনা ৱারী হৌরকই --

— ......

— হাই ! করি দোৱে ঙসি ইতা নঙনা খুমদ্রবদি ? নঙবু ঙাইহাক উইরুরবা জাংলা নংহিক্তুরগনা ইমুং অসিদা মীতোপ চঙলক্লবা জাংলা। অমম্বা শরূক লৈবা নরুমদা লোতুনা লৈরবা জাংলা ! লোংলি-লোত্তে খঙনবা হন্দক অমুক্তংগা কৌগেকো। উইরম্মবস্নু নমীং শিংবা য়ারেনা। এনা উইদ্রিঙেদা নঙনা হানবস্ন হৌনদে। তুম্মুরব্রনে ইতা নঙবো ?

— উইদে উইদে নতৌ য়েংগে তৌবনি ইতা-ও !

— তো এনা হায়দ্রদো হৌজিক্তি খঙঙে।

— করিবো !?

— হ ! নঙ উইস্নু উইদে তুমস্নু তুমদে নমীংস্নু শিংদে হায়বা। কৈদোৱে নখোন্দুদি নুপীমরক-নুপামরক্তা বোরো বোরো লাউরবদি। লোক থুংব্রা ?

— থুংদেদা।

— অতুদি মীরোনগী ৱাহৈ ময়াম নশাগী মান্ননবা মুকথেকপদা নয়াতু নোম্ম-বরা হায়বনি ?

— নোমদেদা।

— নশাতু হাপোই-হাপোই তৌবা মানবা।
তৌদে-তৌদে। চঙ-চঙ লাউরি।
অতুদি ৱারী মখা চথরগে, ঙরাং লৌখিবতুগী মখা —।

— নঙবু তুমখিরোইদ্রো ?

— কদায়দগী সুংঙৈদবু তুম্মি হায়ব্রো ইতা নঙবু ঙাওরবো। কৈনো ইতা নঙসি ঙসি কৈনো খুত্তা অনা ইতৌ তৌইকো চোংথোক-চোংশিন অমুক তৌবগী ঈরাং লৈরব্রা কৈনো ?

— লৈতে লৈতে। লীরোনে এদি তানীংবনা মহা ওইরবনে।

— ঙরাংগী রারীত্ কদায় য়ৌখরে ? ......

হুরানবা কোকচাওবী ভুং কায়। মতীন য়োংপদা পল্লি। মমাং মনা লংখৎকে তৌই। চোংশিন্দুনা চরম মেংলসিরা হায়দনা খনবা হৌগে তৌরকপগী অত্তুদা হন্নুদবীনা মখা চথরকখি -

রাহং অসি নঙোন্দা হংঙরোই। কান্নবা থোইনা লৈত্রে নংক ইশক খঙনরবা পোংমি। ... হুরানবা চঙলে ....

— হা !

— হ, রারী মখাদুবু হায়বা। পীক্তক চেংতক মশেক মঙাল তানা পাঞ্জরিবা চীংপলনা চেৎনা খারিবা য়ুম অসিগী মনাংথোঙলোমদগী থোঙনা কাপ-খায়রগা লীংশিল্লক্রে।

— এ, হুরানবনবো ?

— হুরানবা কাঙবুদা মপূগী মীসু য়াওরিবনিদা, হুরানবা।

— এ, এঙোন্দরা ?

— নত্তেদা ! হৌজিক্তি হুরানবা হায়বা অমা তোঙান্না লৈত্রেদা। লোয়নমক ইতোং তোংশিন্নখ্রবা পোংনিদা। নঙসু হুরানবা এসু হুরানবা।

— এ ! এবুদি এ ওইরে নঙদি করিগী ওইদৌরিবা ?

— হুরানবা ফাবা তারবদি হুরান লোনচং চংলোইদ্রো : হুরানবা ওই-দ্রিবো। হুবদি ইহু হুনবা ঙাক্কি। মখা তারো —

— ইতা নঙগী রারীসি ফনা নুংঙাইদৌরিবা মাল্লে।

— ফুংনাক রারীবু নুংঙাইতে হায়ব্রো !

— এ !

অদগীদি কমদোগে বু, হুরানবা ইমুংদা চঙলক্লে। হেক চঙলকপগা অতে তৌদে মৈ ঙাননা থাঙ্গংলি। কাচিন কোয়া য়ৌনা পুমঙান ঙানহল্লি।

— হুরানবনবো ?

— পোং থিবা মুংঙাইনবনিনে ইতা। অশিংবা হুরানবনিনে। ঙাল্লবতুদদি পোং পুম্নমক লোইনা, ময়েক শেংনা উরে। উরবা হায়বতুদদি অপাম অপাম্বা তাপ-তাপ — তাপ .....

— খোমজিল্লিবা ?

— নত্তেনে মাঙহল্লিবনিনে। লীরবা লম্বেল তাপ-তা পায়; তাবু ফাক্লগা মল্ল-মল্লবা লাইরিক খল্ল-খল্লগা তাপ-তাপ-তাপ

— অমনবরবো ?

— মরৌ নৈবা হুরানবনিনে ইতা। মথংদা পুক মরী তাপ শুই; লীরবা চাক তাপ লোংলগা অনৌবা তঙ্গাদা য়াইঙং হেক্তা থাকই। অঙ্গংবা ঈশিং-পুন হেক্তা কাপথায় অনৌবা অশাবা অরংবা ফু হেক্তা খিল্লি।

— কৈদৌননা ?

হু থকপা তম্ব-তম্বীনবা ; হৈনবা-হৈহন্নবা।

— কৈনোনে হায়রিসিবো !

শিনা শিনা তিংবদা মুংঙাইবা তম্বীবনি। হিংনা হিংনা শিবগী অরাবা কাঙহনবনি। লোইশিল্লকপদা মফি মুনবিরে। পাদ্রিং পাবা খুংকী লংনা শাবা ফি লৌথোকপিরগা য়াম্না থাবা মিংশেনগী ফিজোল শেং-চিনবিরে। ফজহল্লে। কোয়েং ককথংপিরগা মায়উপ পীরে। মিংশেল মথঙ্গা ওন্তোক্লগা য়েংহল্লে। হরাওনা নোকহল্লে। মমি উবদা পোল্লে। মমি অশেংবতুদি অশোমথংবা লুপাহিদাক তৈদবা মায়কৈদা তারি হায়বতু খঙহন্দরে। মাগী মনক নত্তবা মমিতু উবদা কয়া মুংঙাইজরে। হরাওখিবনা অমুক্তোইনা মমিং ওল্লে, মথা ওন্তোক্লে; মমা-মপা ময়াম্বা মখুরা পুম্নমক ওন্তোক্লে। মবুধৌ পূরেল নাককপড়বু কয়া ফজনা য়েক্লে—মনাতোন তশাং-তশাং, মমীং তরাও-তরাও। অরোইবগী অদুদদি ময়ুম-ইংখোল

মমিং মথা ওল্লে। মমাঙথোঙ লোল্লগা মনীংথোঙ অরাংথোঙ মথকথোঙ হাংলে। পল হেক হোগায়খিবদগী মায়কৈ পূন্নমক্তগী মচু মখল কয়াগী ঈশিং অসিনা ৱা-ৱা-ৱা-ৱা! ঈচাও থোরক্লে। হৌজিকস্তু থোক্লি।

- হৌজিকপো?

— হৌজিক-হৌজিক। য়ুম্বুরেম্বী মমা অদু য়াম্না কুইনা মখোঙ মখুৎ হোত্তুনা লাক্লরম্মী। খাঙবা কনবী মপাঙ্গল মথৌনা লৈবীনি। কন্না হোংনরম্মী। মচাশিংগীদমক্তা লৈজবী থাত্তনা হোংনবনি। ঈনোংনা অস্তুম অস্তুম তেনগংপগী শরক্তা ওই। মমৈদ-মমৈদদি চায়াম পোক্পীনি হায়বা উংলগে মচা ময়াম লৈরি হায়না চাউথোকচরগে খঙহল্লগে হায়ত্তনা লাউবা হৌরক্লে — "... পারী ঈমোমশা! নপাম ঈহৌরে; লাইজ ঈকল্লো .. " অহানবদা তপ্পি তপ্পি লাউরম্বত্তনা অস্তুম অস্তুম হৌগৎলক্লে। হৌজিক হৌজিকস্তু লাউরি .. লাইজ ঈকল্লো. লাইজ ঈকল্লো ... ঈকল্লো ..

— মচাশিং অমত্তা তাদবরো? কল্লদবরো?

তাদি মতারিনি। লাক্তুনা কল্লবদি থেংনদ্রি। কল্লনি হায়বগী পাউদি তারগুম তৌই। অদুবু চপ চাবদি খঙফাদ্রি। নঙ ইচাশিংদা পাউ হায়বিগেরা ইতা?

— করি পাউ?

- ঈহৌ অসিগী অতুগা ।

অতুগা করি?

লেপ্পবা তারেঙগী ঈশৈ ঙাল্লিবা থাউমৈগী মঙালগী -- ।

— ঙাইখো ইতা, ৱা অমত্তা হংখিগে। নহানৱাইদি লাউবদগী লৈকাই হোংচিল্লক্তুনা হূরানবা ফাখিবদাইনে? অদু হৌজিক্কীনা কৈদৌরবা?

-- লৈকাইনা নঙবু থাজিল্লক্লবদা ঐনা কৈদৌক্লরনি!

ইম্ফাল/১৯৯৫

# ছুটী ছুটী কালেন ছুটী

মীগী মপা-মমাদি মচাশিং কালেন ছুটী থোরক্কনি খনবদা ভুংঙাই-রমগনি, ঐদি ইচানুপা অতাঙবত্থু হন্দক্তি থোরক্কবা মাদে থোরক্কনি হায়বা তাবদা লেংখৎপী হৌবসি কাঙগে তৌই। মকোইনে মরাংনে ফুরিৎ চাউরাং অমগা খোংগ্রাও তন্থায় শাংবা অমগা য়ুমদা তুম্বদমক হঙিল্লকদবা খল্লুবদা অকিবা পোকই। থোকত-থোকপিরক্লগদি হায়দুনা শেল হেন্না-হেন্না থাবনি। হন্দক্তি পরীক্ষা অচৌবা লোইবনে, স্নাইককুম্বা অমনে কালেন ছুটীনে মরী মরী শাংনা শম্নখিবদগী থোরক্কবা য়াদদনা থোক্লকপা তারে হায়দনা পাউ হায়রকই। হায়রকপা নত্তে, মশানকা হায়বিরকপা পোৎ নত্তে, মমান্নবা অমদা খরা হায়হনবিরুচো হায়দুনা তম্মকপদগী তাবনি। মমান্নবা অত্থুনস্থু করি করিনো মরম ময়াম অমা পীরম্মগা থুংলগদবা নোংমা রাংলিঙৈদা খঙহল্লে। ঐঙোন্দা পাউত্থু খঙহল্লম্মগা মমান্নবা অত্থু থোকখিবগী অত্থুদা শঙ্গায়দা খবর পাত্থুনা লৈরিবা বাজি (ইকুবোক) না লুনা তৌজগ্রবা মশুন্নুপা অত্থু থোরক্কনি হায়বা হাইফেং তাখিমাল্লে, তান্নত্থুনা কৌরুই --

— হো ইবুংঙো সিবি, .. সিবিরো ?

— ঐবুরা পুপু ?

— হোয়নে। কৈদৌবা সিবি .ঐখোয় গোপালজীরো থোরক্কনি হায়বো ?

- নত্তে।

- হৌজিক নঙনা মমাদা হায়রম্বত্থুবু সিবি নত্রানে ?

— সিবি ?

— হোয়নে, ঙসিরা হুয়েংলা থুংলরনি হায়বত্থুবো ?

— অহুদি কেনেটনি।

— হো, অদো। কেনেট অহুনিনে সিবিদে', গোপালজী।

য়ান্নমক লুনা তৌজবা মশুনুপানি। পীক্লিথৈদা শন শাহুনা চংলকপা মতাংদা গোপালদেবনা লহু মখুং নাম্মনা পায়রগা চংপা মাল্লি হায়দনা গোপালজী হায়না কৌজখিবনি। অশেংবা মমিং কেনেট হায়বসি শীজিন্নদে। মমীংতা মশু উবা ফংদনা শিরগন্দ্রা নুংশা থিজহুনতা লৈরম্বনা থেঙনা অমা তরক তরক ফংবদা হরাওজখিবনা লোইবনি। য়ুমশেংবা নুমিত্তা পম্বা হৌখিবনি। পম্বগা পোবগা শান্নবগা মশু-মপু অহুম লোয়নদনা লৈখিবনি। ঐনা চেনবগী মহুৎতা মপু অসিনা অহুম চেনখ্রবনি। য়ান্নসু চান্নজবনি। মঙং চাদনা নিঙাই তৌদনা কপ্পকপদা মপুনা থেম্বী। ঐনা থেম্বদা য়ারবা মতাংদা মপুনা থেম্মগা য়াই। পীক্ত পীক্লিথৈদা মপুনা কৌবদা ঐঙোন্দগী ফাওবা চোংথখিগে তৌবা মতাং য়ান্না তোয়না য়াওই। ইমুং অসিগী খ্বায়দগী অহনগা খ্বায়দগী অঙাংগা মরূপ অহুম ওইহুনা লাকখিবনি। অপানবা থবক্কা থোইনা লৈত্রবনিনা মশু স্কুলদা থিল্লুবা, অয়াম্বা মতমদা শঙহুনা লৈবা, লোইরগা পুহুনা লাকপা, লাইব্রিক তাকপিবা অহুগা শান্নমিন্নবা অসি মপুগী শিন্থা ওইনা লৈরকখিবনি। মমান্নবা তিন্নবা হৌদ্রিথৈদা মপু অসিনা মশুগী মরুপ ওইনা লৈরক্রবনি। ফনা চাউবা ফাওবা পীকখ্রবা শুমাং মতোন্দা ক্রিকেট কন্না শান্নরম্মী। মপু অসিগী পেনশনগী শেনফম তঙ্খায় অমদি মশুগী শান্নপোংকা মফি মরোনগা লৈবদা চাদিং তৌবগী চাংদা চথরকখি।

খংনখিবসু ঙাইহাক্তা নে-না তানা তিন্নবা য়াদবগী মঙংদা লৈ। নোংমা নুংথিল অমা ইচানুপা কেনেটনা য়ান্না শাউনা মচীন মখা কৈরেং-কৈরেং চিংলদনা চেনশিল্লকই। মতমহু মা চহী ৭/৮ মুক শুরে। চাক চারগা অমুক চংকদবগী ফি শেংলিবা মপাদা শাউনা হায়রে —

— বাবা নঙগী পিসতোন্দু পীয়ু ঐগীসিদি য়াদ্রে। মখোন থোক্তে। পীয়ু।

— হায় ঐগীসিদি য়াদে। অমা লৈবিরক্তে হোরেল।

— হৌজিক অতু পীয়ূবা !

— য়াদে; করিগীনো ?

— কাপকে; হাংকে ।

— হাই, তৌহৈদে ! কনাদা কাপতৌরিবা ?

— পুপু ।

— হায়, তৌহৈদে ! লাল্লে হুঙ-হুঙ হায়য় —

— হায়রোই হাংকনি । মানা নপা দারুগাগী মচা হায়রিবা

— নঙোন্দা ?

— নঙোন্দা !

কেনেটকী মপা ওফিসারনি। বাজিনা থানাগী থবক তৌবা য়ানীংখিদে। তৌবদি থানাগী মী ওইনা থবক্তগী পোথাখিবনি। মপাগা ঐগনা কন্না থেমতুনা ঈংথহনখি। হংনরুবদা মশুনা নিংথৌ ওইবী শান্নসি হায়বদা মপুনা য়াদবগী খংনরকপা ওইরম্মী। অহল শাবা মপু অসিস্তু হন লাক্তে। চান্দা-পাউদানতুনা হেক্তা লাউনবা ওম্মী। মপান্দগী লাউরকখি।

— হাই দারুগা মচা !

— নপারা !

'হাই তৌহৈদে !' ঐনা খামখিবনি।

— শমখোইবা ! খোইজ্ন !

— নতুরা !

'কেনেট !' — মপানা নোক্না নোক্না থিংবনি।

— নঙ থঙনি থোক্ত-থোক্লকউ ফৃদংকে।

মুনীংতু মশু-মপু পুং অহুমলোম কৌনদে। মুমিদাংদা ক্রিকেটকী বেট মচা অমা লৈরকই হায়দনা মপুনা কৌখি। ঐনা রারী লীরম্বতু ভারম্বা মশুনা ঐবু কাল্লগা চেন্থোকখি।

খরা পীক্লিঙৈদগী মপান্দা থনখ্রনি হায়না মপানা লেপ্লবদা মপুবোক য়াম্না নুংঙাইজখিদে ; য়াম্নস্লু হরাওজখি। চংনবা টিকেট লৌরুবা নুমিত্তুগী অহল অসি নুংস্বুক-নুংজাননা লৈবা তৌখি। থিন্দোকলুবা নুমীৎ অতুদি মমীংতা মপি শিন্তবা উখি। ইচা কায়নবগী মথক্তা অহল অতুগী নুংঙাইতবা উরুবদা মমতাগী ঈনোং অমা লাকখি। মরূপ কায়নবগী নুংঙাইতবগী মঙাল অমস্তু ফাওরকখি। ওন্থোকপনি।

য়াম্না কুইনগী মতুংদা ঙসিতু মশুন্নুপাতু থুংলরে ওকপা চংলুই। মপাগা মখোয় অতুম লাকমিন্নে। থোঙ্গান্দগী হৌনা ঈরাং লাঙজৈ

.. হৈ নখোয়গী মৈদো কৈদৌরগে ! ঙসাইনা লাক্কনি হায়বা খঙঙবনি ; চরু খুদাপ অমত্তুংগা মৈখেৎ অমত্তুংগা পায়দনা লৈরম য়াদ্রো .. ঈশিং ঈশিং অশাবা ঈশিং অশাবা ঈশিং ! ঙসাইনা থাঙ্গংলো হায়রম্মবনি, নহোয় অনদি .. সিবিদো এনা ঙরাং লৈরকপদো খরনা ইরোল্লো, খরা অননা বোরারা পকোরারা তৌবিয়ু ইরোনবদো সিবি য়াম্না থাক্নু. নঙ মোরোক য়ান্না থাক্কল্লিকো চাকতো সিবি তৌ, খরা পেংনা...

মশুত্তুদি ঈশিং অঙৈবনা জরাই-জরাই চাইথরগা রারে হায়দনা হিপখরে। মপু অতুনা কন্না ঙাংহৌরি।

মরীনিঙুম্বা লৈরগনি মশু-মপুগী অনৌবা পন্দুপ অমা হৌরক্লিবা। নোং-নিনিতু য়াম্না ঈংনা তম্না রারী তৌনদনা লৈরম্মী। হংনবগা তাক্লবগা উংনবগা-য়েংনবগা মহানি। মশুগী মম্মানবা মথং-মথং লাক্পদা মপুস্ত্র কম্না কুইনা য়াওশিনবা উই। থরায় য়াওবা অমদি হরাওবা মায়থোঙ উই।

নুমিৎ চপ য়ুবগী অদ্বায়দা 'তুরা-তুরা, হোল্লে-তোল্লে'গী অয়াকপা ঈশৈ খোঞ্জেল অনা খংতা তারকই। কয়া য়ারা হৌরে ! এদি হেক থনবা লম্পাক অসিদা মিটিংনচিংবা তৌবগী মাইক খোংগংলক্লিবোই নীংলুরে। ঙাইহাক লৈরগা অয়াকপা ঈশৈতু নমহংপা ঙন্না খোনফনদা মপুনা লাউ-রকপা তাই—

— হাই ! হৌমল্লেনহৈ অঙাওবা-ও !

খংতোক তোকখি। মশুনুপাত্নুনা আদগী হৈনরকপা ঈশৈ অমা টেপ রেকোর্দরদা হৌনা খোংবা ওইরম্মী। ঙাইহাক্তুং লৈরগা খরা হৌরপ অমুক খোংলকই। মপু অহল মশুগী কাদা চঙখিবা উই। অহৌবা খোঞ্জেলদু লৈথখিবা মাল্লি। ঙাইহাক লৈরগা মশু ইবুংঙোদু হাপপেণ্ট তখ্খায় অশেংবত্নুমা চোল্লপ শেংলগা গাড়ী ইন্থোকখিবা উহৌই। শাউরপ তৌখিবস্নু মাল্লি।

মরী মঙানি লৈরগা অহল অত্নুনা পেনশনগী শেনফম কায়বা হেক থোকখিবগী অত্নুদা মশুগী কারোমদগী য়াম্মা হৌনা খোংলকখি—হু-ব্রা, হু-ব্রা ... হোল্লে-হোল্লে। মপু অদু লৈরক মচান্দা শোয়দনা তারমগনি। নুমিং চুপ্পা অত্নুমা হৌনা খোংতুনা লৈ। ঐনা চঙশিন্দুনা হায়রুই · ·

— হৌমল্লেনে বোবো !

— হৌর' কৈদৌগে !

— তানীংদবনা লোইরে। নাক-য়েং খা রাংসি তানীংদবনা মহা ওইরম্মনি।

— তানীংদ্র' তোকপীয়ু ! ঐনা তানিংদনা থারিবনি।

— অদু নথম্না তাও হায়বা। নঙনা তাবা য়াবা কাওবদা হৌহল্লু হায়বা।

— ফরে খঙঙে চংলোপা। ঐ জাগোই ঙাক্তা নীককে, চাবা ইতুম তুমদ্রে। চাকনেনা লুমথ্রবা ঙাক্তা পীজরদনা। হয়েং নোংমাই-জিংনি শা পীয়ু।

— অস্ !

অত্নুম থোক্লকপা তাখি। খরা লৈথহৌগুমদি তৌই। হাল্লগী অত্নুদগী মফম অমা খঙনা হন্থখিবদি নত্তে। নুমিদাংবাইরমদা মপুনা লাউরকপা তায়

-- হাই খরা লৈথোনে অঙাওবা-ও !

খংহৌ হৌরম্লগা খংতোক তোকখি। ঙাইহাক লৈরগা মশুত্থু মমান্নবা অনী অহুমগা নোক-নোক্তুনা থোকখিবা উহৌই। মৈ খংচং চংখিবা ওইরমান্নে। ফনতুম ফারে, মৈ অসিদা অয়ুক নুংথিন্দা মুন্নাক লাক্ত্রবদি ফনিদা— খল্লি। নুমিদাং ওইরকপগী অতুদা মৈ খংলাক লাকই। মঙ্ঘুপাগী কারোমদগী হান্নগীদ্দগী শরূক অহুমলোম হৌবা নোংপোক-নোংচুপনী য়ান্নবা ঈশৈগী মুর অমা তারকই। মপুরোরা থোঙনাওদা ঙক লীংথোক্লগা লাউই --

– গোপালজী ! কৈদৌরগে নঙগী সিবিত্থু লৈথৌ হায়বনি। লৈথখিদে। অতুম হৌনা খোংহুনা লৈ। মন্নগী অয়াকপা মখোল অমস্তু হাপকংলকই - তিংতো তিং তোং-শ্রেং !

-- হৌমল্লে হায়বা সিবি !

... তিং তোং তিং তোং শ্রেং !

— হাই হৌমল্লেনহৈ !

... শ্রেং শ্রেং শ্রেং !

— হৈ সিবিগী মচা নঙবু ..

তপথখিবগী মত্রগা, লেপখিবগী না লৈতে। ঐনা ফুক হৌগত্তুনা চৈরগে চঙলুই। কাদা কনাস্তু লৈরমদে। মখোয়না চংলমদাইদা থারম্বা টৈপ অতু মুথংলমদ্রমাল্লে। ঐনা মুথংলগা কনাবু লৈতে হায়বা খঙহনবা ওইনা লাউরগা ঙাংহনা চৈখি। অহল অতু থোঙনাও লোনশিনখি নুমিদাং ফনা থেঙবা ফাওবা অঙাং অতু হঞ্জিল্লকখিদে। মপু অতুনা লিপং লিপং অহুম মরীরক চঙলক্তুনা কদায় তান্না চংখ্রিবনো, করিগী মুক থেংবা ফাওবা হল্লক্ত্রিবনো— মপানা কদায় য়ৌখ্রবনো কনা কনাগীদনো চংলগা থিরুচো হায়য়ু হায়দনা হায়রৈ। মগাস্তু মচাস্তু হল্লকপা ঙাইবদা ঙম্মক্তবগী মওং উংলম্মগা থাংমৈ অকাপ্পী পায়তুনা থিরুনি হায়দনা থোকখি। অহল অতুনা

থোঙ্গাল হেক লান্থোকখিদগী অদুদা মশু অত চঙলকই ! মপুগী কাদা চঙলগা য়েংলুবদা লৈরমদ্রবদা লৈতে কদোম চংগে হায়না হংলে। মাবু থিনা থোকখি খঙদা অহল মানা করিগী অ-ঙ-পা শারিবনো হায়দনা শোল্লম্নগা মপু অত থিবা থোকখি। ঙাইহাক লৈরগা মশু মপু ৱারী শা-শাদুনা চঙলকই। হরাঙনা উই। মতম মান্নবা হঞ্জিনমিন্নরকপা মশু মপু মপা মচা অহল চাক চামিন্নরগা তুম্নখি।

লোংঙাল্লগা নুংশা শাগংলকপগী অদুদা মশুনা হৌনা খোংগংলকই ; মপুনা মাগী কাদগী লাউরকই। মশুনা খরা লৈথরুরবা মতুংদা অমুক তপ্পা তপ্পা হৌগংলকই। অহল অদুসু অতুম মরা উই। নুংভিগী থৌরম ওইনা চথবা ওইনা তৌই।

লোংমদি

- হৈ সিবিগী মচা ! খরা লৈথোনহে।
লৈথরোই হনুবা ! মনাহু মেনদিল্লু তানিংদ্রগা।
মনা পাপীদুদা মতাঙনহৈ ! লৈবা য়াদ্রেনে !
য়াদ্রগা নত্তু কোয়বা থোকখ্রো !
লরায় মচা দাকপা অমনবৈ মচা !
- হনুবা ! পোকহৌবা . . হেন্না লৈখংকে .

হেন্না হৌনা লৈখংলকখি। অঙকপা ফংনা তৌরকখি। টেপ অমনা কয়া য়াম্না হৌনা খোংবা য়াবা হায়বত্ত নুমিৎ অদুদা খঙখি। থ্রিসু খাম্মুগে খন্দুনা থোক্কে তৌরকপগী অদুদা অহল অত্ত চেনশিনখিবা উই। অহল অদুনা নহাদুগী কাদা চঙফাল্লিঙৈদা টেপকী মপোং-মচৈনে স্পিকর অচৌ-অচৌবা অনিগা কাগী থোংজাওরোমদগী মরী-মরাংগা লোয়ননা পাইথো-রক্লগা চুরীদগী লাপ্লপা পুনৈত্রে-পুনৈত্রে তারবা উই। অহল অদুনা স্পিকর অনীদু অমুক থুল্লগা অরাং শঙ্গোয়গী য়েনখারোমদা লংখিবগুম তৌই।

নুমিৎ অদুদগী নহাগী ঈশৈ মতম খরা লেপখি। মশু-মপু খামুক খামুক তৌনবগুম উখি। মঙাদি ভরানি লৈরগা মপুনা লোংমা লংথোক লংখায়রুরবা

উপু-উরাং ময়ামত্ শেমমুরবা মতুংদা রিক্সাদা হাপ্তুনা পুরকপা উই। চুরীদা কেপ্পগা মশুব্ কৌখি। মশু অদু হরাও হরাও চেংঙোরকখি। মাল-চাং ময়ামত্ মখোয় অনী চঙতুনা পুশিনমিন্নখি। নুমিৎ অদগী অমুক নহারোলগী তুংনীকপা অচোংবা অয়াকপা-ঈশৈ শোংবা হৌরকখি। পঙহৌ হৌবদি নত্রে। অদুমকপু মরক মরক্তা খংহৌ হৌগংলকপসু য়াওই। অদুব্ অহনা লাউরকপদি তাদ্রে।

থা অভমমুক লৈরম্মগা মশুনুপাত্ অমুক মখা তমথবা চঙগ্রে। মশু থিংন্দাকপা চংলুই। নুংশুক নুংজানা চঙলকখি। মশাত্ খংশোন শোন্ত-রোই নীংই।

শোংমা নুংথিল অমা, নুংশা কন্না শারিঙৈ নতাংদা ঈশৈগী খোঞ্জেল অমা তারকখি

তিং-তোং-তিং-তোং, শ্রেং ।

নুংথিল ভাইহাক উরোন পোংথারুবতুগী মনুংদা রাখলদা ইচাগী রাখলসু ভাইহাক তৌরুই। রাখলদা রাখল ওইরবোই নীংলুই। নংলমদে। গোপালদেবগী লোনশিল্লিবা কারোমদগী লাকপা মাল্লি। তপ্পা চঙশিন্দুনা য়েংলুই। ওইরমদে। থংননা লৈবা মপুগী কারোমদা থোংনাংদা য়েংশিল্লুই। অহল অদু মাগী লাইরিক পাবগী শাংদোকপা য়াবা চৌকী অদুদা শাংদোক্না ফম্মগা উইদুনা লৈহৌই। মতুং ওইরপা টেপ অদু থারৌই —

তিং তোং তিংতোং শ্রেং !

ইম্ফাল/১৯৯৫

# লাইকিশি

৺থাপ লোইশঙদা কন্না খুন্দিন্নরি। দোলাইপাবনা পল্লোম ভরেং খরা কন্থক কোয়রগ্না য়াই। ঙক্লি ভংকদৌরদনা মখাদি য়েংথরক্লে। লম্নী থোং সোরোক লমজাও পুমচীক। উল্লা ময়াদা থোক শিদোক্লবগুম ভুম্মীবা চীংলাইনা মীংশাংদা ভন্দা ফুরগ্না হয়িং খোয়াম্নী খবগী মমনা মাংলুগী ভোঙনাওদা হল্লুবদগী ভুগ্না কায়বদগী মনা খজিক-খজিক লেঙচকপগী ভৌবনি; নল্লগদি লৈমায় অসিগী মচা থোকপগী মরীদি শিরে হায়না লৌনরগ্না য়াবনি। য়ারাই হৌড়না মমীং-মনা ইথা থাগংখ্রবা নোংশা অনীখক্তি লাপ্লপা ফীবাল চৈখোক অমদা ডাড়না উইরুম উইরুম ভৌড়না লৈবা উই। কাপথায়খ্রবা নোংশানিস্তু হায়নৈ, খুংশা খোংশাদি উচি খরা খরা ওল্লকখ্রবগুমস্তু ভৌই। মুনি ডাইরিব্রা মাইবী পাঞ্জি ডাইবরিবরা অমদি ভৌবা মাল্লি।

খুন্দিনরিবা মখোয় য়াঙ্কগা ভরামুক্ত মান্দাপ ময়াইড়না ঈকোয় কোয়বন্নিনা লোইনমক ময়াই ভাংবল লৌনবা মাল্লি। মখোয় লোইনমক মচু ওল্লী ওল্লী ভৌই নুমিং য়ুংবী য়েকপা কান্দুমদা ফম্মী। অংেম্পা খবা অমস্তু য়াওই। খরা অমদি লেপ্পা ফম্বা মরক্তা মীংচি খংনরগা চিবোন চিবোন ভৌনবগুম ভৌই। কিরভোন মপূ লোয়না মাল্লি। হৈবী মেংভুনা চামীম্নরু-নবগী রা ডাংনবস্তু মাল্লি। অশাংবা মনা মখৈদি ফক্লাংলোনদা ওনশিল্লি; নিংথৌ ওন্তোরক্কদবা মান্না উই। মখাউ মখাউদা লৈ পারং অমমন হাপ্নরি। ভাকথোক্লদে শেঞ্জেং মচুগী লৈখোম্না শাবা মুত্তি মথং মথং ওইনা খীল্লকপস্তু য়ারি হায়না পাউগী খোর্জে খরনা ডাংনবা ভাই। মমীং মনা চপ য়ুংখংভুনা

নুপাম্ নুপীম্ মানবা অমা ফুক হৌগৎলকই : অরেপ্পা মরক্তা নোকফেং নোকফেং চঙখি।

নাকলদা য়াম্লিবা চোলখাউ অতুদগী মুগানা য়োম্বা ময়োম অমা পুথোক্লক্লগা তৈকং লৈকংফম ময়াইদা থম্লগা তপ্পা ময়োমতু থোকহলকই। মনুংগী য়াওরম্বা পোং মতুমতু উবদা ময়াম অমমা খুবাক খুরকই। খুবাক নামতা খবস্ত য়াওবা উই। অফম্বা খরদি মচুপ পৈনবগুম তৌই। ময়োম থোক্লিবা অতুনা চাংলক্লিবদা, চাংগে তৌরকপগী অতুদা, শেনগাউ শরিক অচৌবা পাইবা নুপা অতুনা লাওরকই ....... ....... "সনানি"।

"মরম পীয়" - অফম্বা অমনা হায়রকপনি। নাবন্দগী অমনা মরম মথং মথং পীরকই

"সনানি সনাদি সনানি। মরমদি নুংদাংদা মমজরবস্তু অয়ুক নুংথিলদদি পুমলং লৈই : মৈ ইক্রু ইক্রুগমা হেন্না হেন্না লংখংলকই। সনা অমা লৈরবদা করি কান্নরোই। সনামুক কান্নবা লৈতে। সনানা কান্নবদি ..... "

সনাগী কান্নবা চাক্তা মথং মথং পল্লকই। ১০৮ দগী খরা হেল্লপ লৈ। কান্নবা তরা তরা (১০, ১০) পল্লকপা খুদিংগী খুবাক খুরকই। অরেপ্পা কাওবরোমদগী মাংল্লে। মরক্তা ফয়াম্বা অমনা লাউরকই "নুঙনি।" "মরম পীয়ু।" শরিক্তা পাম্নকপনি। মরম পীরকখি —

"..... মরমদি মসিনা নীংখায়রকপদগী অশিবা খরা য়াওনা ময়াম ননখ্রে। মসিনা স্তনবদগী লাইবক কয়া কায়নরে। লেপত্রিবা লাইবক খরা য়াওখ্রে। নুঙ চঙলবা লাইবক্তা নোংদম্বা মানা করি হবা ঙমগদগে। নুঙদা করি ইবা করি ইবা য়াই ....... য়েংবীয় .. ....."

সিলেপ অমগী মং মতৌ, মসিগী কান্নবা, মসি শাবদা থেংনবা অরাবা, অরাবা অতু লোক্লবা পান্থে অসিনচিংবা পল্লতুনা পু. ৪৮ গা মীনিট খরা লেপ্তুনা চাংলুরবা মতুংদা চাংনা চাংনা লোকথরকপদগী য়োং মানবা তৌগী শগাইদা হাপ্লগা পুথোকখি।

অমুক শোইদনা পুশিল্লক্কনি হায়বগী থাজবা মাইবা অমনা পীরম্মী। লৈখিদ্রবা অত্মাগী ৱারোল ইথোক্লনবা খন্নবস্তু তুংগী পরেংদা অমনী য়াওরম্বা য়াই। খুন্দিন থৌরম অত্তুম চথহৌরি।

— সনানি !

— নুঙনি !

— সনাদ সনানি

— নুঙমক্কি !

— পুঙস-সনানি।

— সুকস-সনা নত্তে পুঙনুঙ নুঙনি।

— সনানি !

— নুঙনি !

সনানা সনাগী মত খোল্লাউ। নুঙনা নুঙগী লাইখায়। খুদিংমক ঙাংহৌই। পুন্নমক লাউহৌনৈ। চহি অকক্লবা খরগী নুমীং হেক তাবা মতাংফাওবা ইন্নহৌরি। নাতুমদা থাজিনবস্তু য়াওই। অয়াম্বদি লোন্না শৌগৎলকপা মমৈ ওইনা হাইনহৌই। থোক্করকপদা উত্রা মমাংদা য়ুংনা য়ুংনা তারম্বা শরু পোলাংদা য়েংনরম্বা য়াই। খন্নবা য়াওই শরু অসি মথংগী খুন্দিল ফিজোল তুবদা কুদাম পানবা কান্নগনিসে।

খরগী মতম লৈরগা: শরীক খীংলকই; খুন্দিন্নবগী পাউ ফংনৈ। শেমজীনবা নংহৌদ্রবা মান্দোপ্পা লোইনা চঙনরকই। অনৌবা ফিজোল অনৌবা ফীওং অনৌবা মচুনি। কুদামস্তু অনৌবা: মীওই হান্ন হান্নগী মাল্লী। অমনা কাত্রংনা য়োম্বা ময়োম অচৌবা অমা থোক্লগা লাউরক্কনি সনাদ সনানি। অমনা খুম্মক্কনি নুঙদা নুঙনি পুঙনুঙ নুঙনি। ফৌপরেং লেংবা লংলাদা লাইকিশি তাই।

কলকত্তা/১৯৯৫

# ঊচী অপুম্বা

ফক্লাংনা কোয়না পনশাবা হঙোইনা কোয়না পনখোঙ নোম্বা ঐগী ইমুং অসিগী চাকখুম কা অসিদা পুম্নম অমা নম্মকইবসি ফনা কুইরে ; পঙকুইদি কুইদ্রি ; ওখাক্তি কুইরে মৈতিংঙুনি হায় ময়ানঙুনিসু হায় তৌবা নিংথৌ য়াইঙং হাক্তক অমদগীনি। অয়ুক্তা নম্মি ; নুংথিন্দা নম্মি, নুমিদাংদা নম্মি। চঙখিবদা নম্মি. থোকলকপদা নম্মি। লমহাংদসু নম্বগুম অতুম তৌই। নুংশা শাগং শাগংলক্লগা হেল্লি হায়। ঐদি থেংনদ্রি। ঙারী চারবসু শোইবুমগা য়েলোংগা শোকউ য়াদবা ইচা খরদি মমানা চাক থিরকপদা তেঙ্গোংকী য়েনশাং পুখমদা হৈজিল্লগা বফেটকী থাজবদা হেক-হেক থোকখিবা কুইরক্লে। ইমুং অসিগী ঈশিং-নুংশিত্তা কুইনা ওমলক্লবা মমাগা ঐগদি নাখাং খজিক খজিক শুকলুরবসু লৈতানা ফমতুনা অতুম মচাই। হৈনদবা ময়ামগী মরক্তা পুন্নম মচা অমখক হৈনদবসিসু হৈনবা মখল অমনি। অতুমকপু শঙ্গোমদি মুন্না মথং মথং খল্লুরগা চারম্বদগী চাখিদ্রবী ঙাতোন ঙারী চামায়দা ঙাল্লবদি চিলহাঙ থিখিদ্রবী মমা ইবেম্মতুদি মনাতোন মেল্লম্বদগী ফদী অমনা য়েংশিল্লগা চাকশঙগী থবক তৌবা হৌখিবা কুইরে। চামিম্মরম্বদগী থংনবা তুম্ফম কাদা পুশিন্দুনা য়েলোং অঙানবা চীকপা মশীং য়ামশিল্লক্লে। মতম খরসি মমা অসি লীশাং শীংনা য়ারাই হৌতুনা ব্লা পংঙাং ঙাংদবনি নত্রগদি মাগী নাতোন শুমাঙদা ঐমক্লা পুনশিল্লুবদৌনা পেরি-পেনা হৌজ-হৌজা খোংঙম্মগদবনি। মখোনতু ইশি-শিখিবোই, ইয়ৈ-য়ৈশিনখিবোই করিবোই তৌখিবগী ফবনি নত্রগদি য়ুমলেং অমনীদি অঙাং লাইরিক লাইসু তৌবা য়ারম্মোইদৌবনি। অতুমকপু য়ারী পোঙ্গতু হস্বরপ তৌরকপগী অতুদা ঙংবা খরা খরদি মহৌরক্লে।

অয়ুক অমা লীলা ইবনি হায়না কুল্লিবা ইচান্নুপা চীংলেনদা পুন্নমগী রাত্থ খজিক কাঙলুই —

— চীংলেন ঐখোয়গী চাকশঙ অসিদা নম্মীবা মনমসিবু —?

— নমথীবাইবু লোইরবনি উচী অমা পুম্মবনি।

— আই, কদায়রাইদা ? নঙ খঙব্রা ?

— করি খঙদনি। থোঙনাও মপাদা য়েনখাদা লৈবনি। য়াম চাউবনি। মকোক তঙ্খায় অমা য়াওদ্রবনি।

— অদু নঙ খংঙদি কোক লংথোকখিবা য়াদ্রো ! মুক কুইরবো ?

— ঐ শংঙিব্রো তৌরিসিবো ! মীগী ওক্টোবর অনীদা শান্নগদবা লীলানি শেমদোকপা লোইবা ঙমদ্রি। কম্পিটীসন য়াওখৈ য়াওরগা কৈস্থু তারকত্রদি ঐনা থিয়েটর অসিদা য়াওবগী করি কান্নরে। ঐঙোন্দা দিসতরব তৌরকখিন্নু।

— অস !

মাগী বোই অশাংবসু য়েপ্পগা অহুম থোকখ্রে। থোঙ্গাল য়োখিবা ফাওবা য়েংলুই। ইচান্নুপী য়াইমত্থ শঙ্গোম গিলাস অশাংবা অমা পায়রদনা ইনাক্তা চঙলকই। শেলগী করিগী রাফম মতেক অমা হৌদোক্কদবা মাল্লি। ঙরাং নুংদাং মমানা হায়রপ পনখ্রবনি। উচী অপুন্বা অমা লৈবগী রাত্থ ঐনা পল্লুই। থরান লৈমনা শঙ্গোম গিলাস অদু মথুবাক্না তাপ থুম্মগা হায়রকপনি —

— মতুনি বাবা ঐখোয়গী মীনা শোয়রিবসে ! লায়না মথল কয়া পুরিবা ফংখিদ্রবা মহীক মপীনি; মত্থদা অমুক্কা পুম্মবদি লোইরেদনা ! লোইরে। প্লেক হায়বা লায়না অসি উচীনা শন্দোকপনি। লায়না অসিদি য়াম্না শাথীখ্রবা জাংনি। মসি পীকখ্রবা মহীক অমনা থোক্কহনবনি। শন্দোক্কনবা হায়ববু লায়না অসিনা নারবা মী অমগা রারী শাক্কবা, মানা হোন্দোরকপা শোর হোজিল্লুবদগী হেক্তা নারকপা য়াই। অমুক্কপু নাখ্রবদি লায়েংবা রারে। মসি বাবা মেদিকেল সাইন্সকী ইভিহাসনা

হায়বদি খুৎথগী মমাঙ চহী নিপীং অহুম-মরীগী মমাঙদগী লৈরবা জাংনি। মনিপুরদদি মসিগী খুদম ফংলদে। মসি ডারী চাবদগীসু ওইবা য়াই হায়না থাজনরি। ডারীসি তশেংবদি অপুম্বা নত্তে : পুমথনবা মখল অমনি। মসি য়াম্না মাঙবা জাংনি।

ইচানুপী থরান অসি ইন্দক্তা দাক্তর তমুবা খনবদা কম্না রাচৎ রানোম তৌবদগী য়াওরক্লনা হৌজিক হৌজিক অহানবা চহীদা তম্মীবনি। ছুটী শাংলপ তৌবা অমা লৈবদগী লাক্লনা লৈরবনি। হায়রুই ঐনা—

- অতুক শাথীবা লায়নাদু পোক্কদবা ওইরবদি মফম হায়রা খংডে কোরেন অমুক্তা শং কোংথোকউ।

— নুডাইবিরেদা! তানো লৈরি, ইপা অমসু লৈরি। কৌদোং মনাকোং উবদা ওরিবা ঐঙোন্দা উচী অপুম্বসে কোংলু কাইনা! ঙম্ন ঙম্মীনে। থকচনীংদ্রে শঙ্গোমকাসি!

শঙ্গোম পুরগা অতুম চঙখ্রে। মমাগী মনাকতা মাল্লি। মমাদু ডাইহাক লৈরগা শাউরপ থোকলকই। লুতোন্দগী লাক্লে—

— মী অঙাং অসিদা করি হায়বিরুরগে?

— নচানুপীদরো!

— হোয়নে অপুম-অশাগী রা করি হায়রুরবগে; ওহৌদোরে! মীগী শোইবুম ফাওবা হৈনদেনা চাজদবসিদা! উচী অপুম্বা মাল্লি হায়বিরুরিবু

— হাই নঙগীদু ওন্নরমাল্লেনহে! য়েনখাদা পুম্নম নম্বদু লৈরে উচীনি হায়বা রানিনে। হোরেল খরা অমুক্তা কোথোকউ হায়রুবদনি।

— মাদি উচী অপুম্বদি করিগী কোক্তৌরিবা! নুপা ডাক্তা অহুম লৈরিব-সিদি। নুপা নহোয় নহোয়না কাঙখদা কুন্দুনা লৈরে নুপী ঐখোয়বুনা মৈরাগা পাল্লিগা অচৌ-অশাং উল্লবগা! নত্তে লৈবাকসিবু ঐখোয়গী-দরো? মুংঙাইবনা অরাবা খঙদে হায়দনা। নেশানা নুপানা চারে সিক্কাই লাকজগনা নুপী থোকউ হেক মহায়বা। নুপী-লানসিবু ফাগীরো!

— ঙাইখোনে নঙগীদু মরী-মরী অদুম শন্নখিদনা ভাব অমা তারোইদৌরে।

— করিনো মরী-মরী শন্নবা হায়রো ! ঐনা ঙাংবসিবু মমৈ-মকোক অমত্তা শন্নদে হায়বদাইনে। ঙসিনা অমুক মরী-মরী শন্নরে হায়বিরকইসিনা করিগী ?

— ইহে ! মরী-মরী শন্নরিবদুবুনিনে শন্নদে হায়রিবসে ! ফরে খংঙে ! ঐ হোরেল ঈরুজরমদাইদা কোথোকঅগে।

— কোথোকঅরনি।

থবক মতা অমা চাদবদগী, মী লাকথোক-লাকশিন তৌবনা ঈরুজবা শংলমদ্রে। চাবোই-চাদবোই তৌরগা থবক অদুম কারে। নুমিদাংগী চাকতু ফমফম কাদা উই। চাকশঙলোমদগী খদাংচেংনা মমায়-মমিং পুময়েং য়েংশিনবা মমীং মপাদা খজিক্তুং ফাত্তোকপা ফীবম অদু পুরদুনা থোঙ-জিন্দা লেপ্লগা উ-রা উং-রং তৌরদুনা মমানা চাক তাকই। ঐখোয় মঙামক ফম্মকপগী অদুদা লৈঙাক্লোনগী কাঙলুপ অমদা মায়পুননা লৈশিনগ্রবা ইচা নুপা অহল অদোমদা ঙনশিল্লগা হৌদোকলুই—

— নত্তে নিংথৌবা উচী অপুম্বসি শং অমুক্তা কোথোকপা য়াদ্রো?

ইচানুপী অদুদি থজীন নম্মগা চঙখ্রে। খদাংচেং শংহুক হুক্তোক্লগা মমা ইবেম্মনা খাক্থরকপনি -

— মহোয় বাবাদি খুং তেকপ্রো !

— নঙদি নখোঙ তেকপ্রা অদুদে ?

— ঐদি শংদবা ইমুংগী কুপনোম ময়াম অসিদা খোঙ ফাওবা লৈবাক তাবা শংদে !

— ঐদি শংব্রা অদুদি !

"ঐস্সু শংদে।" লীলাগী অতোম্বদুনা ফেমজিল্লকপনি। ইচান্নুপা তুংগী মন্ত্রী অদুনা তপ্পা হায়রকই—

— ঐখোয়' থরানস্সু শংলম্মোই ঐস্সু শংদে। ইমাগীনা কুপনোম ঐগীনা চাউনোম, ঐখোয় বোইগীনা কৈনোম,... মসিনি ইমুং অসি চলাইরিবা।

মাগী মাগী মথৌনি হায়না খন্নরবদি ঐখোয় অমনা হেক্তা কোংথোকপা মাইনা। শং কোংথোকঅগা ফং ছন্দাকখিবন্ কয়া রাবা থবক্লো। মী খুদিংমক্তা ভস্বা লাইগ্রবা পীকগ্রবা থবক মচেংনি। শঙ্গোয়গী কাচিন্দা ভারিবা য়োং অসি তাপ পায়রগা নত্রগস্থু মখোক য়াওদ্রবস্থু ফনা চাউবা করনে অমস্থু লৈ ; মসিনা শং কোংলগা লংখিবদা মতু-মরাং অকেনবত্তুতা নত্তে মনুংদা চঙলিবা হল অত্থু ফাওবা, অমফাওবা লৈহৌরোই।

"ওক!" — থংনবা কাদগী লাউরকপনি। লাউবদা নত্তে মচাক য়াওবা মানবা খোনফমনি। মমা ইবেম্মতুস্থ খদাংচেং অমুক শিংকংলগা মচাগী কারোমদা চঙখি। ইচা লীলাতুনা তপ্পা মোং হাদনা হংলকই —
— তামোস্থু মকম খংঙবোইরে ?

খংবাইবু উরম্মবনি। নহান ক্রুবকী নকারোল খরা লাকলম্বতুদা ঐখোয়গী দোলগী মায়োক্তা ভাংবা খরা য়াওরকপতুদা উন্নীংদতুনা লোংপা চঙবনি। মতুদা উরকপনি। হলনা অয়ুক্তোইনা পুংনোম নোমহৌরবনি।

"ও — ক!" হন্দক্তি খোনফম অসি মী অমত্তগী মানদে। ইচা লীলানা ইচঙ অমগা লোয়ননা হায়রকই —

ইমাগা ইচেগা লাউরে। অসি য়ৌরবা ফাওবদা ঐখোয় অহুম্না তুমিন্না লৈবদি চুমদে। উচী কৈস্থু লৈত্তবা অমনা পুম্বদা ঐখোয়না চাউনা খল্লিবা করিগীনো। চুমদে।
— অত্থু কৈদৌসি হায়বা ?
— কোংথোকপা, লংথোকখিবা। শম্বল সীমনা লান্না, হুৎ— !
— মীগী থংনবদা তারুরবদি ফত্রো ?
— মখোয়নমুক কোত্তুনা অমদমুক লংজখিনি।
— ঐখোয়দা অমুক লংশিল্লক্রবদি ?
— মত্থদি য়ারোই ঐখোয় লৈরিবসিদি !

-- মুক-খায়নবা তাবনি

-- তাবনি

. ... ...........

মুমিংতু ফনা থেংবা ফাওবা ঐখোয় নুপা অহুম ৱারী শাহুনা লৈখি। চাক্তি অহুম চানখিদে। হয়েং অয়ুক্কী থাজবদা তুমনখি। ঐনা থেঙলপ হৌগংলকপদা ইচানুপা অনিহু মাগী মাগী থবক চংনখিরম্মে। মমা ইবেম্মনা খদাংচেং অমগা চা পুদুনা চাকশঙলোমদগী থোকলকখি।

১৯৯৫

# ঐগ্যা বল্লোপকী গোবিন্দ

ঐগ্যা বল্লোপ চহী ৮৫ শুরে। লম্বোইরকপা চহী তরামুক ফারে। লৈকাই অনীগী মরক্তা লম্পাক মচা অমদা য়ুম মচা অমা শারগা মথন্নতা লৈ। মশাগী ইংখোল নত্তে। লৈকাই অনীগী প্রজানা লৈহনবনি। য়ুম মচা-সিস্থু ময়াম চঙতুনা শাবিবনি। ঐগ্যানা শাবিয়ু লৈজগে হায়বা নত্তে। মখান্না শাবিবনি। লৈবিয়ু হায়জবনি। থংনবা মন্দপ মচী অমদা খরা পোথা উখোঙ-ব্রাখোঙদা খরা লেক অচৌবা লৈবাক্কী মন্দির খরদা মতম খরা-খরা লেন তৌতুনা লৈবতুদা লৈকাইগী ক্লব খরনা মুন্না খন্নরগা মচী অমদা য়ুম মচা অমা শাবিবনি। ঐগ্যাদি লৈয়ু য়াদবনি। মাগীদি নোংমদা য়ুমথোঙ তরেৎ-খক্তুংদা ভীক্ষা নিবা চংলি। মতুদগী কংলকপা খরা অতুনা নোংমতু লেপ্লি। ব্রত তৌবা নুমীংশিংদদি চংতে। মীনা কংলবস্থু লৌদে। পুরকপা খরতু লাইশঙ মচা পীশক অতুদা লাংচরিবা লাইদা নীংথিনা কংলগা পুখিনবা পুথোরকই। করিগুম্বা মচেং অমত্রা থমহৌদে। দক্ষীনা লুপা চপ্পী অতু ফাঙবা থমহৌদে। দক্ষীনাদংদি লৌশিনবিহৌ হায়রুবদা ঐগ্যানা মন্দিরগী থোঙ ময়াদা মালা চংকদবগী ফয়নবা লাইখুরুমকক মচাতু থানা থানা হায়রকই----

নুপীমচা, ঐদি করি তৌনরুনি! ঐগীদি লোইনা লেরে; করিগু রাত্তে।

ঐগ্যা বল্লোপকী লৈরিবা অপুনবা লন-থুম অসি শেঙ্গেংগী চাক থোংনবা তেক মচা অমা, উয়ান অঙৌবা অমা, মতুগা চান্নবা খাবৈ-চেগপ য়োংশবী; পুখম অমা তেঙ্কোৎ মচা অমা ঈশিং থরুবা অরংবা খুজাই অমা অসিনি। ফমুং অমা লৈ। কাংথোন নত্তে, চেক অনী অনীগী মখোঙ মরীদা-খম্ব। উপাক অমনি; মথক্তা কৌনাগী কক মচা অমা থাই। য়াদ

য়ারক্রুবা মতাংদা শীজিন্নবা কান্থ মচা অমগা কাংখল মমায় পান্দবা অমগা খুয়াদা থম্বী। উগী মোন অমগা লৈ। কনাগুম্বা বৈষ্ণব অমগী শোরাংতা হাপ্লকপনি। অহাপ্পা পোং ময়াম থিল্লকপদগী অতুমখক লৌহৌই অতৈদি অমত্তা লৌহৌদে। রুবতা নত্রগা কৈথেনগী থোংখোঙ ময়াদা চেরংনা কুপ্পা খাংপোকশঙদা লৈরিবা মীওই খরতুদা পীবিরুনবা হায়রকখিবনি। কোরীগী কুশি-তামিতুদংগা লৌহোই। হান্নগী পিথ্রাইগীতু কুশি মাঙখিবদগী লা মচেৎনা খরা লৈ মনাগুম্বনা খরা শীজিন্নতুনা লাকপনি।

ঐগ্যা বল্লোপকী অশেংবা মরল অমগা লৈজরি—লাৎচরিবা ইষ্টদেব গোবিন্দ। পীকথ্রবা মী অমখক্তমক চঙবা য়াবা মন্দির অসিদা পঙনিন নিন্দবা পিক্তক চেংতকপা গোবিন্দ অমা লাৎচরক্লিবসি চহী নিফুন্নক ফারে। খাংপোক পীশক অসিগী মনাক্তা লাইশঙ পীশক অমা লেবসি তান য়াম্না চানা পরুনা উই। মূর্তিদি লোইনা শুবনিনা য়াম্না রাংবা মফমদগী য়েংথরক-পদা তাম্না পূম্নুম তানা উরবা মশক মাল্লি। চেকশিন্না শেম্মবা মোডেল মাল্লি। চম্মিবা অঙাংগী তরু-তরুবা শান্নপোং মাল্লি। অঙাংসু য়াম্না ইল্লি। ঐগ্যা বল্লোপসু অঙাং লুনা তৌই। নুপামচা খুদিংমকপু গোপালজী হায়না কৌই নুপীমচাবুনা রাধিকা। ইষ্টদেবগী বালভুক ফংনবা অঙাং হেক হেক লাক্লে। নোংমতুগী মীনা কংলবা পোং পূম্নমক গোবিন্দগী মাঙদা লোইনমক কৎলি। কংলবা পূম্নমক অরাকপা পূম্নমক্তা য়েন্থোকই। অঙাংনা মশীং হেন্না লাকই। পূককপা অতুগা লৈশা পাখং ফারবা কাঙবুসু য়াওবা য়াওরকই। নুতিগী মঙ্গলার্তী কংলি। কুম্বী-কালেন নোংজু-নুংজা নোমতা লেপ্পে। ঈংথ্রবা রাকচীংগী উনখা মরক্তা নোংঙাল্লমদাই ফাওবদা লাপ্লপ লৈবা লৈকাইগী পুথ্রী অচৌবদা জায়-জায় চাইথে : মচীন্দা তন্তনা শোল্লি জয় গোবিন্দম, রাধে গোবিন্দম। ঐগ্যা বল্লোপকী লাইশোনগা শোয়ফদ্রবা মঙ্গলার্তীগী শরীক মখোনগনা লৈকাইগী তান পুবা য়াকায়রোন ওইনরক্লি। উনখাগী মঙ্গলার্তীদদি কাংশী য়ৈবিনবা তাঙই। অয়াম্বা মতমদা য়াওদে। মেরা-লাংবনগীদদি বল্লোপ মন্দিরদা কাংশী পায়বা তাম্নে। পাখং লৈশাবীগী

লেংনা নম্মা থোকই। সন্ধ্যা গৌরীগী মতমদদি লেং অয়াম্বগী মীওই মন্দিরগী অকোয়বদা তিল্লি। মীয়াম মরক্তা কাং পিক্তকপা অমা চিংবা মাল্লি। ইঙেন্দা কাং চিংসি হায়বদি য়াদে। গোবিন্দগী লাইনীংদা কুম্মে তৌবা ঐগ্যা বল্লোপ য়ানীংদে। "ঐগ্যাগী গোবিন্দনা শান্নরিবা লীলা ময়ামসিদি কুম্মে নত্তবরনে?"—লাইরিক হৈবা বৈষ্ণব অমনা য়েংলকপনি ঐগ্যা বল্লোপ্পা মালাগী সুমেরুদা লাইবক কংলগা খজিক্তমক নোক্লম্মী; খজিক্তুংগী ওইবা রাহৈদা হায়রম্মী--লীলাগী মহাক্তো লম অসিগী ইবুংঙো নত্তে, ঐগী গোবিন্দ ওইরোই।

বলদেব মীতৈ মরৈ কল্লমদবা পঙশাউ শাউগল্লমদবা মী ওইরমদবনি। চহী কয়াগী মনাঙদা বলদেবা সিংহা হায়দনা সরকারগী লোয়শঙ অমদা থবক তৌরম্মী হায়নৈ। মতুংদা বলদেব মীতৈ ওন্দুনা লনাইগী লোয়শঙ অমনীদা থবক মথং মথং তৌরম্বনা মরক্তা মতম খরা উরুদ্রগা লম্বোইহনা থোরকখি হায়নৈ। ঐখোয়না খঙলকপদদি ঐগ্যা বল্লোপ ওইহনা অহুম লৈরম্মে। ইধৌশিং অমনা হায়রম্বদি বাঙ্গলাদেশকী অকনবা নোং নুংশিং অমদা মুপী, মচা অহুম মনাও অনী পূন্না শিখিবদগী ঙাওচংনরুরে মতুংদা লম্বোইগ্রবনি অসিনি। মাগী মুপীহু লম অসিগী নিঙোলনি হায়নৈ। হৌজিক্তি পূন্নমকসি হৌখিবা মপোক অমগী মওংদৌনা খল্লবগুম তৌগ্রবা ঐগ্যা বল্লোপনি। ঙাউচংনরিঙৈ মনুংদা ওন্তোক ওন্তোকপা লীচং চংলম্মী হায়না তম্বা ইপুশিং য়াওই। হৌজিক্তি মবুংঙো গোবিন্দ অসিনা লীচং ওইরে। লমথুংসু ওইনা লৈরবগুম তৌই।

নোংমা মায়কৈগী ওইবা ধর্ম নৈনবগী মীফম অমা অকোয়বা লৈকাই-শিংগী অপূনবা লম্পাক ওইনা লৈবা ঐগ্যা বল্লোপকী লাইশঙ লৈরিবা লম্পাক অসিদা ফমখি। মায়কৈগী ক্লবশিংনা শীনবগী রানি লৈবাকী ওইবা মীফমনি হায়না লৌনৈ। ধর্ম মরায় চায়থরকপগী মরম মথং মথং নৈনরগা নহারোলশিংদা ধর্মগী ওইবা লীচংকী রাখল পোকহনবা অমদি চাউখৎ-হনবগী লম্বেল করি করি কদোম কদোমদা লৈবা য়াবগে হায়বগী মতাংদা

নৈনবনা মীফম অসিগী পন্থুংনি। মুমীং তরুক্কি চুপা ফম্বনি। ধর্মগী লম লমদা মমিং লৈর লৈরবা মীওই লাক লাক্তুনা নৈনবা য়্বাওরে। মপান্দগী মশক নাইর নাইরবা মীওই লাকখি। অরোইবা মুমীংতা হিন্দু লীচংকী গোবিন্দ সংস্কৃতিগী য়্বাফম পুথোক্লুনা নৈনখি। মী য়াম্না তিনখি। মথুরাদগী লাকপা আচার্য গোস্বামীবু অমুক্তং উজহৌগে হায়দুনা মীনা খাইবোক অমা ওইরম্বা য়াই।

আচার্য গোস্বামী লাইপোক অমগুম শীংথানরবা, মফম খরদদি লাইশঙদা লাংপা ফাওবা য়াওনরবা মীওইনি। ধর্ম কয়াগী লৌশিংনা মঙাল তারবা, বিজ্ঞানগী য়ক লাউবা মহৈরোই ওইরকপা নহা ওইরিঙৈদগী লম্বোইরক্লুবা, লোন মাপল মমারোনদৌনা ঙাংবা ঙম্বা ভক্তনি। চহী মরীফুতরা শুজিল্লকপনা মরম ওইদুনা অনকপা মফম ফাওবদা চংখিদ্রবা বৈষ্ণবনি। গোবিন্দগী লৈবাক্কি হায়নরিবা মফম অসিদংদদি মচংহৌরগে হায়না খন্দুনা লেঙলক্লুবনি। লৈবাক্কী সরকারমক্তা লাকথোক লাকশিন চথোক চশিনগী মতাংদা অথন্নবা থৌরাং লৌখংপনি।

মমিংদা তাবদা কোক নোন্নরবা মীওই অসি পুঙচননি। লৈ পারেং পরেং, খুজোক খুজোক পায়দুনা পরীংদা ঙাইরিবা মীয়াম মমাও অদুদা এরোপ্লেন্দগী মী অনীনা শেন্নরগা কুমথরকপদু স্বামী হায়বদু মান্দে। লৈঙাং শংবা ফৈজোম মচা অমা শেংলি। ফি মচা গমশাগুম্বা অমা য়ানবোই করিবোই ইনবগুন তৌই। চৈশু অশাংবা নচা অমা পায়। চংপদা লৌদবা য়াদবা মতেং ওইনবা চৈশুদি নত্তে। অহল অদুক ওইরবদু মশা খীংনা লৈ। শেন্নরিবা কাঙবুনা শৌ লাক্তে। পাক্লুবা লাইবক্কা চন্দোল অদুগা লম য়েং য়েংদুনা কুমথরকই। কুচু কুমেন লংব্রিক লংই মায়থোঙদা শেংলবা মঙাল অমা উই। হায়নরুবা তৌদে ঙাইনরিবা ময়ামদু মকোক লোইনা নোল্লি। স্বামীনা খজিক নোক্ল নোক্লদুনা মখুবাক থাঙ্গতুনা পরীং পুম্নমক্তা মঙ্গল পীনবিরম্মী।

অখন্নরা শীল্লিবা লৈফম চাকমদা লৈবিয়ু য়াদে। ঙাইহাক্তং পোথাবিয়ু হায়বা ফাওবা য়াদে। মীফম কমফমদা অপাননা চুমগ্রিং লাকখি। স্বামীনা নয়াইদা থারিবা কৃশগী তাংবল অত্তুদা হেক লেঙশিনবদা মীফম অত্তু পূমথল থল্লি। খন্ন নৈনবত্তুদা স্বামীনা রাতেম্মী। অরোইবগী রাঙাংদা তিল্লিবা পূন্নমক য়া কাত্তুনা তাবা হায়বত্তু য়োই। মতম খরদমক ঙাংগনি হায়দনা তৌরম্বনা য়াম্না কুইনা ঙাংখি। কুইনা ঙাংই খন্নখিদে। স্বামীনা ঙাংলিবা হন্দোক্লিবা ঠাকুর (প্রোফেসার) বেদজীংনা হৈ শিংবগা থরায় য়াওনা মী পূন্নমক অসি চেক মোক লাউখিদে। গোবিন্দগী লৈবাক্তি থাজনরিরা লম অসিগী উখোঙ রাখোঙ হৈকোন লৈকোন পূন্নমক্তা শ্রীগোবিন্দগা মতম পূন্নমক্তা তাইবঙ লীলা শান্নরিবমক মাল্লি। থেঙনা লোইখি। অরোইবদা অখন্নবা রাস অমা কংত্তুনা স্বামীবু পোথাহনখি। ভাব তানা রস খঙনা রাস য়েংলম্মগা স্বামী হৈনৌ মখোঙ অমদা হান্ননা শেম-শারবা কমুং মচা অমদা ঙাইহাক পোথাখি। স্বামীবু শেন্নরিবা ভক্ত ময়ামসু লম্পাক্কী উখোঙদা মানা মানা থোকপা শাংদোক্তুনা পোথানৈ। করিসু বেরা লৈনবা কাঙবু নত্তে; ফীবম পূন্নমক ঈশ্বর মাগী খুদোল্লনি হায়দনা লৈরবনি। খেন্নবা থমদ্রবা ভক্ত ঙাক্লি।

মঙ্গলাভীগী মতম হান্নগীগুম চপ চানা আর্তী কংলগা অচাকপা বতীগা ঈশিংগা পায়ত্তুনা ঐগ্যা বল্লোপনা মন্দিরদগী থোক্লকপদা মী য়াংখৈ চাম্মমুক পরেং শানা লেপ্তুনা লৈরম্মে। ঙকলপ থোকলুরে। কোন্নরোইদবা ঈশিং অত্তু চাইগে ভৌরকপদা নরূপ্পা লেপ্তুনা লৈরম্মবা প্রোফেসার বেদজীংকা গোস্বামীগা চঙশিল্লকই। বেদজীংনা তহা-তহা হায়রকই —

— ঐগ্যা, গোস্বামীজী লেঙলকইয়ে।

— এ, ফৈ ফৈ। বালভুক পীয়ুরা ?

— বালভুকসু পীবিয়ু নির্মলাসু।

— ফৈ ফৈ।

প্রোফেসারনা রা লোইনা হায়বা নংদ্রিঙৈদা ঐগ্যা বল্লোপ ছুং চঙচ্রগা লৈগা লফোই অমগা পুরগা থোকলকই। ওজা বেদজীংনা লৌগে তৌবদা ঐগ্যা বল্লোপনা গোস্বামীরোমদা মখুৎ তিংথোক্লগা থাধগদবগী ঙাইহুনা লৈ। গোস্বামীনা ঐগ্যা বল্লোপকী মখুৎ শোক্লা লফোইগা লৈগদু লৌরুই। ঐগ্যা বল্লোপনা তপ্না—"ই-সে" হায়রকই। মন্দিরগী থোঙ ঙাশিল্লুগে লৈশিল্লকপদা প্রোফেসার বেদজীংনা হায়রকই—

বেদজীং—ঙাইবিখো ঐগ্যা, ঐখোয়গী গোস্বামীজীনা রা অমা তাকপিরি। ঐগ্যাগী গোবিন্দ অসি উবদা য়াম্না পেনবিরে। গোস্বামীজীনা মন্দির মমুংদা চঙলগা হকথেংননা অমুক্তা খুরুমজগে তাকপিরি। চঙহজ্ঞরক্কে ঐগ্যা খজিক্তা লৈথোকপিয়ু।

বল্লোপ — মুপামচা মতুদি য়ারোই।

হায়রম্মগা চঙশিন্দুনা মন্দিরগী থোঙ ঙাশিল্লুই। থোঙজিন্দা লৈরিবা পাত্র অতু লৌরগা থাক অমখক্তমক লৈবা সিরি অতু কুমথরকই ; হায়রকই —"লম খজিক্তা চায়য়ু বৈষ্ণবশিং ঐ হকচাং অমুক্তা শেঙদোকলুখিগে। লাইমুং চঙবা য়াদ্রে ঙাইরম্মু ঐ হৈ-রা লৈশু লোইনা পীরবগে।"

খ্বায়দগী ইহেন হেন্না ঙক্লিবা মীওইদি ওজা বেদজীংনি। খরগা অমুক্তা নরা চঙশিল্লকই।

বেদজীং— নত্তেনে ঐগ্যা বল্লোপ, লাইশঙ মমুংদা অমুক্তা লেঙশিনবিগে হায়রিবসি ঐখোয় পূম্নমক্কী স্বামীজীনিনে

বল্লোপ — ঙরাংগী ঐদোনা লম্বোইবা বৈষ্ণবতু নত্তবরনে ?

বেদজীং— গোস্বামী অতুমক্লিনে, ঐগ্যানা খঙবিদ্রমাল্লে।

বল্লোপ — ঐদি পূম্নমক মাম্ননা অতুম খঙই। অসিদা লৈরিবসি চপ মান্নে। ঐ চাইথরুখিগে।

বেদজীং— গোস্বামীজীনা শ্রীগোবিন্দ সেবা অমুক্তা ফংজগে তাকপিরি। চরন শোক্লা অমুক্তা খুরুমগে তাকপিরি।

বল্লোপ — ইবুংঙোগী হকচাং শোকপা নত্তে ইবুংঙো, মন্দির অসিদা চঙবা ফাওবা য়াদবনিনে। লাপ্না দর্শন ফংজবা কায়দে।

বেদজীং ঐগ্যা বল্লোপ, করি য়ানো হায়রিসিবো! অসি শেংগ্রবা ব্রাহ্মন স্বামী গোস্বামীনিনে; আর্তী কংশিগে সেবা তৌরমগে হায়বনিনে। স্বামীগী ইশ্বৃংমক্না সেবা —!

বল্লোপ — ঐদি বামোন নত্তে ঐগী ইবুংঙো অসিস্থ ব্রাহ্মন নত্তে। ঐদনি মন্দির চঙতুনা সেবা চঙজরিবা। অতৈ য়াদে। অতুগীস্থ মথক্তা নখোয়গী স্বামী অসিদি ময়াংনি।

বেদজীং— এ! করিনোনে অহল হায়বিরিসিবো! গোবিন্দগী পোকফম লৈফম হৌফম শাংফম অতুদগী লেঙলকপনিনে। ঐগ্যাগী গোবিন্দ অতুগী জাতিনিনে; ব্রাহ্মনস্থ ওইরবা।

বল্লোপ — ইবুংঙো মুপামচা, মসি লম অসিগী লীচংনিকো। জাংকী করিগী রা নত্তে। ঐগী ইবুংঙোদি শাগে জাংকী রাফম লৈতবনি। মাদি জগৎকী মপুনি।

বেদজীং— অতুগুম্বা শ্রীগোবিন্দ অতু —।

বল্লোপ — ভাইখো রা হায়খিগে। ঐগী লাইশঙ অসিদদি কনাস্থ চঙতুনা ইবুংঙো শোকপা পায়বা য়াদে। শোকপা নত্তে নকশিনবা য়াদে। শ্রীগোবিন্দ ইবুংঙো মশামক লেঙলক্লবা ফাওবদা চঙবা য়ারোইদৌরিবনি। ঐনা চঙহল্লোইদৌরিবনি। নখোয়গী বৈষ্ণব গোস্বামী অসিনা ঐবু নির্মল্য লৌবদা শোকথরে। অতুগী জাই চায়থতুনা শেংদোকলুদৌরিবসিনি। ইবুংঙো গোবিন্দতু লেঙলতুনা অস্থুম্না শোক্লরবা ফাওবদস্থ ঐ হকচাং শেংদোকলুবা তাবনি।

বেদজীং— অস!

ঐগয়্য বল্লোপ ঈংনা- তগ্না পুথ্রী তমখি। শাম্ত্রিবা ব্রারী পূন্নমক-অর্থ হলহন্দুনা তারক্লিবা স্বামীজীনা ঙাশিল্লম্বা মন্দিরগী পৌরোন ফাওবা য়াওদবা থোঙ অতু হাংদোকে হোৎচিনখিবা বৈষ্ণব মীয়াই অতুবু নখূৎ থাঙ্গংতুনা খামখি। মন্দিরগী লাইশঙদা অমুক্তং শাংনা খুরুম্লম্মী। তংগা চংখি। ময়াম্মা ইকোই কোইনা ইল্লি। মরক্তগী পুথ্রী অচৌবরোমদা খজিক য়েংখি। মম্লিবনি। গোস্বামীদি পূন্নমক উবা মাল্লি।

ইম্ফাল/১৯৯৬

# থানিল থাশি থানিল

কেপ্টেন কোয়রেং মিলিটরী ডাক্তরনি ; মনিপুরগা নাগালেণ্ডগা রাজ্য অনীগী তাইনফম, চীংগী লান্মীগী লায়েংশঙ অমদা পোষ্টিং তাহ্না লৈ। মফম অসিদা থবক মফম ওল্লকপা কুইদ্রি, থা অহুমমুক্তা ওয়রি। লেফ-টিনেন্ট ওইনা জমুদা লৈরম্বদগী ফম কারগা মফম অসিদা লাকপনি। মশাগী শিনফমদা য়াম্না হৈবা শিংবগী মথক্তা মথৌনা উংখিবা থেংখাং অনীরক য়াওবদগী য়াম্না নহা ওইনা কেপ্টেন কারকপনি। মখাগীনা মিহৌই, মান্নবনা শাউরপ তৌই অতুগা মথকথোংবশিংনা কল্লকপিরপা তৌবা য়াবা মওংদা লৈ। অহুবু থাক খুদিংমক্কদি চাং অমদা মান্ননা ইকাইখুম্নৈ। পুন্নমক্না উশিংনা তৌই। অথন্নবা মতৌদা কেপ্টেন কোয়রেংবু ইকাইখুম্নজরিবদি মিস রোজীনি। মিস রোজী কর্ণেল ডেবিডকী মচানি : লোগী অরোইবা পরীক্ষা য়াম্না রাংনা ওন্নবা মতুংদা উকিল ওইনা থবক তৌবা য়াবগী চেকংবা মুমিৎকী মুমিদাংবাই অতুদনি মখোয়গী ময়ুম মক্তা কেপ্টেন কোয়রেংবু উখিবা। ওন্থোকপনি মহৌশা মাগী কুম্মৈ, মপাগা মবুঙগবু নত্তনা মুপা পুন্নমক করিস্তু লৈতনা খল্লকুবী য়ুম পানবা লুহোংবা হায়বসি অঙাও-অফৈগী লোনচংনি হায়না চাউহাই চাউহাই হাইহুনা লৈরম্বী রোজী মমা কৌহুনা খোঙ খংহাং হাংলগা খংচঙ চঙলকপদা ইহান হান্না কোয়রেংবু উবমক্তদা শ্বায় লাউখি : খোঙদগী তোন ফাউবদা মফম ইথঙ খঙদনা মতু চুংখি। মপাদা হয়াওনা তমগদবা পাউ কাউথোক্তুনা ঙাইহাক ওকচাননা লৈখি। মপানা শক্ক তাকলকপনি — কেপ্টেন কোয়রেং, হোস্পিতালগী অনৌবা সুপরিণ্টেডেন্ত.........

— ও, থেঙ্ক্যু ...... সোরী হাউ ডু য়ু ডু, আই মীন......

— ফাইন ; থেঙ্ক্যু ....

ফাগী হৈনজবা মপানা উকিল ওইবা পামজরকপী ওইবনিনা ওইবা হৌবা মুমিৎ অসিদা হরাওমনখিবদগী রোজী ইথক থকৎলে হায়না লক্লরকপ-দগী রোজী মশাদু খরা য়াংজরকখি। চীং লেম্বতনা মশিন ওইবা কোয়রেংদি থোইনা ঙাংখিদে। কন্নিসু ঙাংখিদবদুদনি রোজীনা খম থেংনা ইকায়খ্রিবা। ইকায়বা য়াবা হঙ্গোইফম থোকপা মতাং মতাংদা হঙ্গোইদবগী মমানা তত্তনা ঙাংদুনা লাকপা রোজীনি। অরদালীগী মহুৎতা চা পুরকপী মমাদু তশেংনা ঙকখিবনি। মপাদু লাম্মীগী মীনোক অমদা নোকখি। রোজীদা কোয়রেং য়াম্নমক হৈননা থোকখি।

কার্টর থংননা লৈবনিনা শংনরকপা মতাং মতাংদা অমগীদা নত্রগা অমগীদা উন্নখি ঙাইহাক ঙাইহাক পোত্থামিন্নখি। রোজীনা খরা তোয়না লাকখি। মীনাই মীশন ফনমক লৈতুনসু মথন্নতা লৈবা হায়বদু থোকই য়েংথোক-য়েংশিন অরাং-অপা হংদোক হংজিন তৌবিফম থোকই হায়দুনা রোজীগা মমাগা মরক মরক্তা লাকই। রোজীদি থা অনীমুক্কী মতুংদদি মুতীগী মুমিদাংরাইদা কোয়থোরকখি। নোংমা মুনিদাংরাই অমদা রোজীনা চা শেম্না শেম্না হংলকখিবনি—

— ডাক্তর অঙ্কল, অঙ্কলগী য়ুমদা ইমাগা ইয়াম্বগী মচামুপী ঐগুম্বী অমগা লৈরি হায়বদু অসিদা পুখিরক্ত্রিবা করিগীনো ?

— রোজী, মরম য়াম্না লৈবা য়াই। অমদি ঐদি লৈবাক্কী মফম অয়াম্বদা কোয়না চৎতুনা লৈ। মফম অমদা লেঙদনা লৈবা নত্রি। লৈবসু লানফমগুম্বা মফমদতা লৈ। ইচামুপী অদুসু হন্দক থবক অমা তৌরে। মবোক নত্তনা কনাসু লৈত্রবনি। য়ুম ইংথোল থাদোকপসু য়াদে।

— অদুগা ডাক্তর অঙ্কল, ঐখোয়গী ডেডিনা হায়বদা অঙ্কলদি য়ুম পাম্ভ্রি ..

— পানবসু পাম্নরোই।

— অহুম্না ভেভিনা হায়। নৃহোংলরোই হায়বগী মরম শোয়দনা লৈরমগনি ডাক্তর অঙ্কল। ঐখোয়সু খঙনীংই।
— মরম খরদি অহুম লৈ......।
— অমদি ঐখোয়গুম্বী নুপী অসি হৈনদবা, কোনে ডাক্তর অঙ্কল ?

কোয়রেংনা খংয়েং য়েংথোরকই। খঙহৌদনা রোজী মমীং খজিক তুকথখি। শীজিন্নমন্দবদগী অমদি পুরিং থোইনা চঙলুদবদগী মনুং মনুংদা কোন্থিলং হাইগংলম্মবা মাগী পিস্তোল অহুগী মহুৎতা অনৌবা অমা লৌরকপনি; মহু শঙনগী মথুম অহুদা হাপচিনগে তৌরম্বনি। মথুং লেপ্পগা রোজীদা ঙাইহাক য়েংহুনা লৈ। রোজী মশাহু শাউবীং শাউবীং লাউবা ঙাইহাক ওইরে। মযুমগী চাকশঙলোমদগী মমানা কৌরক্লবদি ফগ্রনিদা হায়না খনবা হৌরকই। ওফিসর্স ক্লবতা অখন্নবা পার্টি অমা লৈবহুদা চৎকদরা চাক থোংগদরা হায়না হংবা চঙলকপ' পুজারী অহুদা "ঐবু পার্টি কয়ারক চংথ্রবগেনে আউ সাহেপ, ঙা চাদবা কুইরে হায়দনা নঙনা ঙসাই লৈরুবহু কাউরবো' হায়রুই। চংখিগে তৌবা আউদা মখা হায়রুই—

— য়েংঙোই, নঙগী উকিলনী অসিমু ঙা পীজসি, চাক হাপ্প।
— নো সর ঐ ঙা হৈনজদে !
— ঐনা নঙগুম্বী হৈনদবগুম ?

চীং লেমহুনতা লৈবা কোয়রেংগী মচীন্দগী অহুগুম্বা রাঙাং ঙসি অহানবা ওইনা তাবনি। ঙকপনি। ঙকপদগী কিবনা হেনবগুম তৌই। রোজীনা হায়রকই —

— অহুগী নত্তেদা ডাক্তর অঙ্কল। ঐ ইকাইরকদৌরে।
— নঙগী নমীনদি নঙগী ইকাই-ইকীগী মরমদা নীংবা কায়বা রাফম মরক মরক্তা হায়খিদা রোজী। ইকাইদবা ফাওবদা অহুক ফজরিবা নঙনা অনুকা ইকাইরক্লবদি ক্লিওপাট্রা মাল্লহুনা রা থোক্লরনিকো !

— হৈমা ! ডাক্তর অঙ্কলদি য়াম্না হৈরম্মী' জাৎনিনা। নহানখৈ তৌশি রম্মিবা জাং ওইরে। য়ুম পানবগী ৱাদুস্তু হায়জিনবা ওইরম্বা য়ারি জাৎনি।

— ঐ হায়জিন্নবা, তৌশিন্নবা অতুগা মালহনবা হৈনদে। চাঁরগা চা হাউরগা হাউই হাউত্রগা হাউতে, অতা অতাবী হায়বা মীনি। বিজ্ঞানগী ছাত্র ওইরকই ; হৌজিকসু ওইরি। ডাক্তরগী শিনফম অ রোজী বিজ্ঞানগী চপ চাবা খোঙফমনি। রোজীসু খঙইনি।

— খঙই। বিজ্ঞানগা কলাগা য়েক্নবদি ওইদেদা অঙ্কল।

— মতু য়ারোইদবা মী লৈরোই।

— য়ামদ্রবদা ডাক্তর অঙ্কলদি লৈরমাল্লেদা ! ফজবা থোংপা হৈনদবগী

— আই ! রোজী খজিক ৱারৌরেনা-- !

চুম্মী রোজী মবুক্লিং খজিক হুংশিরম্মে। মাগী মায়থোঙদগীসু খঙবনি অতুগীসু মথক্তা মপি ঈরা খজিক চেল্লকপগুম তৌরকপতুনা ময়েক নীংথি শেংলে। কোয়রেংনা পায়রম্বা নোংমৈ মক্ম তরাক্তু স্তেথোস্কোপ মরীগী মনা চেন্থখিদনবা থম্মগা ফাক-ফাক নোক্লগা রোজী তম্না চঙশিল্লকই। ইকাই জরিবী রোজীগী মকোক্তা তপ্না নান্থবিরগা হায়রকই —

— অঙাওবী ! ঐনা নখোয়বু হৈনদে করম্বা কান্দা হায়থ্রবগে ! ইচা ঐনা খ্বায়দগী হৈনবা মীওইনি। নঙবু উবদা য়ুমদা লৈহৌরিবী ঐগী ইচা ওইরবী বিকী নীংশিংবনি।

— মমিং বিকী কৌত্রা ?

— বিনোদিনী কৌবনি : নঙগুম্না মাসু মী কিদে ঙাংবদা পন্দে ইকাই-ই থোইনা লৈতে। নঙনা খরদি হনগদবা মাল্লি। অতুবু নমান্নবনি।

– মাগা উন্ননীংই। ডাক্তর অঙ্কল লৌরবদি য়াম্না লেম্মমগনি ৱা পঙ ঙাংলম্মোই। ঐদি ঙাংগল্লি।

— ঐসু ঙাংগনবনি। নহানরাই য়াম্না ঙাংলম্মী ; ক্বাগী জোগায় পাম্ন তৌসু তৌরম্মী। ঙাংবা লাঙবা হৈনরম্মা।

— হৌজিক ডাক্তর অঙ্কলগী মওং অসিদদি থাজজদে।

— ঐ ফাওবা থাজদ্রবনি রোজী, থাজদ্রবা! পূম্নমক্তু কনাগুম্বী নঙগুম্বী অমগা লোয়নলা চংখ্রে। হৌজিক মুংস্থুক-মুংজানবা পুন্সি অমা কন্না লেল্লি। মতম খরগা লেনখিগে।

— অতুক নীংবা কায়বগী ৱাফম অমা লৈরমগদবদি মান্দে।

— তারগা থাজরক্কনি। নোংমা মতাং চাবা অমদা তমগে।

তশেংবনি কোয়রেংগীস্থু ফুগায়না শাংলকপা পুন্সি অমা লৈরম্মী। মহাগী ময়াইনা থল্লবা লৈনমগী পুন্সি মতাং অমা শোয়দনা লৈরম্মী। কোয়রেং মাগী মচীন তুমখংলকপা মতাংদা রোমাবতী লৈরম্মী। মাগী মতমদা নীংথিবদা মমিং লৈরকপী রোমাবতীগা কোয়রেংগা হাইস্কুলদা তম্মিনৈদগী খঙনরকই। মনিপুর অপুম্বগী ওইবা স্কুলগী মহৈরোইশিংগী অপুনবা কেম্প অমদা খঙনরকখিবনি। সাংস্কৃতিক থৌরম অমদা জগোই শামিন্নবদগী নকশিন্নলা খঙনরকখিবনি। অহানবা উন্নবদগী পুকচেল তিন্নবা হৌখিবনি। হাইস্কুলগী পুন্সি লোইরবা মতুংদা কোয়রেংনা কোলেজদা লৈখিবা অতুগা রোমাবতীনা স্কুলদা অতুম লৈরিবা মতম অতুদা রোমাবতীবু মীওই খরনা লম্বেলদগী চিংগ্রে হায়বা পাউ অমা তারকখি। কোয়রেংনা থুদক্তা চেন্দুনা হংলুই। রোমাবতী ময়ুমদা লৈরম্মী। তোকপা মত্রগা কোয়রেংগী ৱাখল ওইরম্বা য়াই। মঙোন্দা ফাগী ফারাং তৌরকপা তৌরকপা কনা কনা লৈবগে থিরুই। থোইনা থেংনদে। রোমাম্থু নীংশিংদ্রে। লক্করকপা ফাগী তৌরকপা পাখংমচাদি পঙলৈ মরৈ।

অতুবু ওন্থোকপনি চহী খরগী মতুংদা, কোয়রেংনা এম, বি, বি, এসকী অরোইবা চহীদা লৈরিঙৈদা মমান্নবা অমদগী রোমাবতীদু কোলেজদগী চল্লকপদা ফাতুনা চিংগ্রে হায়বা পাউ অমা তারকখি। কোয়রেং স্বায় লাউখি। থাদি থাজরুদে। মচনগী চিঠিদা চিংলুরে, পুংমুকী মমুংদা ফাহৌই হৌজিক করিস্থু তৌদ্রে হায়না খঙহল্লকখি। পরীক্ষা ডকয়াগী চিরবা মতাং

ওইবনা কোয়ন্বেং অমুক্তং থোক্লিং থোক্লিংনা থোক্লকখিদে। লোইহুনা থোক্লকপা মতাংদা চিংলিবা মুপা অহু কনানো হংলগা কোয়খি থিরুই। রোমাবতীনা কপ্পা কপ্পা তম্বদগী মুপা অহু মেডিকেলগী লম পুরম্বা মন্ত্রী অমগী মচানি মহাক হৌজিক লোংথ্রে হায়বা খঙলকখি। ফনা কন্না থিজিনবনি। অহুবু পাখং অহু করি ওইরি করি তৌরি কদাইদা লৈ হায়বা কনাসু খঙনদে। কনানা মপাদোনা রাজনীতি তৌই হায়, কনা অমনা কদায়দনো মীরৈবাক অমদা মহে তম্মী হায়; খরা অমনা কারবার য়াম্না চাউনা তৌবগী মওংসু মাল্লি হায়নৈ। অশেংবা খঙদে। মমিং তোনী কৌই হায়নৈ। রোমাবতীনা হায়বদি মখুদাং নাম্মদনা 'বোনী' অতোপ্পা নামহুদনা 'রোমী' হায়না ই, মী য়াম্না রাং চাউই, লুশমদা দাকফম অমা লৈ মশম শাংনা থাকই মৈতৈ মান্দে হায়বসিনি। লোক্তাক মপানগী নুংশা অহুদা রোমাবতীনা পিরোইননা হায়রকখিবনি—

— য়াম্মুং ঐবু তুকৎচরবরা? থাজবিয়ু হিংচাবা অহু খুদাংদনি পাম্নবা ঙমখিবা

-- রোমা, ওন্নরে নঙনা খল্লিবহু, শাহিং চাবশিংহুনা শারাক তমখিরম্মবা ফাওবদা নঙগী নরাল করিসু লৈতে হায়বা ঐ খঙই। য়াম্না চাউনা লুহোংগনি।

— ইমাগা বিকীগনসু অহুম্না হায়বি। ঐ হিংনীংলকপনি। নত্রগদি ঐ ইথন্তা লোইশিনজরম্মদৌনি।

— হৈ! অঙাওবী! ঐ লৈরিবসিদি নঙগী করিসু রাংলোই।

— সমাজনদি — !

— ঐখোয়সু সমাজগী কায়াৎনি, অশেংবা অচুম্বদি য়াবা তাই য়াহনবা তাই নঙ করিসু মকপা নত্তে ঐ লৈরি। থা মরী মঙাদং চৎলুখিগে। মফম খঙনা থোক্লক্লগা হোংনবা তৌরগনি। হয়েংদগী শীনবা লাঙবা হৌরগনি

— মপান্দা থজিক মক্লবসু ঐ মাংদ্রিবীনিকো থাজবিয়ুকো ! মাংখিরম্বা তারগদি ঐ — !

— রোমা ! নঙ রা য়াম্না ঙাংগনু। শাহিং চাবতুদা শাউরিবসি নঙোন্দা হৈজিল্লকুনা তোকনি।

রোমা রা ঙাংখিদে। কোয়রেংগী মথাদা ঙাশিন্দুনা কুইনা কপ্পুনা লৈখি।

মতাং অসিরাইফাওবা লীতুনা তাহল্লবা মতুংদা চা শেমমিবা রোজীদা মুন্না য়েংলগা মখা চথরকই —

"হায়না শীংনা তৌহল্লে। য়ানরে। রারোইপোৎ পুরে। লুহোংবগী মতম লেপ্লে। ঐস্তু মতমত্তু চপ চানা থোক্লবা শেম শাতুনা লৈরে। মরক্তা থোক্কুনা হোঙলুরগা অমুক চঙলক্কুনা থা অহুমগুম্বা লৈরগদবনি। অতুগা পুমলোই লোইরবনি। চৎলমদাইগী কৈথেল কাক্লবা হল্লকপদা ঐগী কা মনুংদা টেলিগ্রাম অমা ইনশিন্দুনা থমলম্মী। হরাওনা য়েংলুই। ইচানুপী বিকীদগী ওইরম্মী — 'থোক্লক্লগনু রোমা লৈখিদ্রে ; চিঠি য়ৌরক্লগনি।' হায়রম্মী। খায় লাউই। ভাব তাদে। থুদক্তা চৎতুনা প্লেন টিকেট হংলুই। মঙানী তরানি ফাওবা ফংবগী রা লৈতে। রেলদা চৎলগে লেপ্পী। মথংগী মুমীৎতা শহর অসিদা লাকপা মী অমনা পীরম্মী হায়তুনা হোস্পি-টালগী থবক তৌবা অহল অমনা পীরৈ। বিকীনা ইরকপনি। য়াম্না শম্না ইরকপনি। অমুক্তা শমজিননা হায়রবদা মুমিদাংরাইদা মমাম্নবী অমগীদগী হল্লকপদা নহানরাইগী মুপা অতুগী খুৎপুনা লম্বীদগী ফাতুনা পুখ্রে ; মথংগী মুমিদাংরাইদা লোক্তাক পাৎ মপান্দা শিতুনা লৈরম্মে ; হৌজিক লৈবাক ঈরাং হৌরি কাকায়াই থোকলকখিনু হায়না ইরম্মে। মরী-মঙানি মতুংদা ঐনা থুংলুবা মতমদা লৈবাক্কী ওইনা ঈরাংদি অতুম লৈরম্লি অতুবু চাং য়াম্না হম্বরম্লে। ঈংথরম্লে। মীহাৎপা থিতুনা চপ চাবা চৈরাক পীগনি হায়বা সরকারগী থৌওংদা পেন্দুনা লৈরম্মে। রোমাবত্তীনা শিরম্মিবা মফমত্তু

নহানরাই ইবানীনা ফমিন্নবা মফম অতুমক্কি। মশানা মফমহুদা লাক্লগা মথন্নতা লোইশিঙ্গরমগদবা ব্লাফমদা ঐ চেৎনা থাজখি। ঈ কারবা ঐনি। লৈরকপা খুগ্রী অতু বেগ মনুংদা পুরগা অরোনবা লম্বেলদা ঐনা মাবু থিখি। ইথন্নতা থিখি। হৌজিকসু থিরি। থিখিগনি। থাঙতু য়েংঙু — ”

হায়রম্মগা উপু মচা অমদগী মথুম য়াওবা খুগ্রী অমা পুথোরকই ; শত্তোক্লগা য়েংশল্লকই। রোজী থোইনা ঙক্কে। তপা হায়রকই—

— ফংখিগদ্রা ?

— কনানা খঙনি ফংবসু য়াই। নিয়ম্না য়াদবা পোং চাউনা চাউনা লল্লোনবনি। লম কোয়চুনতা লৈবা মীনি হায়বা খঙবা কুইরে। পুলিশতা মাগী রেকোর্ড য়াম্না লৈরম্মী হায়। অমত্তা থিবা খঙনদ্রে হায়বা চে লাকখি। সরকারশিংদগী লংলা লংজীন অমত্তা ফংদে। মতেং ফংবা য়াবা মফমদগী অয়াম্বা মতেংসু ফংদে ; ফংননবসু হোংনদ্রে।

— বোনী হায়ব্রা রোমী হায়ব্রা হিংচাব অতু ফংদ্রিমখৈ য়ুম পাল্লোই হায়না ব্লাশকপ্রবরা ?

— শক্কে। ব্লাশক্কগী খনবনা হেন্না লূম্না খল্লি।

— মাগী লমচৎ অতুগী হায়রুরবদি নোংমা নত্রগা নোংমা অমনা নত্রবসু অমনা চৈরাক পীরগদবা মীনি। থাঙ অতুদা নত্রবসু নোংমৈদা চৎপ্রগদবা মী মাল্লি। মাবু হাৎপনা ডাক্তর অঙ্কলগী এম ওইপ্রবদি খঙদে নত্রগদি।

— নোংমদি লমথুংমক ওইরম্মী। হৌজিক্তি নত্রে অশোকপা লায়েংবা, শিগদোবা কনবা অসিনা অমত্তা ঙায়রবা থৌদাং ওইনা লৈরে।

— থৌদাং অতুদা লুহোংবনা পীরিবা অপনবসি করিনো ঐদি ভাব তাবা ঙমদে ডাক্তর অঙ্কল।

— ঐসু।

— ওই !

অনী য়েংনৈ ; খজিক নোক্নৈ। রোজীদি মানা নোক্লু রিবতু করিগীনো খঙখিদ্রি।

মুমিদাং অসি, চীংলমদমগা ওইবগা কনা খেঙবা মাল্লে। রোজী চৎখরে। মাবু লৌবা লাকপা মোরবা শুম্নিবনি। চাক চাখো হায়বা য়াখিদে। নোক্লা নোক্লা রাতা অমা তৌরম্মি—'ঙা থোংবা চানীংদবদি নত্তে, অতুবু ঙসিদি চাজরগোই।'

অহীং ফনা থেঙবা ফাওবা কাইল গুতুনা লৈ। অথুবা চে খরা লৈবনি। হয়েং ছুটী অমা লৈ। রাৎলিবা খরতু হয়েং অনাবা মরোল অমা য়েংলুরগা শূরগে খনদুনা থুম্মে। তুম্মগা তৌরকপদা টেলিফোন লাকই। কনানো করি তৌবা য়াওরে? পায়খৎলুই। অহীংগী থৌদাং পুরিবা লেপটিনেন্ট বিক্রমগী ওইরম্মী। নোংমৈনা শোকপা মুপা অমা ওপরেশন তৌদবা য়াদ্রে সারনা ঙাইহাক্তং তৌবিদ্রগদি মতা চারোইদৌরে হায়রকই। হায়রুই—

- নখোয়না অতুম তৌবা য়াদ্রবো ডাক্তর বিক্রম?

সর, খরা লুবা ওইনা তৌরে। হার্ট শোক্লিং শোকমাও তৌবা গুলী অমগা লংস মখাদা অনীগা লৈরে।

— এ! হিংলিবরনে?

... সর হিংলি।

— ফরে তৈয়ারী লোইরম্মো ঐ য়ৌরকঅগে।

চঙখিবদা ওপরেশন থিয়েটরদা ঈনশিনগদবগী শেম শাত্থনা লৈরম্মে। গ্লোভ তহা-তহা উপশিল্লগা শিথহনবদা ঙায়রম্লিবা অশোকপগী খুদাং তাপ পায়খৎলগা মিহুল য়েংগে তৌরকপগী অতুদা খুদাংদগী খরা চখৎলগা পাম্বোমদা 'বোনী' হায়না ইরিবতু খংউ উরকই। কোয়রেংদা থক পানবগুম তৌই। মথুং নাম্মনা মী অতুগী মথুং ওয় অতু তাপ চিংখৎলগা য়েংলুই। অয়াকপা মচু অমদা থাবা থেংনরে 'রোমী'। খুদক্তা অমুক ওনখৎতুনা শাংলপ তৌবা মশম অতু হাইগৎলগা লুশমদা য়েংলুই'। শাংলপ তৌবা কুইরবা দাকফম অমা লৈরে। লোয়নরিবা ডাক্তর নহাতুনা চীনখুম মনুংদগী হায়রকপনি — 'সর নোংমৈ মরূশিংদি থবাকলোমদনি।'

— খঙই। মুপাসি কদায়দগী পুরকপনো ?
— উমংদা তাত্থনা লৈরক্সী হায়রদনা খুজা অহল খরনা পুরকপনি।
— অহলশিংহু কদায়দা লৈ ? চৎহনখিম্মু হায়য়ু।
— সর মখোয়দি ঐখোয়দা শিন্নরম্মগা অতুম চংখরে। সর মতম:সি -।
— উম : ঈনশিল্লো।

ঙাইহাক অতুদা কোয়রেং চপ লেপ্লগা খুংকী গ্রোভকী ফীবান শেমজীন শেমজীন্না তরঙদা য়েংতুনা ঙাইহাক লেপ্পুন লৈ। অহাঙবা মালঙ অতুদা লোক্তাক মপান্দা রোমাবতীগী পিরোইনরবা ঈংলবা মায়থোঙ উরকই। পাংকী ঈশিং ঈমায় অতুমক্তদা ঙরাং নত্রগা ঙসাইদা মথুমদগী শত্তোকলুরবা কোম্বিলং খজিক হাইগংলবা খুগ্রী অতু হিজাউ অমা তাউবগুম তাউবা উরকই। ঈংলবা চীংগী অহীং অতুদা কোয়রেংগী মশাতু ঙলাঙবা য়ানা শাগংকে তৌবকই। জুনিয়র ডাক্তর অতুনা থারকপা নর্স অতুনা তহা-তহা চেল্লক্লনা হায়বৈ—

— সর - !
— সিস্তর ! ঐ কোক ঙাওবগুম্বা অমা তৌরে। ডাক্তর বিক্রমদা লেপ্লো হায়রো। ঐ ঙাইহাক্তুং পোথারগা চঙলক্কে। নুংদাংসি ঐ মীং অসি নুংঙাইতে।
— খঙজরে সর।

কোয়রেং মাগী কাদা চঙতুনা পোত্থাগে লাক্লে। য়াদে নাখোঙ অনীমক য়ং-য়ং-য়ং শাগংলকই। ঈশিং গিলাস অমা থক্রগা ফমথরকপগী অতুদা নর্স অমমুক চেল্লকই— 'সর, হার্টকী ..' হায়না হায়রৈ। কোয়রেং তপ্না চংলকই। রাখলনা কুম্বংনরম্বদগী ওপরেশন থিয়েটরগী অঙাংবা মৈ অতুদা খংয়েং য়েংখংলম্মগা তহা-তহাবগা লোয়ননা হৈনীংনা চঙখি। হৈত লাক্তবা নত্তে হার্টকী ঙমখে লানশিনখিগদৌরবা অরে বা নোংমৈ মরুতু মফম চপ চাবদগী মতম চপ চানা লৌথোকই। শম্মনীং লৈরবা হার্ট শোকহন্দনবা চেকশিন্না ফোংলি। মতম চপ চানা চেকশিন্না মও চানা থম্মীনবা মঙং

মথং মথং তাক্তুনা শিন্নরম্মগা চিরবা লানফম অমদা মায় পাক্লবা লাম্মী অমা ওইনা ডাক্তর কোয়রেং তপ্পা ঈংনা চীং লেম্না থোক্লকখি। মথংগী মুমীৎতা অৱাং নোংপোক মায়কৈগী লাম্মীগী লায়েংশঙশিংগী পন্দুনা লৈবা ৱাফম খরা খন্ননবগী ওইনা শিল্লোংদা চংখি। মফম অসিদা হাপ্তা অনী লৈ। থবক লোইরগা মঙা-তক্লক্লি পোখাবা ওইনা লৈথরকপনি। যুম থোক্লমদাইদা বিদন ঈশিংচাইবী য়েংলুই। ঈশিংচাইবী মখাদা অচীকপা মফম অমদা মথন্নতা ফনা কুইনা ফম্লম্মী। হল্লমদাইদা মাগী ইম্নারবেগ অতুদগী খুগ্রী অতু মখুমগা কোন্ননা লৌথোক্লগা অঙম্বা চীংখা অমদা কন্না লংথখি; মচীন্দা তপ্পা শোনখি বোমা, লমন খুমলে; শান্তি ওইনা ঈশ্বরগী মনাক্তা লৈরম্মু।

ডাক্তব কোয়বেংনা লায়েংশঙগী মাগী কাদা চঙলকপা মতমদা মুমীৎ চপ চানা যুংলে। ওফিসতা অথুবা চে-চাং লৈত্রা য়েংগে চঙলকপনি। থোইদোকপা লৈবমদে। চা অমা থক্লগা ঙাইহাক পোখারিঙৈদা নর্স ইলাইজা তহা-তহা চঙলকই; হায়বে—

সব ওফিসাবস ৱার্ড নম্বব ১৩গী অনাবসি রিলিজস্নু তৌত্রিঙৈনা চংহৌদোরে।

— ফরদনা তৌরিনি চংচপ্রসনু। বিলিজগী চে পীগ্রে।

— সর মা থাদোকপা চুমদে। মশা ফরবস্নু থাদোকপা য়াদ্রি ঐ সরবু ঙাইরম্বনি। মা মচং লুদবা মীনি। চুমদবা তৌই।

— মাগী লনাইগী পুন্সিদা খুং থিংজিল্লুফম থোক্তে। লায়না লায়েংবনা ঐখোয়গী থৌদাং ওইগনি।

— অতু চুম্বনি সব। মাগী লনাইগী লমচংনা ঐবু শোক্লে। অহীং হিদাক কাপ্পা চঙলুবদা ঐবু...

— হাই! কনানো করম্বা ওফিসরনো?

— মমিংস্নু খঙদে রেঙ্কস্নু খঙদে। মমিংস্নু অনী অহুম হায়। পৈশাদি য়াম্না য়াম্না পায়হুনা থম্মী। ঐঙোন্দস্নু লুপা য়াম্না পীরগা মীঙোন্দা

ত্থাকথোক্তনবা হায়। ঐ সরবু ঙাইবনি। অতৈ খঙলবদি ঐবু তাম্মোক্লগনি। ঐগী ইরানদি নত্তে। সর মাসি ত্রগ পুবা মাল্লি। ঐঙোন্দসু, পীজগদবগী তৌই।

— ঐনা ওপ্রেশন তৌরম্বা মশম খরা শাংবতুরা ? মমিং বোনী/রোমীগুম্বা হান্নব্রা ?

— মানি অতুম্নসু চেদা ই। অহীং অথেংবদা মী মশক খঙদবা থরসু মরক মরক্তা লাকই। ঐঙোন্দা হায়দোক্তনবা পৈশা মপুল মপুল পী। হায়দোক্লবদি হাংকনি, ইমা হমুবীতু হাংকনি ইনা ওম্নুপীতু মাঙহনগনি ..

— ফরে ইলাইজা নঙ চৎলো নথৌ তৌরুরো।

— ফনি সর।

ডাক্তর কোয়রেঙ ফুক হৌগৎলি। টেলিফোন তাপ পায়খত্না ও, সি, দা লাকপিনবা হায়রম্মগা ৱার্ড ১৩ তম্না চৎলকই। দারী হেক কাখৎলকপগী অতুদা মুপাতু স্থুট কেশ মচা অনীখক মখূৎ নাম্ম নাম্মনা পায়রগা থোক্লক্লগা মনীংলোমদা চপ ঙম্বা তিংখং তৱা খারিবা অদোমদা চেনচৎ চৎখিবা উরকই। কল্লপ লাউরকই— ঙাইখো বোনী, রোমী !

বোনী-রোমী ঙাইদে। লৈতুনা খংয়েং অমুক্তং য়েংলম্মগা তরাগী শম্বল অতুগী য়োংকী উয়ুং অমদা কাখৎনবা লাক্লরকই। চঙশিন চঙশিন্না অহুমলক লাউবা ফাওবদা করিসু থওইনা তৌরক্রবা অতুদা কেপ্টেন্ কোয়রেং নাকন্দা কোট মনুংদা য়েপ্লিবা পিস্তোল অতু শংলকই ; চেনশিন চেনশিন্না লাউরুই— নঙগী ফনবনি বোনী-রোমী ! ঙাইখো।

হৈ-শিংলবা মুপাতুনা তরাগী অরোইবা পরীংতু লান্দুনা মশাতু অসোম ৱাংমদা হুনখিগে তৌরকপগী অতুদা ঈ কাথ্রবা নীক্লবা মখূৎনা তেংখল অহুমলক নমখং নমখং খংখি— শেং-শেং-শেং। স্থুট কেশ মচা অনী শম্বলগী ৱাংমরোমদা পাইহনবগী মওংদা হুল্লম্নগা মুপা অতু সোম ৱাংম-রোমদা পদ্রাক-পদ্রাক শীথরকখি। য়োপী তরাদা লৌতুনা শাংনা মনুংদা

শেগায়রবা ফুরিং মরোল অতু মথবাক মপাদা খাইবোক তাই। থবাক্কী মফম অতুমদা ওইশিল্লকপদা ঙাইরিবা শাংলপ শাংলপ তৌবা অফোংপা মরী অতুদগী অখেংবা ঈ মরী মরী চেন্থরক্লি। মানা য়াম্না চেকশিন্না নীংথিনা ফোংখিবা শরুক্কী মপা অতু চপ চানা পিস্তোলগী মতোন অতু তপ্পা থাঙ্গত্তুনা তন্নকপা মতাং অতুমক্তা নক্না লেপ্পরিবী রোজীনা তপ্পা ফারুই। মমুন ফানা মুল্লবা মখোক লোয়রবা উহৈ য়াত্তুনা হেকপগুম নোংমৈ মচা অতু লৌরগা রোজীনা ঈংনা তপ্পা লৈথোক্তুনা য়েংলকপা কোয়রেংদা তপ্পা নুংশিনা মোমোন তৌরগা হায়রুই—

— য়ারে, ঐগী পুন্সিগী কেশ ওইনা ঐনা থোকপা তৌরগনি।

— করি তৌননবা ?

— হিংননবা হিংমিন্ননবা।

— ঐ নঙবু হৈনবা অশেংবনি রোজী।

— হৌজিক ফাওবা মচীন অসিদা নুংশি' হায়ব্রিনে ডাক্তর হন্নুবসে !!

ইম্ফাল/১৯৯৬

# থোইবী শাবী

মোইরাং পর্ব লীলানি। লোই কাবগী মতাংনি। কবো কোম্নুং থাদোক্লমদাইদা নিংথৌগী সনামাঙদা মজাইবেম্মা থোইবীনা অতুঙৈ মথংলেন মেলৈ লাংবগা থাংজিং লাইগী লাইমাঙদা থেক-কা থেক, নৌ-গা নৌ লৈনা নোইনা শাখিবা জগোই অতু মীৎয়েং তাবিনীংই হায়বগী শাগদৌরি। মপুঙ ফারবী লৈশাবীগী ফিজোন্দা থোইবী ঈংনা তপ্না থোক্লকই। মীয়াম মমাঙদা থোক্লকপদা মঙাইরি অকোয়বদগী হায়ন-হৌনরুবা লৈতনা পুল্ল্গা অমুক্তদা খুবাক খুরকই — প্রোক-প্রোক-প্রোক। ব্রা ঙাংবা নত্রি ; জগোই শাবা নত্রি ; থোরক্লগা ময়ামদা ভক্তি কৎপদা ঙাইরি। তিংথোকলপ তৌবা মখূৎ অনীনা মায়কৈ মরীদা চাউহাই অমুক্তং হাইরম্মগা খুরুখুদক কুন্দুনা শূপ্না খুরুম্বদা মঙাইরি। মাঙ ওইরপ্না য়াম্না চিন্না ফম্খিবা মীয়াম অমনা হায়রকপনি –ইবেম্মা থম্বাল, থোইবীদা থোইবীনিদকো ! শিখিদৌবা পাম্মুইদা ! থম্বাল-থোইবী পুন্সিখোকো !

থম্বাল চহী নিফু ঙকয়াগী নুপানি। নুপীদা নুপী হৈজিনবনি। মহৌশা হায়বী লাইরেম্মসিসু মরক মরক্তা ওন্তোক্লা নীংথিজগ্রবা অশোয়বা অসি তৌথোরকই। শেম্বা শাবা লোইরবা মতুংদা অরোইবগী ওইনা মপান খোপ্নগী ওইনা খূৎ থারুবদা মহাক শোয়দনমক ঙক্লমগনি। হককী তাংথক অমনীদং নত্তনা থম্বাল নুপীমক্লি ? নুপীমক্তদগী মানা হেনবা কয়ামুক লৈরি — নীংথিবা। নুপীগী ফজবা হায়বসিমা মঙোন্দা লময়োবীদা হাপ্পিরম্লি। মানা লীলাদা থোইবী শারগা থোরকপদি অতুঙৈগী থোইবীতুবু থম্বাল য়ৌরিদ্রা খম্নে। মানা শাবা পারু ( দেবদাসকী পার্বতী), ওইরকপা শন্দ্রেম্বী পোর্শিয়া, ক্লিওপাট্রা, জহেরা অতুগা অসমান থম্বালগী থম্বাল ব্রাখল

মালঙদগী হেল্লি। নীংথিবা যুগ পুবী চন্নুশিং ফাওবনা কল্লকলপ ত্তোই। থোইবী শাবদা ফাওখিবদগী 'থম্বাল থোইবী' হায়দনা খঙনরকপা কুইরে। পুন্নমক্লা হৈননা তৌরক্লি।

য়াম্না হৈনদ্রিবসি কুমারীনি থম্বালগী মচানুপী কোকহল লাইহল কুমারী। মরম লৈ।

কুইরে। কুইরবগী মমাঙদা থম্বালনা মচানুপী অসিবু নুপীগী হায়ক্কুল অমদা ইহান হান্না মিং চনবিবা চংখি। থম্বাল মতম কনা ফাওগংলকপা মতাংনি। ভাবোক্লা কন্না তান্নথংলকপা মতাংনি। মগুং মমান্নবা নহা পাখংশিংনা মফম মফমদা তান্ন তান্নহুনা লক্কনরকপা মতাংনি; মাগা নক-শিন্ননীংবা পাখংশিং ইনবা মতাংনি। মপা মচা চংমিন্নবা মতাং অহুদা মফম অমনীদগী হুইশেল ফিং-ফিং খোংজিল্লকই। কুমারীনা ওক্লা য়েংলুবদা থম্বালনা নুপীজা লীচংকী খোঞ্জেনদা মচাদা হায়রকই —

— হাই? হন্না য়েংলুনোইমী নঙবু? অহুম মচংলু।

কুমারী লৌশিং থজিক তাবদোনা তৌই। মঙা-তরানিগী মমাঙদা মনেশিং অহুম-মরীনা লৈ থিবা চংপদা মাসু মতুং ইল্লুবনি। লম্বেলদা পাখংমচা খরনা অম্তুম্না হুইশেল খোংজিল্লকপা থেংনখিবনি। পাখংশিং অহুনা করি করিনো হায়দনা লাউরকপদা চীনফেন ফবী মনেশিং অমনা করি করিনো হায়দনা খুমখিবনি। মনেশিং লোইনা মোমোন তৌনখি। ওসিসু মপা থম্বালনা নহানগী মনেশিংনা মোমোনবগুম মোমোন্নবা উই। ওকই। হংলুখি —

— বাজি ঐখোয়দরা খোংলকইবসে?

— নঙোন্দদি নত্তে। য়েংলুম্নু চংতুম চংলু।

কুমারী মখা তাখিদে। ওকপসু হনখিদে। নহানমথৈ খঙলবসু খঙলুদবনি মপা থম্বালগী মখোল মনেশিংগীগুম মেঙনা থোংলি; নৌসু নৌই। অমুক্কসু খঙলকখি মপাগী খোঞ্জেল নুপী খোঞ্জেলনি। শেম শারগা চাংলকপায়দি নুপী খোঞ্জেলহু অমুক্কা হেন্না থোং নৌই। কুমারীদি হৈনদে। মরমদি মাসু খঙদে। অঙাংনি।

চহী খরা লৈরগা পুংকক চাউরক্লবা মতাংদা, নোংমা ক্লদগী থেংলপ থোরক্লগা খোংনাংখোঙ অমদা লেপ্তুনা রিক্সা ঙাইবনি। মুমীতু কুমারী একাগারী য়াদদনা রিক্সাদা চংকদবনি। মুপী মৌ নহা অমসু মশাহু তহা-তহারদনা রিক্সা ঙাইরে। মুমীংতু হাইগংপরোমদগীসু হাইথ্রবরোমদগীসু রিক্সা য়াম্না কুইনা লাক্তে। হাইগংপা অমখক লাকই। মী য়াওরকই। লৈরক্লোমদগী অমা থোক্লকই। মৌনহাহুনা খাম্মুই। য়ারক্তে। মহাক্তদা গাড়ী পীশিনবা মতম য়ৌরে ভারা হেন্না পীনবা শেল তালহৌদে হায়দনা লৈরক অমদা হাথু-হাথু থৌজিনখি। মী অমখক্তা তোংলকপা অমদা কৈথেল ফাওবদা য়াওগে হায়রকই। তয়ার নামা য়াদদনা তোংলক্লিবা য়াম্না শোল্লবা অহল অহু ফাওবদা থেংনবা রিক্সা অমদা তোংহনখিনবা তপ্লি-তপ্লি থৌরিবনি হায়রকখি। মশাহু তহা-তহারিবী মৌ নহাহুনা তেংথাজবগুম হৌরপা শোল্লকপনি—তৌনিনে ঙসাইনা ঙসিসি মঙ্গল ওইরোইসে হায়বা খঙলবনি!

— করি তৌরক্লবগে ইবেম্মা থরো? —পোকম ফম্মিবী অহল অহুনা শিংজু শোইনা শোইনা হংলকপনি। থরোনা তাপ থুম্লকই—

— হো অবোকবেম্মা, ঙসাই থোঙ্গান হেক থোক্লকপদা মহা ওলখী অহু ওক্লরে। মঙ্গল অমত্তা ওইদ্রে।

— এ! কনানোনে ইশুনা অহুক থীনা তাথীরিহুবো?

— হো মুপানি-মুপীনি খঙদবা, ফৈদাসু নত্তবা লীলাদা মুপী শাবীদো! মফম মরাং খঙদবা মাগী থম্বাল হায়বদো, মদো মুপা নহা খরগা হেংঙো-হেংঙো তৌরদনা চংখিবা থেংনক্লরে।

কুমারী স্বায় লাউই। মৌ নহাহুদা শং য়েংথোক্লই। চীংলেম্মা মঙাল তাররা ঙৌরবা মমায় অহুদা তুকংচবগী মমি উই। মমিদ নত্তে খোংনাংমোমদগী লৈথোক্লগা মতিনসু শিংখি। পোকম ফম্বী অহলহুনা করিনো খরা য়ানীংনা পলহৌই। মৌ নহাহুনা মখা খরসু শমথহৌই। কুমারী তারমদরে; খোঙনা চেনচং অহুম চংলক্লে।

মমুমদা য়াম্না শাউনা চঙলকখি। মমাদা লান তৌরগে যুম কাং-খোং চাইথাইরগে হায়বগী মওংদা ফুজিল্লকপনি। মাঙোন্দা মপাগা মমাগা ওনশিন্নদুনা ফম্মগা লুপা মপুন মপুন খরা থীমিন্নদুনা হয়াওনা লৈরম্মী। মপানা ফৎ-ফৎ ইমুং চঙলিবা কুমারীদা হায়হৌই—

— হাই মেমজো, নঙগী টি, ভি, হায়বদু য়াদৌরে হৈ। কলরদুনা কোন্না কোন্না ওল্লবস্তু ব্লেক-হুয়াইট ত্তি ময়ারনি। নমাগা চংলগা অমা য়েংঙ্‌রো ; হয়েংলা হংচিংলা।

"হে-রা, অত্ত লায়রি! মমান মমান্নবনা লুনা ভারীদা থোনরে, ঐগী ইচানা সাইকেন! ঙসিস্তু হোরমদনা মখোঙনা চংলুরিসি উদ্রো।"— মমানা হায়হৌই। মফি-মরোল হোংদোক-লাকথোকপা তৌদনা ফমুংদা তাত্তুনা লৈরিবা কুমারীনা মপাগা মমাগগী য়ারীদু তায়—

থম্বাল — নত্রেনে, লুনাদুদি মানা কোলেজ কাবদা লৈবিসি হায়দাইনে?

মুংশি — কোলেজ কাবদস্তু তোংনি ; তৌজিকস্তু থোক্তসনু। ঙমগ্রিতৈদদি ঙমগ্রিতৈনি, চেঙয়েনগা শোগ্রীগা, ঙাচিং অনফাওবা তাউইন্দনা পীজখ্রিদুনি। ইচা কোকহন লাইহননি তোংহল্লনি। লৈশাবী মচানা লুনা থোবসি ইথন হেক থল্লদনা য়েংবা ওম্থোক্লা মুংঙাই-জাগ্রে।

থম্বাল — মুংঙাইজনি মমা শাবী নঙনা হেন্না লাই য়াওখরে। নচা অহুম শুরবা নঙনা ইখং হেক খংলদনা। হাই নত্তে'মি মেমজো মমা, নঙনা নহান লৈরকপা মোইরাংফি হংপা ইন্নফি অসিদি মঙোল য়াম্না ওইবো। মসি ইল্লগা হেক শারুরবা, জগোইদু ভাবোক্লা 'ভাল্লো' হেক্তা মরাওরে। পৈশাসিনা পঙথাদা হেক্তা থাবনে'মি। অস্ তো-তো, নহাক্লা অকোনবা থীবা নোং অহনবা পিরেক-পিরেক লাউবা য়য়ামদো ঐঙোন্দা থারকপা ঙাক্তনি।

মুংশি — নহোয় মী অমদা থারবস্তু লীলা পার্টি লোইনা য়েম্নে হান্নদাইনে।

থম্বাল — য়েন্নরিবনে'মি। অদুক অদুক য়াম্না থুংঙিবনে। লীলা মফমবুদি

অমস্তা নত্তে মফম তরুক্নি। রাবর্দি ইমাইপেম্মা অহুগনহৈ ; নহানদি ঐখোয়গী লরাইদো মতুগী অরাংগী খুঞ্জাওদো, মতুগী খুন্দোন্দা শান্নরুইয়ে। হান্না বার্তোন কা তৌনবা পোৎ নত্তে। দবল শোগী মতুংদা অহুমশুবা ওইনা শান্নরুবা জাংনি। এ! নোংয়াইমতুং আ য়োরে কৈনো, নোংঙান্দোরে। ঙাইহাক তূম্নরগা হাইগংলকপদা ঐখোয়গী খুনদো উরকপা। নহানরাইগী ঐখোয়গী হিঙ্গোন্দো লাপ্পা উবদা মীংসিদনে পি মতুম মতুম তারকইবা। অস্! ঐনে কপ্লিবা ; নুংশিবনা। ইবানীনা মেমজো তাররনি হায়দনা শম্বলকা খারম্বা পুথ্রীমচাদো উরকইবা ; ঐ কপ্লি। হুজিক ফাওবনে কপ্লিংলিবো। নুংশিবো ইপাম লমদম হায়ব-কাসি। কো?

থম্বাল থাপ্লবা লরাইদগীনি। শহর অসিদা হোঙ্গংলকখিবসি কুমারীনা লেপ্পা কাফে কাফে চৎপা হৈরকপগী অহুদনি। য়াম্না নংনা হৌরকই। পৈশারালী শুবা চংখিবা মপা অহু গাড়ী গুরুং চৎপা অমদা লৈখিদবদগী মমা লুখ্রাবী অহুনা য়াম্না রানা নিরুদে হায়বদা খাকপা মখৈদা খুজিন্না খোতুনা মাবু য়োকলকখিবনি। অঙাং পিশক ওইরিঙৈদগী মশাসি তনাপ তনাপ্লি ; থোংলি নৌই। মমান্নগা অমাঙ্গোই তান্নবী শান্নবগী চেনবদা ফাওবদা তাল্লিবা মীহুনা থৌ থৌহুনা চেলহনবা ওইনা তৌরকখি। য়োং-পাক থাংজো পায়বা হৈজদে। খূনেক্কী লৌ খাওবদা মমাম্নবা নুপা মরক্তা য়াওদে লৈশাবীশিংগী পরেংদা য়াওহল্লকই। লাঙ্গোন পায়বদি লায়রদনা ইখোলদা চঙবা ঘন ফাওবা তানবা হৈরক্তে। শীংজও পায়বদি লাম্নরি মমানা লৈরকপা মৈচম ওইনবা উচান মপাক্কী তম্খায় অমা অহু থাংজো তোনককপী অহুনা খায়বদা খায়বোক চনফাংত্রিঙৈদা মখুবাক অনীহু ঙাংশং ঙাংশিল্লকই। ঙৌরবা মমায়গী নাকচীদা হুমাং মরীক মরীক কান্নকপগী অহুদা মমানা নীংবা কায়না চৈহুনা শোল্লকখিবনি—

— কমদৌদৌনো থম্বাল নঙবো, ইমাদি রাইদা! অমা তৌ হৈতে ; অমদা

তৌরে চন্নদে, নঙনা মী ওইনা পানগদবসি ইমাদি উবা ঙমদে। নশাগী নবুক পুবা ঙমগনি নীংদে ইমানা। নমা ঐনা লৈত্রবা কান্দা নঙনা কমদৌনা হিংহৌবা, খনবদা মন্মী।

যণজেন-যণঙাক ঙম্বদগী হেন্না চাউরবা থম্বালসু খল্লুবদা মম্মি। পামদবা হোৎনদবসু নত্তবদা মচু তাবা থবক অমত্তা পাঙবা ঙমদে। ঈশিংপগী পন থিংবা ফাওবদা চরূনা ফি মপান খোপ্পদৌনা তৌই। নীংবা কায়-রকখি। মতাং অমদদি মীরক তিনবা ঙম্মোইদৌরবা ঐদি শিজখিবনা ফরগদ্রা হায়বা ফাওবা খল্লকখি।

নোংমা খুল অসিদা কোয়না চৎতুনা দ্রামা শান্নবা কাঙবু অমা লাক্লুনা শঙ চাউনা শাহনা লীলা শান্নরখি। তরানিমুক লৈরম্মি। লীলা কাঙবু অহুগী দাইরেক্তর অহল অহুনা থম্বালদা অহুগা অকোনবদা মমাদা অঙাং অসিদি জগোই তমহল্লু ঈশৈ শকহল্লু য়াগদবা মাল্লি হায়না হায়-রকখি। মমাদি কয়া য়ানীংদে। থম্বালদি মতুমক চপ য়ুংনা পামজক্লরে। মমাগী ইন্নফিহুনা কোয়না জোন-জোন শেংলগা শঙ্গোয়দা, শুমাঙদা, পুখ্রি মপান্দা করিগুম্বা মতাংদা লবুক লমহাংদা থেক থেক্লুনা, লৈ লৈহুনা লৈরম্বা হন্না হন্না থেংনগ্রবা মমাসু মদোমদনা পক্লরগত্রা হায়না খল্লকখি। খুনগী ওজা অমদা ঈশৈ তম্বা হৌখি। মখোন চপ চানা ফৈ। য়াগনি হায়না থৌগৎপিরকখি। চহি খরগী মতুংদা মোইরাং পর্ব লীলাগী কাঙবু অমা মখোয়গী শঙ্গোয়দা অহীং লেকখি। তম্বীবা ওজা থোংলেন শাবহুনা থোইবী শাহনসি হায়দনা কন্না হায়খি। থম্বালসু মমাসু য়াখি। মমানা চপ চানা রারেপ্পরবা মতুংদা হায়খিবনি—

— উঝা ইবুংঙোবু। ননাই অসি মুপী থিবদি খঙঙরোইদো!

লীলা কাঙবুহু অমুক্তা ওইনা হৌনা নোকখি। হান্না থোইবী শারম্বা হৌজিক্না মীয়াই চনশিল্লক্লুনা মমা শারবা তোম্বীমুনা তাপ ওক্লুনা খুম্মকপনি—

— এ ইচে ! তৌন্নু ঐগী হৌজিক হৌজিক য়ুমদা সুপী অনী লৈরি ; খুল অমনীদসু অহুমশুবা অমগা লৈরি। অকোনবগীসিমদি নহা ছাত্রীনি।

চুম্মবা ব্রাফমনি। ময়াম ইখঙ খঙনবনি। ময়ামতু অমুক্সু পুন্না হৌনা নোকখিবনি।

কুমারী কোলেজ কারে। ময়াই ওইনা লৈবা মহৈরোয়নি। মপা লৌবগী কুচু কুমেন পাল্লি থোং নৌবা মায়দা পাল্লি। লোয়নবদা, মমা লৌবনা শাহৌ ফৈ তীক-তীক লাউনা চাউ শাংই। শান্ন-খোংনবা থন্নাই য়াওই, ময়ামগী সেবা হৈনজে। এনঃ সিঃ সিঃ হান্নদগী য়াওরকই। স্কুলদা বেষ্ট কেদেত ওইরকই। কোলেজদসু ওইরবা য়াই হায়না থাজনৈ। পোশাক শেংলগা মানা মাঙ থারগা চংপদা অয়াম্বনা মঙোন্দা য়াম্নমক খোয়দানা য়েংনৈ। মপানদি মাগী মওংতুদা খোয়জওদে। তথী-তথী তনা-তনা মায়োক্না লৈবদি নত্তে।

লৈবাক্কী ওইনা খল্লগা দিল্লীদা অকুইবা কেম্প অমা চংমিন্নবা মতাংদা দোরেনগা থেংনরকই। অহানবা খঙনবদগী হৌনা অনীগী থমোয় তিন্নরকই। কোলেজগী পুন্সি লোইশিল্লকপগী অঙদনি অনীগী থমোয়না অহানবা ওইনা নকশিন্নরকখিবা।

মতাং অমদা মপান লমদগী নাংকী লমদা অপাম অপাম্বা হীরমদা থিজিন খোংচিন তৌবা মী কাঙলুপ অমা মণিপুরদা থোকলকখি। হাণ্ডামুক-তরানিমুক লৈখি। কুমারী দোরেনগী কোলেজদা একপগী থৌরম অমা পাঙবা তাবগী মতাংদা নাংকী থৌরম খরা উংসি হায়না খন্নবা মতাংদা ঈশৈ তৌসি, ড্রামা উংহনসি, জগোই খরা উংহনসি হায়বা মথং মথং হৌদোক্নরকই। শীন-লাঙবদা লমজীংলিবা ওজানা লৈবাক অসিদা চংনরিবা তোপ্তোপ তাবা শুমাঙ লীলা য়েংহনসি হায়না হৌদোকলকই। দোরেননা হায়রকই —

— অস ওজাবু, ব্রাদি ব্রারৌবিন্নু শুমাঙ লীলাদি তৌগুমসি ইকায়।

— করিনো ইকায় হায়রিবদি ?

— অস সরবু, মুগী শাবদো .... ! অস হেঙো-হেঙোরদনা, চনশ্বরদনা ! মুগীরা মুগী নত্ত, নুপারা নুপা নত্ত ; ওক্লবদা মঙ্গল ওইদৌ মান্দে ।

মায়োক্লবদা ফম্মিবী কুমায়ী খূনাওবীগী খূজিনদা য়ুবা মতা চাদবদগী শত্তোক্লিবা তুম অমদা খংথেং থেংঙ্‌বগুম্বগী চৈনা অমা খাঙলগা মাগী দোরেনদা খংয়েং য়েংলুই । হৌগৎনীংলকই । লমজীংবা ওজাগী মরৈ অমগী পাউখুম ওইনা দোরেননা মখা চথরকই—

— সর, সরখোয়না মোরেল য়াম্না রাংনা লৈবিখিবগী তাবি-খঙবিদ্রবনি মহোয় চনশ্বীশিং অসিগী মরমদা জাৎ-জাৎ তায় । মতা চাদ্রবদি মখোয়সি ওন্থোক ওন্থোকপা লায়না শন্দোক্লম্বা য়ারি...অদগী সর...

কুমারী হৌগত্তুনা অত্থুম থোরক্লে । মখোঙ অনীগী ইঞ্জিন পানবা গাড়ীতু ষ্টার্ট তৌবদা শো হাংবা কাউরুই । থৌরমদাইদা খঙলত্তুনা তহা-তহানা হাংলুই । শোঁজে ওন্নবদগী ফনা কুইনা হোৎনত্তুনা লৈরুই । লম্বেলদা থৌনা থৌনা নুমিদাং অমা মমা মচা কন্না খৎনখিবতু নীং-শিংলকই .....

.. নুমিৎতু লৌকোয় পাংলোমদা থামুক চত্থগদবা মহৈরোয়শিংগী কেম্প অমা য়েংবা চৎলুবা হল্লকপনি । মমান্নবী মখোয় তরামঙা তরুক হনমিল্লরকখি । নীংথিনা চুমদ্রিং কাপ্পা লম্বেলগী মতাং অমদা লম্বীগী মতাই ওইরপ্পা মতা ফবা লম্পাক মচা অমদা মিনি বস অমা খাল্লগা মনাক্তা মখোয় খরা ফম্মগা করিনো খরা চা থক্তুনা তৌবা উই । কুমারী বস অতু মশক খঙই নম্বর খঙই । মপাগী লীলা পার্টিগীনি । কাঙবুতু লীলা পার্টিনি । পার্টি মশাগী গাড়ীনি । একাগাড়ী অমদা মী অনী তোংবা য়াওনা চৎলম্বদগী লুনা, স্কুটর অমমমদা চৎলম্মে । মমৈদা কাঙবুগী জীপ অমা বস অমা থম্মবনি । 'পান্থোইবী পার্টি' হায়না চাউনা মমিং লৈরক-খ্রবনি । কোয়না ফমহৌবা মরক্তগী খরা লাপ্লপ্পা উখোঙ অমদা থোইবী শাবা ইকায়জবগী শাথেক কয়ামুক্তা ফমহৌই । লীলা পার্টিগী মীওই

খরগা নত্তবা খরা অমগনা থেংথু-ভাথু ফম্মদনা হেঙো-হেঙো তৌনবগী মওংদা লৈনহৌই। য়াঙনা চেনবা গাড়ী মন্নুংদগী কুমারীনা উখি। তামলকপা মতাং ফাওবদা মমান্নবশিংদি খঙহন্দনা য়েংতুনা লৈরকখি। ময়ুম য়ৌরম য়ৌফাম্রিঙৈদা মনাদা খংনবা হৌই। লীলা চংপা পুমতোক তোকও হায়দনা ফনা কুইনা অমুক তোকলুরগা অমুক চংখংলক্লে হায়দনা কম্না শাউরৈ। মচিং মকন্থি লৈবী কুমারীনি: কুইনদগী খামুক-খামুক তৌনদনা লাক্লবা মপা অতু হাংলম্মগা মশামক শিজখিবা পাম্মবগী রাফম য়ৌনা ঙাংলকখি। অয়ুক্কগী চেকয়ুম শাবশিংনা চাইখায়রম্বা ময়ামতু লোইশিনবা হোৎনবদা চাক চাবা শংদ্রিবী মমানা চোংলিবা মশম অতু টারেল অমনা তৈথোক তৈথোক্না হায়রকখিবনি।

— করিনো মেমজো নঙনা হায়রিসিবো! হা! নপানা করি তৌরবগে? তৌরিবা লীলাসি থবক্লিনে থবক। থবক তোতুনা য়ুমদা ফমদোকতুনা লৈরগা ঐখোয় করি চাদৌরিবনো! নহৈ তম্লি, নৌপা অমা নপান্দা থারি, য়ুম মচা অমত্তং তেক-ই তেক-ই শাজরি: মীথোই মীহেন্না পানবা হায়বতু ঙমদ্রবস্তু মীমান্ননা হিংনবদি লাক্লজরি। মানা তৌবা ঙম্বা অয়াবা থবক অমা শিনফম ওইনা পায়রি। মসিদা করিনো নঙনা নুমিৎ চুপ্পগী চগৎ-চগৎ তৌরিসিবো! হা! লাইরিক য়াম্না হৈহৌবস্তু নত্রে। নঙদোনা তীক-তীক লাউদনা চীং ককউনি নুং থুগায়রুনি হায়বস্তু লৈত্রে। ঈশ্বরনা অতু য়ানবা মখূৎ-মশা পীবিরমদ্রে! মী-মীগী শিন হায়বতুনি: নহোয়' লৈবাক্কী নিংথৌগা জগালীগা অমহা অমহা নত্রা। জগোই শাগদবা মখূৎনা সিফাইগী নোংমৈ পায়বা য়াত্রো।

— অতুগী নত্তেনে ইমা।

— নত্রবদি করিনো। লীলাদা নুপী শাবগী ফংলকপা শেলদি পৈশা নত্রবো; মন্ত্রীগী ওফিসারগী তলবতনা শেললো। নঙবু কোলেজ কারবা নত্রো। অতুক খঙদবা করিগীনো। তুরানবা চংলো হায়সিরো নিবা কোয়চৎ চংহল্লসিরো?

— মঙ্গল ওইদে হায়নৈনে।

— হেক হায়র' মঙ্গল, মঙ্গল ওইদে। করি মঙ্গল ওইদনি। হুরানবা থবকশুনিংদবা থোক-মোক তৌবা মখোয়নি ওমঙ্গোলগী মশক্তি। মপুক শেংদবা মহোয়নি ওক্লবদা মঙ্গল ওইদ্রিবা' ! শেঞ্জাবা কাঙবতুনি মাঙ-তাক্লবগী মশক্তি। ময়াম মমাঙ থোক্তুনা লেম্না ফোংনা অহৈবা উৎতুনা তাল্লিবা শেল অসিনি অশেংবা, পাপ য়াওদবা পৈশাদি। অসিবু নহোয়গী লাইরিক্তা য়াওদ্রে।

— মতুদগী হেনবনি লাইরিক্তা য়াওরিবদি।

— অতুদি অতুনিদনা। নঙনা শাফা ওইজদ্রগা মীঙোন্দা তাইনবনি। মীঙোন্দা তাইনবদি খঙদে নপাদা তাইনবদি সুকয়া য়ারোই। নপা লীলা য়াওখিনি ; নপা থোইবী শাখিনি। মীয়াই মানা শাবা থোইবীনা নহা নহোয়না শাবদগী দিগুণ চাম-চামা তেল্লিবসি নমীৎ নমীৎতু উরিবা নত্রা। নপাগী মতুং নঙনা শিনবা ঙমত্রো। করিগী খঙদবনো।

কুমারী খঙই। মাগী অপান্থসু খঙই। ময়ামগী লীচৎসু খঙই। কোলেজগীনত্রগা য়ুনিভর্সিতীগী দিবেততা ওইরম্বদি মকোক মথং তাবা ঙম্নবা য়েংপা ঙম্মগদবদি। মমাগী মমাঙদদি মচীন কাঙবা হৈখিদে। অশাউবা মপৈ-মপৈ পুতুনা ময়ুমদগী থোক্লকখিবনি। কদাইরাইদনো চৎলগা শিরুরসিরা হায়না খনখিবনি। থোকলকপনা তুলসিবোং ময়াদা ওনশিল্লগা হৌরপ হায়রম্বনি— 'ফক্ত-মুংদা থোকপগী দাইদি বাজিনা ওইজগদবনিকো। খঙজো।'

'ওইনীংঙগা ওইজো কৈদৌজরনি, য়োং রাখঙদবীসিগা।' মমানা হায়হৌবনি। মখা তাহৌবনি। কুমারী তাখিরমদ্রবনি .....

অসুম মুংঙাইতবা অশাউবা রাখল অমদা নীংশিংতুনা থৌরকপনা মী ইহাং হাংবা তাল্লকী মতাং অসিদা কম্বিসু ইনৎ নত্তবদা থেকচিনফমগী মতাইদা চংচবা হুই অমদা হেক পাখংখিবনা খংলৈ লৈথোকপদা ইলে-ক্ট্রিক মখোঙ অমদা থেংজিল্লি। মকোরা য়ৈতুনা তাই।

তথি-তথি শোকপা নত্তে। ঙাইহাক্তং লৌশিং মাঙবদনি। অরাকপা কার অমনা অনকপা ক্লিনিক অমদা থম্বিরম্মী। হুবাং-তকক্লাংপগী মফম অমনীত্থু অতম্বা হিদাক লাংথক খরা হাপ্লগা ঙাইহাক্তং পোখাউ হায়দনা হিপহল্লি। হিপত্রবস্থু য়ারনি, কোক হাইরং-হাইরং তৌই ঙাইহাক্তং ঙাথরগা ফমগে হায়দনা ফমথবগী অত্থুদা থংনবা দাক্তরগী কা অমদা টি,ভি, দা মুংথিলগী পাউ লাকপা তারকই। মতম মতাংনা য়াখিদবদগী মুংথিলগী পাউদি কুমারী ইতা তাখিদ্রি। থোইনা পুক্লিং চঙলুদে। মমীং উইশিল্লগা ঙাথরকপগী অত্থুদা মরক্কী পাউদা মখা তারকই –

". ভারতকী ওইনা 'সংস্কৃতি এরার্দি' পীনবা মী মঙা খনবগী মনুংদা মনিপুরগী থোইবী শাবী হায়না খঙনবা শ্রীথম্বাল য়াওরে। মশাগী মরমদমগী নাংপু মশক খঙবা অমদি খঙহন্নবা লমদা তৌরকপা শ্রীথম্বাল থোইবীগী সাধনাবু শক খঙবা ওইনা মনা পীনবা খনবনি। লৈবাক্কী ওইনা চাউ-থোকফম ওইরবা মনা অসিদা শেল ওইনা .. "

মরক্তা ফুক হৌগত্তুনা কুমারী কাগী থোঙদা লেপ্লুই। টি, ভি, গী স্ক্রন থল্লবা মপাগী ফোতো উৎলম্লি। মুন্না য়েংত্থুনা লৈ। দাক্তর অত্থুনা খুবাক অমুক অনীরক খুনা খুনা হংলকই -

— ইবেম্মা নুংঙাইরক্তবা লৈবরা?

— হু! লৈজদ্রে। কৈস্থু তৌজদ্রে। কয়া থমজরমগদগে হংবা—

— এ, করি পৈশানো! নকোকতুম করি তৌই য়েংঙু। জাতিগী লৈবাক্কী ওইনা চাউথোক্কবা পাউ তারিঙৈসিদবু লুপা লীশীং কুনগী হিদাক তৈরম্মবস্থু ঐ লৌরম্মোই ইবেম্মা। ঐস্থু সংস্কৃতিবু ইশাগী নাংপু য়াম্নমক লুনা তৌজবা মীনি। হৌজিক্কী পাউত্থু তাদ্রে?

— তাজহৌই।

— থম্বাল মশক খঙদ্রনে?

— খঙজে।

— হোয়নে থম্বালবু মশক খঙদ্রবদি ঐখোয় শ্বায়গী নত্রে হায়বনি। য়াই, থম্বাল মনা অসি ফংবা হেন্দোক্লা য়াই। চৎলগেরো ঙম্মদ্রো ? নয়ুমদা পাউ থাখিসরো ?

— য়াজরনি। করিস্সু তৌদ্রে। হেন্নবুম নুংঙাইজরে।

— ও। নঙগী গাড়ীস্থ মী অমনীনা পুরক্কনা লৈরবনি ডুকান মমাঙদা।

— ফনি। নুংঙাইজরে : থোকচগ্রগে।

গাড়ী ষ্টার্ট তৌনা তৌনা থমুংদা থোয়না মোমোন তৌরুই। লম্বেলদা চপ চানা লেপ্লি – ঙসি লীলা লৈরম্মবদি মফি-মরোল মপোৎ-মচৈ হং হংতুনা হাপচিনবিরগা থোঙ্গান্দা থাবা মিনিবস তাননা থিন্দোকলুরগে। অম্মুম্না অমুক্তা তৌখিদ্রি। লীলা চংপা-চংপা খুদিংদা পুকমেন পাউমেন্নবগী কৌরকপা ফাওবদা সুকথুম খুমখিদবনি। মপাগা মমাগা ঙকচবনা মহা ওইগনি।

ইম্ফাল/১৯৯৬

# অসুম লুকথহৌরি

মুমীৎ অছু ওন্থোকপা চহীগী ওন্থোক ওন্থোকপা তাং-মুমীৎকী য়াচঙবা অমনি। থাবলগী মতমনি অছুবু নোং তুম্পক তুম্পক লৈ। মম্মগা ওমচাক্লে। মী পুম্নমকশি ওল্লাং ওনশাওনৈ। শাওন-ভাওন্নবমক্তি নত্তে।

জাফর অলীগী অনৌবা য়ুমদা থোঙ চল্লিবা নোংদোল মৈতৈনা থবক থারগে খনবগা লোয়ন-লোয়ননা ঙসাই য়োংশীদা য়াল্লুবা ময়া তারবা হাংমৈখুদোং অছু মমাঙগী পুথ্রীজৌ মপানগী অহৈবমদা শেমহল্লমগে হায়দুনা মাগী পাইতুদা হাপচিল্লি। মমায়-মমীৎ তারগা মফি কন্থোক্লুনা হোংলিঙৈদা গজলা চঙলক্লগা হায়রৈ —

— মামা, নয়াদো পার্টিগী মিতিং থাদোকপা য়াদ্রে হায়দনা লৌরক্লি। ঙন্না লাকদৌবোই নীংদনা ঐস্থু লৌহৌদরে। ঐঙোন্দদি লীশীং অনৌ ফাবাদ্রে লৈরিবসি। কমদৌসিগে ? হয়েং —

— ঐনা নহান্দগী জাফরদা হায়রে। মচীৎ-মচীৎ লৌরোই ঙসি অসিদা মঙা লৌগে মী অঙাংগী শেল হয়েং অসি অনীশুবা ইনস্তোলমেন্ত থীদবা য়াদে হায়রে। ঐনদি ইমৌ অছুদা মঙাদি ঐনা পীরনি হায়খ্রে। ঙাইদনা লৈরম্মনি।

— অঙাংগী করিগীনো ?

— অঙাং ইশু নুপাছু আ নোংমাই চীংখোংগী বোর্দিং স্কুলদা থম্মিনে। মপানি হায়বা ইচানুপাছুনা আ চীংদা থবক তৌবা চৎগ্রগা চীংমী নুপী অমা লৌছুনা লৈথোকখ্রে। হন্না য়েংঙদরে। ঐগা লৈরিবা ইমৌ অসিনা অয়ুকী স্কুলগী ওজা মচা অমা ওইরগা মচাগী থাবা শাবছুনদি

ঙন্বদি নত্তে। ননেনা তুকান মচা অমা ফম্মগা চানবা পুরি। ঐনা অঙম অঙন্বা অয়াবা পাংতুনা ইশুগী থারি। ঐদি স্কুলগী স্কুল অমহা-অমহানি স্বায়গী অনকপা অমদা...

— কয়া চাউরবনো ক্লাস কয়ানো ইশুত্বো ?

- সেভেন। ফাইভতকী থাজিনখিবনি। মপা অতুনা জোম-জোম খরা থোকপতুদা থমখিবনি। হৌজিক্কা ঐখোয়দা দোশা তারে।

— মামা ইশু ফংলবোইরে। য়েংবদদি নহা মাল্লিনে !

- মানবগী রানি ইবেম্মা।

— কয়া লৈরে ইশু ?

— অমত্তনি। অমসিদা লোইদৌবা মাল্লি। ঐ ইথম্না পোকই, ইচা মুপাতুস্থ মথন্তনি। ঐবু পোকপা ইপা অতুস্থ মথন্তনি। ইপাতুনা তাকপিরম্বদা ইপুবোক অতুস্থ মথন্নতা পোকই হায়। মসি ঐগী শাগে-জাং অসিগী হৌনবী ওইবা তাই।

— চীংলোমদদি অঙাং লৈত্রিবরো ?

— তাদ্রি হৌজিক ফাওবদি। য়াওগদবা মান্দে।

— অতুননিদনা মামনা ইশু শোয়বা য়াদে হায়বা মতাগুম কন্না হেক্তা হোংনবিরিবা। মুংশিবগী মথক্তা অমস্থ নল্লিবা।

— ইশু-কা হায়বসিস্থ মুংশিবো ইবেম্মা গজলা। ইবেম্মখোয়দি খঙখিরোই।

— ঐস্থ খঙজরে মামা। ইচামুপী কাছার ওংবীতু মচামুপা অমা ফংলে হায়বা পাউ তারে। উদি উদ্রি। ইলেকশন নকশিল্লক্রিঙৈসিদা অমুক্তং য়ৌক্লসি হায়দনা খন্নরি।

— ফৈ-ফৈ। অতু শেনকমতু মঙাদি সুহল্লু।

— মসি সুমদৌরসি মামা, হয়েং অয়ুক ঙন্তা মামনা ঐখোয়দা লাক্ত্রিঙৈদা—।

— হয়েংদি ঐ লাক্লরোই, উ-মুংস্থ রাংকদৌরি; খুংলাইস্থ শেমগদবা লৈরে। ইমৌ অতুস্থ ইশুগী মনাক্তা চংলবদি মুমসি ঐনা শঙবা তারি।

— অতুদি অয়ুক ঙস্তা ইমৌনা পুখিবা নংনবা য়ৌহল্লক্লগে। হৌজিক নুমিদাংসি ঙন্না হজিল্লক্লবদি য়ৌহনজরক্লগে। শুরম্বনে ঐঙোন্দস্থু। হৌজিকী ঙাইহাক্কী মমাঙদা তুরেনৱাংমগী মৈতৈ খুল্লক্কী ৱার্কর অমনা কনাগীনো শোরাং অমা থোকই পোং লৈবগী নংনদরে মঙাখক্তা পীয়ু হংচিং শোরাং লোইবগা পীগে হায়দনা পুখ্রে— মরীখক। অতুননি। মামহোয়্নগী শোরাং অমমমদা হৈদোক্লিবসি, কান্নদবদা ..

খংখঙ খঙলকপদৌনা গজলা খক পল্লি। নোংদোন খংওক ওকই --

— হোয়নে ; ইবেম্মহোয়গীস্থু ৱান্না ৱানা তাল্লগা মক্কা তান্না পাইবদা নমশিল্লিহুনিনে।

গজলা করিনো অমা হায়নীংলম্বনি মৌলবী হুশেন তহা-তহা হোং-চিল্লকপদগী অনীমক খংয়েং য়েংথোকমিন্নরুই। অহল ওইবা হুশেন জফর অলীগী পীক্লিবা মচা অনীবু য়ুমদা লাইরিক তম্বীরিবা ওজানি। মতম পুন্নমক্তা মোমোন-মোমোন তৌহুনতা লৈবা শম, কোই য়া পুমঙৌ ঙৌবা ফাগী য়ান্না হৈবা, হেক উবদা নাকয়েং অকোয়বা ফাওবদা ইশেং শেংবগুম খনবা মৌলবী হুশেননা পাখংনা চেনশিল্লকপা উবদা নোংদোন পুমঙক ঙকই। ঙরাং ফাওবদা হেক উন্নবদা— ইবুংঙে, মিস্ত্রী সাব নুংঙাইরিনকো ? হায়না চন্নবা মোমোন অমগা লোয়ননা কৌখি। নোংদোনস্থু মৌলুবী সাব পুন্সি অসি লেল্লিবনি— হোরায়নমুক লেন, চগনথাংনমুক লেন, হায়দনা খুম্মী। অনী অতুম নোকমিন্নখিবনি। ঙসিগী শকফম অসিদা নোংদোন ঙকই ; হংলুই—মৌলুবী সাব করি তৌরে, হুইনগা তান্নরকপা .. ? হুশেন্না লেংবানদা য়াল্লিবা ফি মতেক অতুনা হুমাং তৈথোক তৈথোক্লা তহা-তহা হায়রকই —

— ইবুংঙো মিস্ত্রী থোকগ্রনু ! চংগ্রনু ! অমুকতোইনা লোইনহৌরে ! কৈথেনদা হাংনহৌরে ! ঈন্নবা খামগে চঙলুবনি, ঙাংবকা নংদে, ইমাঙ-মক্তদা জোপ-জোপ হেক্তা য়ান্থনবনি। হেক তুবগা খক-খক চিংঙগা অতুম লোইনহৌরে। ঈনা পুমঙাং পুমঙাং।

— কনা কনানো মৌলুবী সাব ?

— মথোঙ খঙদে ! করিগীনো খঙনদে, থাঙগা থাঙগা, শীংজংগা শীংজংগা। মিস্ত্রী ইবুংঙো তুরেল লাল্লগা চংখরো ; স্বায়দস্ু কুইনা লৈরম্মু। খুল্লক চঙলকপা য়াই লৈরক খুদিং চঙনরকপা য়াই। কৈথেলকাহু পুমকায় কায়হৌরে। খাদা রাংদা মনীং-মমাঙ মানা মানা থোকপা চেন্নহৌরে।

-- মৈতৈগা পাঙনগরো মৌলুবী সাব ?

— ই-হে ! হংঙম্মু চংহৌরোনে ! বাজাররোমদা চংপিরম্মু। থোংহু ময়াইদা থংহৌরবনি। সোমদি পাঙনগী মায়কৈনিনা মৈতৈ উবা য়াররোই। ঐখোয়সিগী মপাদা হেক্তা লাম্থোকখ্রো। ঈরোইবা হৈবা নত্রা ?

— হৈনে হৈবুদি। অহুদা করিগীনো হায়বনি মহা অপঙ কাঙবু অহুনা ওনশিন ওনশিন য়াম্নরিববো ! মখোয়বু শাহীং চাবা শা ঙাক্তা ওল্লবা জাংলা !

— মহু মতাং চাদ্রে, কোন্নগী রানি। হৌজিকীদি নঙ মৈতৈনি পাঙন খুল্লক অসি থাদোকখ্রো। সে. নক্লা মীনীল তাবগুম তৌই, ঐগী তুগী অসি উপশিল্লু। অসোম রাংমগী লৈরাই কারমদাইদা লৌথোকুনা লংথোক্লম্মু। চংখরো।

— মরমবু করিনি হায়বগে। করিস্থু লৈতবা পিশক পিকপা ওইবা য়াদবা মরম অমা মওইরমগনি। ওন্থোকপা শা ঙাক্তা...

— মহু, ইবুংঙো মিস্ত্রী, কোন্নগী রানি হায়বনি ! কান্নদবদা নথরায় অহু লেম্মাঙ মাঙবা ফব্রো ! মরম কোন্না থিসি চো। মৈ থোক্লা শাগৎ-নরিঙৈসিদা লৌশিংগী মরৈগী রা চঙখিরোই। চংলো চো, হোংখ্রো। মী শোক্লুরবা শাদি শাদগীস্থু হেন্না শানি।

অহল ওইরবা হুশেনগী রাকম চুম্মী খল্লবা নোংদোন পাইতু তাপ পায়রগা চংপা হৌই। গজলাদি চংখিদবনা চুম্মগত্রা হায়রি। হুশেননা পাইতু অহু থনমখো ঈরোইবদা খুরৌ চেনগনি হায়হৌরি। নোংদোননা

য়ানি মপাইথ্রগে হায়দনা পায়শেমখি। তুপী উপশিন উপশিন্না চেনচংতা থোক্লকই। মান্না তক্তনা উবা, অমুক্তদি কুমদ্রিবা হিদেনতাফম মপা অত্তুদা কুমথরকই। ঈশিং ফংলকপগী অত্তুদা তোর্ব্বানগী অরোনবা মীনীল মরক অমদগী মুপা অমনা মখোল ফারপ লাউরকই

হাই, জাফররা কৈদনো ?

— মানি ঈরুগে তৌনি।

— হাই করি ঈরুবা হৌজিকপো নঙ তাদ্রিবো হাংনরিবসে! কাখংলকউ। চেনখংলকউনহে মৈত মযুথকপা ষনজাবশিংনা হাংপিথ্রনিনহে !

ঈরোইবা হৌরবা নোংদোন তাবদা পিং লাউই। শোল্লি অস! শিদবা শিদবা! ময়াই য়ৌরকপগী অত্তুদা লেপতাউ তাউরগা লাউরুই - -

— হাই পাঙন ওকচাবা! ঐনা নপাগী ষণ চারবরা !

— হাই হাই ! মৈতৈনি হাংলু, থাউ, থোম্মু !

'কাপথুরোনে !' অমনা য়া-য়া মরক অত্তুদা লাউরকপনি। মুঙদুম চেকতুম লৈতুম মুংশিংমুক কুংনা লংলকই। অমম্বনি মপা ইশোয় শোয়নৈ। নোংদোন তুরেনদতা তারকপা মুপানি; লূপথরগা হোংলি। লৈরায় মপান্দা ফাওগংলি। নোং খজিক হাইদোকখিবা লৈচিল মরক্কী থাবল মতাং অমদা অসোমগী হিদেনগী ঈশিং ময়াদা মী মঙা-তরুক চেন্নবা, ঙাংনবা হুন্নবা মমি-শামি ওইনা উই। খুংলাই য়াওবা পাইতু অত্তু শং লংখংলগা লাউরুই --

— হাই হমেং হন্নুবা মকোইশা! ওককী মচা হূরানবা শূমগী মচা মঙুশা ! নঙক নঙকতু মুলা তৌরগা কককে! ইরুজদবা ওকপীশা !

খঙহৌদে অগৌবা নোংমৈ মখোল অমা তারকই। নোংদোন চেনখং চেনখংনা হায়রুই—

— আই ! নোংমৈকো কাপ' তৌইনহে লরাইমচাশিংসে! অস দবল-বেরেল ওইরমাল্লেনেহে! কয়া ঙকথ্রনো! ফৈ হূরানবা কোইমুলাশিংসে! হৌরেদনা! হৌরে হায়বা। ঐখোয়না হুনখৈ হনবিরগা। ফৈ! নহোম্ন লোইশিল্লগে—

চেনখৎলি। অসোমদগী করি করিনো লাউরদনা কুও লংহৌরি; ঈশিংদা মনিল নাইহৌরি। নোংদোননা খুনয়াইগী মপাদা লেপ্পগা মখৎনা মচীনদা চোংগাং শানা কোল্লগা লাউরকই —

— কনা কননানো লৈকাইগী অথৌবা নহারোলশা নখুৎতা অচা-অচাবা খুৎলাই পায়দুনা হোত্তোরকও পাঙন তুম্না হাংলসে; খুন তুম্না থারসে! মখোয়না ঐখোয় মৈতৈবু হাংলে। চেক কুং য়োংনা থা-থাদুনা কুপী অঙাং ফাওবা হাংকদৌরে। নোংমৈ দবল বেরেল কাপশিল্লক্লে। শিরে শিরে! হাংলে। হাংলসে। থাক্লগুমসে।

চেনচৎ চৎনা চৎনা লৈ লৈদুনা ওনশিন ওনশিন লাউবনি। লাল-তেনগা লালতেনগা, থাঙ, তা, লোঙ, শীংজং, পায়দুনা নহা পাখং ময়াম হোংতোক্লরকই। অমনা লাউই --মৈ-মৈ-মৈদো! লালতেন লৈথৌ-ও! মুথংলো। পাকথৌ কমথৌ। লাল্লোং লাউনা খল্লবা চুমদে। ময়াম পাকথনৈ। অঙম্বা তোর্বানদগী হাইথরগা জু-জা জু-জা তৌবা হৌনৈ। লাউরম্মিবা নোংদোনবু নাথৈরম্মগা মখোয় নহারোল তরা-কুন চুঙশিন্নখরে। খল্লবা হৌরকপগী অচদা মখূম য়াওদবা খুগ্রী পায়দুনা চেল্লকপা নহাদুনা হায়রে—

— করিনো শন্নদনা মতম মাঙহল্লিসিবো! থেংন-থেংনবা অফং-অফংবা খায়থহৌরসে। ঐদসু অচুম ককথরম্ববনি। মখোয় অসোমনা মশীং হেনখিবা য়ারোই। বাজারদা কৈথেল কম্বী খরগা দুকান্দার অনী-অচুমগা ফাদুনা পুপ্রে হায়। সোমগী লম্বেল অসোমদা রিক্সা থৌবা মখোয় তরামুক হাইথরক্লনি। ঐখোয়গী মী খন্দোকহৌরগা ঙা শেম্বদৌনা হেক্তা শেম্মদৌনি।

— ঙাইখোনে ভায় অচুদি চুপ্মোই! মী ময়াল কৈসু লৈজদবা —

— নঙগীদু ভায় রাখীনি। অদু খনবা মতম নত্তে। মখোয়না তরা হাংপদা ঐখোয়না কুনথ্রা শোইদংকদবনি।

— নত্তেনে ইবুংঙো ঐনা হায়বদি--

— করি হায়বনো ! মতম মাঙনবনি চংসি অসোম কৈথেল মচীল্লোমদা লুম্মুরসি। ঙাইহাক লৈরবদি অ-ও-পা শাবা সরকারগী সিফাইশিংনা থিংঙরনি। মুংশিদবনা ! তান চারিঙৈদা খরা য়াম্না লোইশিনহৌগদব্বু। কুমথরুরসি লাকও কান্নদে মৈতৈ অথোবশা।

'এ !'—নোংদোন মৈতৈনা খলহৌবনি খরা অমা মরী-মরী চংনখি। মফি অচোংপত্তু নীংশিংলুপ্রবনি। নীংশিংলকপা মতাংদদি তালি-তালি কংলম্মে। ময়ুমলোমদা হন্দে কৈথেললোমদা নহারোলশিংত্তুগী মতুং লাপ্লপ ইল্লকই। তোর্বানলোমদগী লৈরক অচৌবা অমরোমদা হাইজিল্লকই। লৈরক্তা মী পারেং শানা ত্তিল্লি। করি করিনো পঙঙাংদা ঙাংনৈ, পঙহংদা হংনৈ; খুম্বস্তু পঙখুমদা খুমনৈ। পারেং শানা থানবা মৈঙাল উরকপা সোরোক অচৌবা তাম্না লাকপদা মফম মফমদা মতাং মতাংগী ঙাংন-হংন- -খুম্নহৌবা মরী মরী তারকই—

— সোরোক অখোয়বীরোমদদি মরী লৌথহৌরে হায়রি। অঙাং অনী অমদি তাত্তুনা লৈহৌরি হায়। য়েংবা চংনখ্রি।

— অঙাংবুদি করিগী হাৎলিবা ?

— কৈনোনে অঙাংদি পাঙল নত্রো !

* * * *

— মীগী শোরাং চংলু' হনজরকপা অহল অত্তুব্ব শীংগায়বাক্লা লুখমদা থোমদংলি হায়রিসিবু চুম্মিবা ব্রারো ?

— করি চুমদনি নহোয়না মীগী মপামদগী হঞ্জরকপী মৌলুবীগী মুপী মৌ নহা অমা থোংদগী ইন্থরুরিত্তুদি !

—- মাদ্দি কৈনোনি।

— অত্তুনিদনা অহল অত্তুস্তু মহোয়গী কৈনোনি।

* * * *

— হৈ মক্রিং লিক্লি অচৌবা অমা থিরকউ, পেত্রোং খাইগে ইপু শেখোগী তুকান চাকহৌরে হম্মীদ ময়ুম মৈ থারুসি।

— হম্মীদকীদি করিগী ?

— ই-হে ! সোরোক মচীনদা লৈদনা !

নোংদোননা সোরোক অচৌবা য়ৌবা কানদা কৈথেল্লোমদা মৈজাওগী মৈঙাল উরকই। হংনৈ কদোমগীনো ? পাখং মচা খরা নোক নোক্লুনা চেল্লকই। লেপ্পিবা অমনা হংলুবদা য়াম্না থৌনা ফনা হায়রম্মী—পাঙন তুকান অহুম লোইশিল্লম্মে। অমনা হরাওনা হংলুই—

— মৈতৈগীদি কয়া তুমখ্রে ?

— অহুম।

— এ, মান্নরিদনা।

— মান্নবা য়ারোই। হেন্দবা য়ারোই য়েংবদা কল্লু।

— ইনাওশা লাইরেকনু থুজিলহৌ, থিংথ্রনিহৈ !

— ঔ !

কৈথেল্লোমদা চংনা চংনা তারকই হাইগংলকপা বস অমা মৈ থাহৌরে। মৈতৈগী বসনি। উ চিংলকপা ট্রক অমা থংলগা য়ানখায়হৌরে গাড়ী মপুতু পাঙননি। পরেং লেপ্পিবা খরনা খুবাক খুহৌই। মিনি বস অমা ইন্থখরে; স্কুটর তোংতুনা লাকপা অনী থোমদংখরে; কৈথেলদা মৈজাও হৌরে।

থিন্দনা পুলিশ, সিপাই অমদি মৈকল লান্মীগী গাড়ীশিং মনম মনম খুংঙরে। য়ামথ্রবা গাড়ীনি। সিপাইনা পুঙ্মুনি। খুদক্তা মী পুম্নমক তানশিল্লে। অহাংবদা নোংমৈ মশীং খঙদনা কাপতুনা পুম্নমক হোইজিনবা হৌরে। মতম খজিক্তংগী মন্নুংদা 'হেক উবদা কাপ্পা' গী হুকুম লাউথোক্লে। কাপ্পমক হৌরে। পুম্নমক অনংবনা ময়ুমদা নংহৌদবনা অনক অনকপা য়ুমদা হোৎচিন্নতুনা লৈনবা হৌনরে। নোংমৈ মখোল তাবদা পুম্নমককুম মিপাইবগী মহুংতা নোংদোন মৈতৈ থংশাউ শাউনীংলকই। দবল বেরেলগী মখোল

খংনীং নীংশিংলকই। পাখৎপমখে শাউগংলকই। অনকপা য়ুম অমদা চেনশিনগে খল্লকপগী অতুদা পুলিশ ষ্টেসনলোমদগী বস অমখক থৌদোরকপা উই। সিপাই ময়ামগী মরক্তা কন্না থৌরকই। লাল্লক্তা মরক্তা লৈহৌবা মাল্লি। কন্না থৌরকপগী অতুদা চেনচৎ চৎলম্বদগী নোংদোন মৈতৈনা মাগী পাইতুদগী হাংমৈপুদোং অতু শৎলগা বস অতুনা মাগী মপা লাল্লকপা মতাংদা তিংখত্তুনা লংখি। অকনবা শাফুদা লংবনি। অথাবা থোংনাওগী মিংশেলদা পানবগী চোইজাইননা হৌবা মখোল তারকই। খা-রাই খঙদনা চেন্নবা মরক্তা নোংমৈ পঙকাপ্তা কাপ্পগী মখোল ফনা কুইনা তানৈ। মফম, মায়কৈ মঙং তাংদাংবদি খঙনবা ঙমদবা পাখৎনা লাউবা কপ্পগী খোঞ্জেল খরা তাখি। খোঞ্জেলঙ্গু নুপাগী নত্তে অঙাংগুম্বা নুপীগুম্বগীনি। নহারোল খরা কল্লক পেন্না নোক্কুনা লৈরকলোমদা চেনশিনখি।

লৈরক মচা মচা অমদি য়ুমলক ফাও ফাওদুনা ময়ুম তান্না চেনগে খনবনি, কন্না অনদি চেৎনা থিংলবনা নোংদোন য়ুম অমদা চঙশিল্লে। ইখঙ খঙনবা য়ুমনি। হান্ননা মী মরী মঙা অমম্মু লৈরম্মে। লৈকাই-খুন মশানি। চাক হাগুনা চারে। লময়াইদা থাদনা ময়াম পুন্না হিপমিন্নরে। কাঙমৈ খুতুনা কন্না লাক্লবনি। অতুবু কাঙনা তূম্বদি য়ানদে। রারী খরা শা ঙাইহাক অমুক উই তৌতুনা অহীং অতুমা লেন্নে। রারীদু নুমীং অতুগী লাল্লোং লানফমগী ঙাক্তা ওইনা তৌই। খজিক চীকথরকপা মতাংদা নোংদোন য়ুম নীংশিংলকই— মশু, মমৌ নুপী। খুন্দোন ওইরপ্পা লৈবা য়ুমনি ঈরাং অপাননা য়ৌরম্মোই খল্লি। অতুমকপু নুপী ঙাক্তগা অঙাং অমগদা লৈবনিনা মুংশা থীদবদি নত্তে। মরক মরক্তম্মু চিংনবা পোকই। নোংঙাল্লমদাইগী কাঙ মরক অতুদা খক চিংবগী উরোরোন অমদা অতিয়া তন্না চাকপা মৈজাও অমগী মথক্তা চাউরে হায়বা উচেক অমা উগুম তৌই। উচেক অচৌবতুগী অচৌবা খুবামদা অঙাংগী কূ অতেনবা অমা চেনবা উই। মীকপ খংথোক থোকই। শিদবা শিদবা! লাই শোল্লগা ঙাইহাক হিংবুনা লৈ।

অয়ুক অহু ঙস্তানা ময়ুম চৎকে তৌবনি। য়াদে। নোং পুমঙাল ঙাল্লগা লৈকাই মন্নুংগী লৈরকশিংদি মী চৎথোক চৎশিন ঙাইহাক য়াহল্লি। ময়াম নোমজেন চেন্দুনা ময়ুম ময়ুম তম্নৈ, পোৎ-চৈ মী-পোং থিজিনৈ; লাইশিনৈ। লম্বেল অখুবা অমদা জাফরগী ড্রাইভর অমু থেংনৈ। অনী রূপ লাম্নরগা ঙাইহাক লেপ্লি –

অমু: আই তা নোংদোন ঙাইবিখো, সে ফানসি। পাউ অমা তারবো?

নাংদোন: অয়ুক্কীদি থোইনা তাদ্রিনে। করি করি লৈ!

অমু: ইনে তমুহু পাঙন থুল্লক্তা মতা অমগীদা লোৎলুই হায়দনা নোঙাল্লমদাইদা আ পাথবীরোমদা কোইরগা লাকই হায়দনা হৌজিক্তা থেংনরকই। মৌলুবী অমনা থিনবিরকই হায়। মানা তম্ববু জাফর সাহেবকী মচানুপী কাছারদা ওংবহু ঙরাং থোরকই, লম্বেলদা তোংলকইবা মখোয় খরহু চিংথরগা কারহু মৈ থাদোকলম্মে হায়রি। জাফর সাহেবকী মচান্নুপীহুগা মচা পিশক অহুগা মমা মচা থিবা খঙদ্রি হায়দনা কোয়চেন চেন্ন-হৌরি হায়দনা তম্মী।

নাংদোন: দবল বেরেল কাপ্পরদি অহু ঙাক্তনি ইনাওবু; গজলা অহুদি নুংঙাইরম্মরোইদা। হাংতুম হাংতোকপিরমদনকো।

অমু: অহুনিনে চিংননরিবসে; হিংচা য়াইতম্বা ঙাক্তা ঙায়নরবা মতমসিদা। হৌজিকপু তানোংদোনবু কদায় য়ৌবিক্লবনো?

নাংদোন: য়ুমদা হল্লকইবনি। ঙরাংদি চঙবা নংহৌদরে। য়ুমহু কম-দৌরমদৌনো ভাব তাদ্রি।

অমু: মন্নুং হাইজিনগ্রবদি করিস্থু তৌদেদা। লেঙশিল্লো! ঐ ঈরাং ঙাইহাক্তং য়েংলুগে।

নাংদোন: য়াবু য়ারোইদা অথিংবা লৈরি হায়দনা চৎহন্দবনি। য়ুমদা চঙবা খোৎপগীদি ঙাংনরগা খরা য়াই। য়েংঙ্রো।

নোংদোন তহা-তহা চৎলকই। ময়ুমদা করিস্ু তৌরমদে। নাক য়েৎ অকোয়বতু ঈংনা অতুম লৈনরম্মী। মুংশাদি লোয়না থীনরম্মী। মাগী মুপী অমদি মমৌনা মা তেক্ত-কায়দনা লাকপদা ঙমখৈ লৈতনা হরাওজৈ।

মুমীৎ নীনীগী মতুং মওং তারপ ঈংথবা হৌরকপগী অতুদা অয়ুক্তা মুপা অমা লাকুনা নোংদোন মৈতৈগী য়ুম হংলৈ। নোংদোননা খঙনীংনা হায়রুই --

-- ইবুংঙো ঐনিনে, কৈদৌসিগে ?

— ও, ঐ মনিপুর বোর্দিং স্কুলগী ওজা অমনি।

— ও, ইশুমুপাগী স্কুলগী ?

-- হোয়। ফি হোংবিরো ইশুগী নাক্তা ঙাইহাক্তা লেঙসি।

— কৈদৌরে ইবুংঙো ? স্কুলদরো ?

— করিস্ু থোইনা… .. অসি, স্কুল য়ৌগদবা নত্তে। গাড়ী মমুংদা রারী তৌজগে।

— মমাগা মবোক্কদা করি হায়রমসিগে ইবুংঙো ?

— থোইনা হায়বিরুখিমু। কুইগদবা নত্তে লেঙঙসি।

গাড়ী মমুংদা ওজা অতুনা হায়রকপনি—

— ইবুংঙো লৈবাকমচাদো নহান সেন্দ্রারোমদা স্কুলগী ছাত্র ময়াম লম য়েংবা চৎপা। খরা ঙল্লি হায়দনা অসোমদা কোইনা হল্লকপদা পাবুঙখোয়গী স্বায়সি ফাওরগা হল্লকপা—

— নহান হায়বদি কাঙলুপ মশেল লান— ?

— হোয়, অতুগী মুমীৎতুদা। ঈরাং হেক মায়য়োক্লরে। কৈথেল ফাওহুনা সিফাইগী গাড়ী অনীনা চপ্পগা থিল্লকপনিমা। অতুদা করিস্ু তৌত্রবদা কদোমদগীনো কনানো অমনা উ য়াম্নবা মখোয়গী করিনো অতু লংশিল-লক্লদনা—

— হাংমৈ থুদোং, ইবুংঙো ?

— হোয়। অতুনা ফম্মিন্নবা অঙাং অনীদা পান্দনা ; অমদি পংশোক শোক্তবা, ইশুতু কোক্তা খরা লুনা শোক্লবা — ।

— এ ! করিনোনে হায়রিসিবো ইবুংঙো ! কয়া থীনা — ?

— দাক্তরনা হায়বদা খরদি লুনা লৈ হায়। অতুবু করিম্থু থোইজোকপদি তৌদবা য়াই। ঈশ্বরনা কৃপা তৌবিরবদি ফনিদা— ।

— এ ! অতু য়ৌনা— !

হোস্পিটাল য়োবদা মণ্ডলী ফীবম হেন্না লুশিন্না লৈরম্মে নোংদোন মৈত্তে ফম্না ফম্না মরূ অসুম লুকথরকই ; অসুম অসুম লুকথহৌরি। লৌশিং মাঙবদৌনা তৌহৌরে।

ইম্ফাল/১৯৯৬

# পেবেৎকী রারী

## মতম অমদা হেক্তা

লম ইরৈ লৈতগুম্মদনা পেত্থতুনতা লৈবী পেবেৎ অমনা হৌদোং লম্বোইবা অমগী শাইজিন কংলামক্রদা মক্কম হুমফুমুক কোক্নুনা কোল্লরে। মরূমশিংতু মপা তিন্নদমাল্লে মচু অমত্তা মান্নদে; মান্নবস্ থরা থরদি ময়াওই। মরাং তুরাংঙদনা ফনবু ফজরুরে। ইচা ওল্লক্লবা কান্দা লৈকোনগী লৈরাং-গুম ফনবু ফজনিদা—রূময়াম কোকপী পেবেৎনা মকম মথক্তা ফম্না ফম্না খনখিবনি।

মচা মথং মথং ওল্লকপগী অতুদা হৌদোং লম্বোইবতু ফোঙ ফাওরকই। চেংয়েনগা দালগদা চত্থবকপা কুইরে: দেশগী শারেং মশা নাবগী মকোক শরু-শয়াঙ শায়বদা য়াবাই হেক হেক হৌবা কুইরবনি: পেবেৎ মচা অমতুংদদি য়াখোঙ থুম্না মচাহৌবগে— সিনি লম্বোইবনা চপ যুংনা লেপ্লিবা। মখাং মেত্তুনা ফৈনা লেপ্লগা ঙংতুনা কৌকই—

— হাই পেবেৎ হায়বী পেদংনবী!

— অয়ো-য়ো ইতৈইবুংঙো!

— ই-য়া! ঐ' শকসি কয়ামুক ফজে?

— এ, করি রানো শকহেনবা! বোম পরেং অচুম্বা, মক্ক মেগজিন অথনবা, ঈখেঙ পুল অথনবমুক ফজে।

— কৈ-কৈ। চৎলে।

— খোঙদোইবিরো ইবুঙ ঙাইবা-ও।

লাকচৈদা ! মানা ওমগ্রে। মৈ কংদৈ ঈশিং লাক্কে, লম্বী শেমদে থোং শাদে লাউক্লবব্ হাইনোক্তা মীংচীনা নোকশিল্লক্লগা থাদোরক্লে ! লম্বোইবা ভাবতি অতুম তাই। মঙং খঙবী পেবেংনি। ফুংফাওনবা মোমোন অমগা অতুম কুলহৌরি। মচা কম্না কোলহৌরি।

মঙানী তরানী লৈরগা চপ য়ুংলবা অনীংবা অমগা লম্বোইবা চান্নবা মচারগে হায়না লাকপনি— ঘম ঘম ঘম !

— পেবেং !

-- অয়ো-য়ো . !

— ইশক অসি .

— বন্দ পাবেং অচুম্বা, ব্লোকেদ হায়রে অথনবা মীয়াম লৈঙাক চফুমুক ফজোয় ইথংলেন-ও !

— কৈ। নঙ খঙনিদনা ! উথাইগে !

লম্বোইবা শাউনা চংখি। ঙসিদং পেবেং তিং পাল্লি। লম্বোইবা শাউগ্রে হায়বা খঙলকই। মমীং পাঙলবা মশা পাল্লক্লবা মচাশিং পরেং শানা কৌথোক্লগা তম্বীরকই থাঙ-তা-মুসল-মুদগ্র ; মুক্না কাংজৈ মাঙজোং য়েংতা লৈবা ওয়দা লৈবা ; মাঙদা থোৌবা-তুংদা হনবা— পুন্নমক অমত্তা চিংখদনা তম্বীবা হৌই। খঙদ লাক্তবা হৈথোই শিংথোইদবা মপী নত্তে ; পাইবা তম্বীরকই—

... ইচাঝা লেপপু !

... জী

... ইচাঝা নশা ফন্দোকউ।

... জী।

... ইচাঝা মায়গৈ য়েংঙু !

.. জী।

... ইচাশা, খা !

রন য়েদা মতম খরা চেল্লমগা তপ্পা লোইরোইনা পাইখৎলকই। তপ্পা লোইরোই ফুকৎলকই। রাংখৎলকই। লাউরকই পেয়েংনা—

— ইচাসা অমদগী অমদা ; য়াংদোল অমদগী অমদা ; দল অমদগী দল অমদা ! নশাদা য়েংলোমদা চেপথৌ কংলা য়েংতা চেপথরকনি। ওয়দা নম্মু ওয়রোমদা নমথরকনি। মাঙলোমদা উপপু কংলা উপথুনগনি। তুংলোমদা থেকউ লোংবাই হৌগনি।

মমানা তম্বীবদি খজিক্কনি। লাইপোক্কী থুহূপ তরেং-তরেং হেনবনিনা হৈজবমা ভারিনি। তম্বীদবা কোঙ্গায় মথং মথং শাক্ষা ওইরকই— পীবা পীজবা, চাবা শায়দেকপা, মঙাদগী তবা, তরাদগী কুন, কুন্দগী য়াংখৈ। য়াংখৈদগীদি খংচোংনি—চামঙা। চামঙাগী ব্রহ্মাস্ত্র ময়াম কাপ্পা হৈরকপগী অসিদনি ঈ কারবা লম্বোইবনা পুন্না য়োংলগে চঙলক্লিবা। লাউরৈ—

— হাই পেবেং হায়বী লৈপাক চাবী !

— কৈনো চগৌ চাবা !

— ইয়া ! কয়াদনো ! ঐ’ শকসি কয়ামুক ফজৈ ?

— অহাই-য়ো ! কয়ামুক ফজৈ কাইনা ! হৌদোংনবু কয়া ফজসল্লনি হায়দনা। নহৈ য়াওই খঙদে য়াওদে খঙদে মপুন-মপুন য়েঙ্গগা উথোঙ-রাখোঙ পঙনোম নোম্বা পঙনিক নিকপদা, ওইনি খঙদে ওইরোই খঙদে পঙপী পীজবা ঐখোয়না ওয়না-যেংনা লামহুনা লৌবগা মশানা ওইজবা অমগী চাহৌরগা ওইদবগী হন্দোকপা পুন্নমকসি করিস্নু খঙদবা অপঙ ! শাউবদা মহৈবা। ঐনা ইচা লুম্না কোনবা নঙনা উফুল লৈনাং মরক্তা ওনবা কপঙ নঙনা ফজদনবু নউন খোকপগী খোকপা নতু কেল্লবা চক্ষু কোংপগী কোংপা হাম্মুক তৈবগী তৈবা। হৌদোংগী হৌদোং থাক্লগা চাবা থাক্ত্র-গনা চগৌ য়েংবা নঙমুক ফজৈ।

— ইয়া। উ-ম।

— ইচাঝা শ্বা ! ইতুং ইল্লক-ও।

হৌদোং লম্বোইবনা চোংশিল্লবা ফীভম শেম্মিডৈদা মমাগী মতুং ইন্দুনা লাংদোন তম্না পাইনৈ। মচু মথল মথলগী পেবেং নহাশিং পাইনখি লাংদোন অমদগী অমদা, দল অমদগী অমদা ফিরাল মতোল অমদগী অমদা। অরায়বা হৌদোং লম্বোইবা নত্তে, পুয়া ফুকপা য়াওরকপা লৌ-শিংবনি; ফুঙ্গা লাইকদা খংচেন চেনশিল্লকই। তুবিয়াদি মরৈরম্মী অতুবু থুবাক ময়াইদা হাউজনা লেকচনবা পোৎ থম্বীরম্লবা পেবেং মচাদি অম-ফাওবা লৈরমদরে। লেকপা ফাওবা ফংঙরোইদৌবা লম্বোইবনা নোং-দোনদা য়েংখৎলুই। শাউম খজিক ফংবদগীনি। পেবেং মচাশিংভু লাওজা লোইনা ওল্লম্মে। লাওজা শঙ্গুনা লম্বোইব-লম্বোইবীশিংগী কোক্কোন্দা তপ্পা-তপ্পা লৈনা লৈনা পাইরম্মে। হৌদোং লম্বোইবদা ওক্পা থোক্তে। হম্বরকুনা মশাদা য়েংজে। মশাদা তাপ পায়দনা চাংয়েংজরগা খলহৌই—ঐ শিবমক্তি নত্রি।

ইম্ফাল/১৯৯৬

# থোঙনাও অমগা মতৈমনাওগা

পানখিদ্রবা থোঙনাও অমগা খাইনগ্রবা মতৈমনাও অমগা ঐ মশক খঙই।

ইনাক খুনবা হৌরকপা পঙকুই কুইদ্রিবা মখোয় অনীগী অনৌবা মঙং তাগদৌবা য়ুম অমা ঐগী ইংখোলগা লোন্নবদা শাবি। যুমফম চনবা লোইরকপগী অহুদা খঙলকপনি। লংফৈদা কুইনা লৈরুবননি।

অযুক অযুক্তা নুপী অত লাক্লগা থবক শুংবিবা খবত্ত পীজ-পীথক তৌই। মিস্ত্রীশিংদা কবি কমদৌবা, কবম-কবম্বা মঙদা চথবা হংযবত্ত হায়রম্মী। খন্নে তান্নে। জুগালীশিংদা কবি কংবিনো থৌদাবম্মী। মখোনত্ত তাবদা মুংশি। মেঙই তপ্পী; য়াঙাং শাঙাংস্তু হৈ। মী খোনবা য়াবা খোন্নে অমা চঙই। মীখলদা লেপ্পমক নত্রবসু ভোং খোম্বদি য়াগদবা মাল্লি। মশক য়েংনীংত্নুা নোংমদি থোঙনাও (কুইনা হাংলুদ্রবনি) হাংদোক্লুনা পর্দা হাইগৎলগা য়েংলুই। অযুক্তী চা পীথরুবা ফ্লাক্সতগী হৈদনা-খোত্তনা লাক্লহৌই। তুংয়ানদমক উবকই। জুগালী নুপী অমদা যাম্না মেঙনা, মাঙজৌননা থৌদাহৌই—ইচে, থকপা হেক লোইবগা গিলাসশিংসে ঈশিংদা কাবোক্তা চুপ-চুপ অমুক্তা লুপথোকপিবা য়ানিকো; থবক কায়না থোক্লগদ্রা।

— এ, করি কায়কদগে ইচে চামথোক্কে, ইনাও-ইবেম্মনা পায়খিবা য়ানবা।

— হোয়নে। শেংনা পুখিবনা ফদোবা মাল্লিনে।

— ইচে চামথোকে। ফ্লাস্কতুসু ফজনা তেংথোকচগে।

— এ অহুদি মতোননি ইচে। খরা খরা রামিন্নবা হায়হুন্নি ইচে।

মুংথিল-মুমিদাংরাইদনা মুপা অহু হেক হেক লাকই। কদাইদনো লোয়শঙ অমদা থবক কাবা মাল্লি। লোয়শঙদগী লাকপদা হাইজিল্লক্লম্বা মাল্লি। অয়ুক্কগী চাকচমাঙ ফাওবা থবক শুরম্বা ময়াম চংনপ্রবা মতাংদা লাকপনি। মথন্নতা চনখংলম্লিবা শাগংলম্মীবা খরহু কোয়না চত্তুনা মুন্না য়েংশিনবা মাল্লি। মথন্নতা খুদোম্বীনা হায়রপ হায়রপ খিল্লদনা করি করিনো মুরুম-মুরুম শোনগুমম্মু তৌই। অমুকম্মু কদায়দনো অমা থিনগে শীংলকপা খুদোম্বীহু মচীনবানলোমদা থাংগংলগা করিনো খরা মুন্না খনবা মতাংম্মু য়াওই। মঙক নোম্নপম্মু তৌরকই। শাংলপ তৌবা মোমোন অমগা ফৈনা কদোমদনো অমম্মু য়েংখিবা য়াওই। মথন্নতা লৈবা মীসি য়েংবা মুংঙাই। নোংমদি ফক্লাং খরা রাংখংপা হৌরকপগী অহুদা মমাঙলোমগী তুই কারুবী মচা অহুনা কাচিন অমদা তুংগী মখোঙ নামা শং হাইগংলকপগী অহুদা নক্লপ্পা লেপ্পিবা মুপা অহুনা চেকতূম অমা তাপ খুল্লগা লংখি। হুইদদি পালহৌদদনা এগী থোঙনাওগী মথক্তা পাল্লে। মিংশেল কায়খি। চঙশিল্লহুনা শোয়খিবগী রারৌদনবা লোয়ননা ঙাকপীনবা হায়রে। মুমিং অহুদা খঙনখিবনি। মিংশেল শেমহনবা মতাংদা চা থক্লা-থক্লা মখোয়গী মশক তাকলমখি।

মা এসঃ ওঃ অমা ওইরি। মাগী মুপীহু কদায়দনো স্কুল অমদা ওজা ওইরি। কৈথেল ময়াদা লৈবা মখোয়গী ইংখোল অহু মনাওশিংদা পীথোকলম্মগা অনৌবা অমা লৈরহুনা য়ুম মচা অমা শারিবনি হায়বা খঙলকখি। মানা এঙোন্দা সর অমুক কৌই, খুরা অমুক হায়গুম তৌই ; পাবুঙ হায়নম্মু কৌরকই। মাগী মুপী ইবেম্মহুনদি ওজা পাবুঙ কৌরে। অনীহু য়াম্না চান্নবা, অমগা অমগা মশক খঙননা, সে-গা মাই-গা তাথোকতাশিন তৌনহুনা লৈমিন্নবা মাল্লি। ভাব তামিন্নবা মাল্লি। তমজনফমগী ইমুং-মমুং মাল্লি। কনবু কল্লকউরে।

ময়ামগী ছুটীগুম্বা নুমীৎ অমদা নুংথিল অমা মখোয় অনী পুল্লা লাকমিল্লে। ফক্লাংতু ফনা রাংনা হাইগৎলকপা মতাংনি। অনীতু কোয়না চৎমিল্লরদনা য়েংমিল্লরদনা, অমনা খুদোম্বী থিল্লগা নোকফেৎ-নোকফেৎ তৌমিল্লরদনা সে-গা মায়-গা রাতামিল্লরদনা লৈহৌবনা ঐনা মপান্দা ঐবু হংবা লাকপা মী অমা উনক্লরগা হঞ্জিল্লকপদা নুপী ইবেম্মতু ফৎ-ফৎ তীং-তীং চৎখিবা উই। নুপা ইবুংঙোতু শাউনা পৈতুনা য়েংহৌই। লাপ্লপ্পা চৎচবা নহানগী হূই অতুদা নুং মচা চাউতকপা অমনা থারুই। শাউনা স্কুটর ষ্টার্ট তৌখি। য়াল্লা কল্লা থৌখি। লম্বেলদা ইবেম্মতু থেংনরমগদবা মাল্লি। হাপকংলগা চৎমিল্লরমগদবা মান্দে। মানা হেক থোকখিবগা হূই অতুদি পাইতুনা চেনশিল্লকপা উই।

মথংগী অয়ুক্তা য়ুমশাবশিংনা হেক লাকপগা অহানবা ওইনা পায়বা থবকসি হাল্লা ফাংলবা থোংনাউ অমা মেনশিনবা ওইনা তৌই। অনীশুবা ওইনা খরা হন্দোক্লগা হাল্লা চনশিনগবা ফক্লাং অতু মরক্তা থুগায়রগা থোঙনাউ মপা অমা শেম্বনি। হাল্লগী মেনশিনখিবা মীহুৎথোঙতু চৎলবীগী মওংগী ওইবা অচম্বনি। অকোনবগীতু উপু চনবী ময়াইদা মশোঙ হাপ্পী অনৌবা মওংগীনি। নাকনগী উপু থোকপগী চনখংলিঙৈ লোয়ননা মথক্কী শ্লেট হৈরিঙৈদা নুমিং অতুমা থবক থাবগী মতম ওইরকখি। হুম্লিগুম্বা লৈরগা ইবুংঙো নুপাতু নুমিদাংরাই লাকই। কোয়না য়েংলম্মী। থোঙনাউদা কুইনা য়েংলম্মগা স্কুটর কল্লা থৌখিবা উই। মথংগী অয়ুক্তা থবকশুবশিং লাক্লগা অহানবা ওইনা থোঙনাউগী মশোংগা উপু থোকপীগী হেন্দোরকপা শরুক্কা ককপা হৌই। ককপা তংখায় খরা হেল্লকপগী অতুদা চান-থরুবা পুরকপা নুপী ইবেম্মতুনা লৈরক মচীন্দগী লাউতুনা চঙলকই— কৈনো তৌরিতুবো তা-থোপ্পা! ঙাইখো থুগায়নু! ঙাইখোনে!

তোংলকপা রিক্সা অতুদগী হাল্লনা চেল্লক্লগা কোল্লনা চোংথরকপদৌনা তৌবা খোঙয়াঙদা ইবেম্মতু পাইশিল্লকই। পোং-চৈতু রিক্সা থৌবা নুপামচাতুনা পুশিল্লকই। লুতোন্দগী লাকপদৌনা হৌরকই—

— কৈগীনো য়ানখায়রিবো তা থোপ্পা ?

— ইবুংঙো সাহেবনা উপু থোকপী তৌরোই, মশোঙ থোকপস্তু ফজরোই লৌথোকও হায়দনা

— করিগী ফজদবা ! উপু চনগনি, মশোঙ থোক্কনি। অমুক চনখৎলু ! ঐনা নহান্না হায়রে। করিগী থুগাইবনো !

— ইবুংঙো সাহেবনদি তৌরুরম্নু হায়বতুদা— ।

— তৌ তৌ। ঐনা হায়রিদনা। থুগাইবা য়ারোই। শেমজিল্লু।

— হোরেল অমুক থুগাইনরবদি মচাকস্তু ভারীদা মাঙবা ঐখোয়গী পাঙ্গলস্তু মহামদা মাঙদনা তোক্কদরা হায়বা ইবুঙনা হায়বদি।

— মাঙঙোই-মাঙঙোই ! চনশিল্লু তা থোপ্পা। হৌজিক লোইয়ু।

— লোইববুদি লোইজগে অদ হোরেল — ?

— অস রা য়াম বিগন্নু চনবিয়ু। হান্নগী অতুমাইনা শেম্মু। অতৈ সোমগী অহুম অসিস্তু অসিগা মান্ননা চল্লু। ঐনা হায়রিসিনি।

— ফনি ফনি।

নোংঙাল্লগা অয়ুক্কী থবক থারমদাইদা ইবুংঙো মুপাহ্ন য়োৎনচিংবা পোং ময়াম পুবা গাড়ী অমা পুহ্নুনা লাকই। গাড়ী থামফাব্রিঙৈদা চোংথহ্নুনা চেনশিল্লকই ; লুতোনদগী লাক্লে—

— কৈনো তা থোপ্পা ! থুগাইরো হায়রগা— ?

— সাহেবপু থুগায়জরুরবনি। ইবেম্মনা অমুক -

— করিগী ইবেম্মা ! কনাগী ইবেম্মা মরা লৌদে। থুগায়য়ু য়ারোই। ঐনা খঙদনা হায়রব মক্কদা ! থুগায়খো হান্না অতৈ চনখিনু।

— ফনি। মচাক্তি ভারীদা মাঙনরেদো।

— মাঙজসন্নু।

মখোয় মিস্ত্রী অনীনা শেরনীনা ফকপা হৌরকপগী অতুদা ইবেম্মা নুপীহ্ন কেনা থোঙ্গাল্লোমদগী হাইজিল্লকই। রিক্সা ভারা পীরমদনা হোং- চিল্লক্লগা লাউরকই — হে ! কৈনো য়ৈরিহুবো ?

ইবুংঙো মুপা অতুনা ময়ামদা ঙাইহাক খূৎ লেপ্পবা হায়রম্মগা ইবেম্মচু পুতুনা ঐগীদা লাকই। ইবেম্মা অতুনা ঙাং-ঙাংতুনা লাকই। ঐগী মাঙোন্দা লেপ্পরগা ঙাংনরৈ। য়োংকী চৌকী অনী পুথোকলুই। ফম্মদে; হন্না ফাওবা য়েংলক্কে। ঐনা চা-মুং লোলহনগে হায়রুবা ফাওবা খুম্বা শংনদে। ইবুংঙো এস, ও, অতুনা ঈংনা তপ্পা তাকপগী, খন্নবগী অতুগা মমৈদা অচা-অচাবা ফীবমগী মরৈদা লাইখায় তাবগী মওংদা হায়। ইবেম্মা মুপীনা ইয়া য়াদে।

মুপা—নঙগী বোক্স চনবী অতু কান্নরোই। লম চিনবদা য়াদবদগী পানবা তাদনা তৌনবনি। ঐখোয়গীদি লম মরাঙ কায়না লৈ। য়েনখা চাউনা লৈ। কা পীকশিন্নবনি। সাদা ওইনা পানগদবনি।

মুপী—নত্তে নহান মুন্না তান্নরবা মতুংদা ইবানী য়ানগ্রবা নত্রো! লম লৈবা লৈত্তবগী নত্তে ফজবগী ময়াম তৌনবগী রানি।

মুপা— কা মনুংদা লম মাঙই হায়বনি রোমা! করি কান্নগদগে নঙগী বোক্স অতুগী মহুৎতা অম্বারী ভারী অমা থারগা ..

মুপী— অম্বারীমু থানি বোক্সমু চন্নি। ফজে পাম্মী!

মুপা—পাম্বদো কান্নদবদা পাম্বনি হায়বা! য়ুমগী মওং অসিগা দিজাইন অসিগা, ইংখোনগী মওং অসিগা পক্নদে ফজরোই হায়বগী রানি। য়েকপদা য়াওখিদ্রবা পোংনি হায়বা।

মুপী— অমুক য়েকশিল্লগা লোইরে। বোক্সনা ফৈ।

মুপা—হৈ ফওনহৈ লৌরাই নঙবো! ঐনা খঙদনা তৌরিবনি নঙনা করি খঙই। বোক্স পাল্লোই!

মুপী— বোক্স চন্দবা মুপয়া য়ারোই। ঐবু লৌরাই কাইনা নঙনি লৌথ্রাওদি। বোক্স য়ৈথায়বা মুকয়া য়ারোই!

মুপা—পাল্লোই! নঙনা করি খঙই। ইঞ্জিনিয়ার ঐনা হায়রে লোইরে পাল্লোই। ঐনি তম্মুরিবসে!

নুপী—তম্মুবা নঙমা খঙদে হায়বা ! দিজাইনদি ঐনা হেনবনি। পানবনা ফজনি।

নুপা—য়ুমগী এ-বি-সি খঙদবা নঙনা করি দিজাইন। নঙবু কোয়রম্বা ইঞ্জিনিয়ার হমুবা অতুনা তাকপতুনা ওইবা য়ারোই। থোঙনাও পাল্লোই।

নুপী— হৈ-মা ! নঙগী নতু অহন অহুদি তুমননি ইঞ্জিনিয়ার অমগী মশেননা লৌরম্বা নত্রা। মচৎতুননি লাইয়ৈ য়ৈদনা শিগ্রিবদো। মানা ঐঙোন্দগী করি হেন্দনা। মাগী ময়ুম অতুদা পান্দে হায়দনা ঐগীদা পাল্লোই হায়বদি য়ারোই ! সুপয়া য়ারোই পানগনি। বোক্স অনী অনী লোওঙনগনি।

নুপা—মতুদি নপা কুমলায়না অতুবু হেক পালহল্লু। ঐগী য়ুমদা পানবদি য়ারোই। সুকপাল পাল্লোই। থোঙনাও অমফাওবা পাল্লোই। লোইনা মেনশিলহল্লনি। ঙসিমক, হৌজিকমক। ঐদি নুপীনা উশিত্তবা য়ারোই। নপা অতু নমা শমঙ অতুনা ঙমমম্মী হায়দনা ঐঙোন্দা হেনজিনবা য়ারোই। ইঞ্জিনিয়ার হুরানবতুগা মরক মরক্তা উন্নরগা মানা হায়রকপতু ঐগী য়ুমদা চত্থবা য়ারোই !

নুপী—ইক-ই ! মরক মরক্তা উন্নবা কায়না ! নঙনা নখোয়গী হেদ ক্লাক কোক্তাংবী অতুদা হেঙো হেঙো তৌবদো। ঐ খঙদবোই নীংব্রা ! ঐগীসু মী য়াম্না লৈবা জাংনি। নখোয়না ‘থোগে’ হোত্তেলগী কেবিন্দা য়েন মফৈ চামিন্নবতু ঐ খঙদবোই নীংব্রা ! ফাংকনি থোঙনাও য়াংখৈমুক ফাংতৎকনি। বোক্স তরুক-তরুক লোওঙগনি।

নুপা— লোঙদ লোঙঙ্ নঙ’ ঙম্মগা নথায়তু লৌগে ! নঙগী সেকেন্দ মাষ্টর নপচোবা মরুম্বতুগা পুল্লপ লৌগে। নপফু থুগায়নীং’ লৈরিবনি।

নুপী—নপা অশিবতু—!

নুপা—আই ! মী মপাগা পল্লিনহৈ শামানবীসে নঙ—!

মুপা ইবুংঙোতুনা চেকতুম তাপ পায়খৎলকপগী অতুদা ঐনা চেষ্থোক্লুনা খাম্মুই। মুপীতু চংখিনবা হায়রগা মুপাতু খামতুনা ৱারী ঙাইহাক তৌরুই। ফনা কুইনা ক্মলম্মী। চাক থাগৎহনগে হায়রুবদগী মা চংখি। থবক শুবা পোৎ-চৈ পুরকপা ময়াম অতুদি চংনখিবা কুইরমাল্লে।

মঙানী তরানী চেক-মোক লাউরদে। য়ুমস্থু পোৎস্থু হান্নগীদগী মচী লেঙদে। কুন্নীমুক লৈরগা নোংমা মিস্ত্রী থোপ্পতু খূৎস্থু-খূৎলাই লৌবা লাকপা উই। কৌশিন্দুনা হংলুই—

— ইবুংঙো থোপ্পা, য়ুম শাবসি মতম খরা লেপখিবা তারিবরা ?

— ইধৌবু মসি ভাব তাফাত্তে। থোঙনাওগী মেন অমা তাদবদৌনা লৈনরি।

— মখোয় অনীতুবু খন্নরগা তাইশিন্নত্রিবো ?

— অনী হায়বদি এস, ও, সাহেব কা ইবেম্মতুগরা ?

— হোয়নে মতৈ-মনা ওন্থবুনে ?

— অতু, অনীতু খায়নরমাল্লে।

— আইমা! অতুগীবু চংখি হায়ব্রো ওন্থোক ওন্থোকপা!

— কনানো চংখ্রিবো ইধৌবু ?

— কনানা খঙগে খায়নরদি মুপীতু চংখিবা তারেদনা!

— ইবেম্মতুস্থু চংখিদে সাহেবতুস্থু অতুম লৈ।

— নঙনা হৌজিক হায়বতুদি খায়নরে হায়দনা ? খায়নত্রিদনা।

— মসি মহোয়গীসি ভাব অমা ইতা তাফাত্তে। খায়নরেস্থু হায়; অনীসি মতৈ-মনাও নত্তেস্থু হায়: মচা অনীরা অহুমলা মপান্দা তম্বা থাখিস্থু হায়; মচা নত্তেস্থু হায়। মথোঙ খঙদে।

— মতুস্থু থোঙনাওগী ৱাগুম্বনিনে ?

— থোঙনাওগী রাসিদি অমনা পান্নি হায়, অমনা পাল্লোই হায়, অদুম মানা মানা থোকপা হায়নরি।

— নত্তেনে মওংসিবু! ... নহোয়গী খুৎস্নুমনকাদি

— অদুম পী। খুৎস্নুমন পীরমদাইদদি অনীসি অদুম চুংশিন্নবা মাল্লি।

মিস্ত্রী অদু চংখ্রবা মতাংদা থোঙনাওদা য়েংথোকলুই; থোঙনাও মপাদু ইমম মন্না লৈহৌই। থোঙনাওদি মহৌশানা নুংশিং নুংশাগী ওইনা ফাৎনবনি। মখোয় অনীগী থোঙনাওসি নুংশিৎ-নুংশা মরক্তা নোংখাঙ চাইদুনা লৈবা উরি।

ইম্ফাল/১৯৯৬

## লানগ্যা লাল্লোইগী কোয়েৎকা

ঙসি অয়ুক্তু খোংজোমগী অতুঙৈগী লানফম অতুদা চাউরবা থৌরম অমা পাঙথোকখি। মীনা চীরু-চায়না ঙমখিদে। মখল পুন্নমক্কী মীওইনা রানী কয়া লৈবা খোইরা অমদা হয়িংখোই পুল্লপ তোংবসিমঙাই। অতুঙৈগী য়েক্লবা লান্মী অতুনা হান্নগীগুম কোয়শিন্দুনা কাপথরক্লবদি -- প্রেক-প্রেক, দোং-দোং দ্রং! মী লীশীংগী খুজিংদা শোক্কনি; লীশীংদা চেন্নগনি; লীশীংদা শিগনি চা খরস্তু নেংখায়নগনি। হৌখিবা লানদা শিখিবা হিংখিবা শোক-খিবা পুন্না চা খরদনি। খরা অতুবু নীংশিংবগী চাউরবা থৌরম শীল্লি। মনিং হন্না হন্না পন্নরি মেঙ্গোর অনী-মরী, সাজোর খরা লাল্লোই খরা-ময়াম। চাকলেন মতুংদা লৈবাক নুংশিবগী, থরায় কংপগী ওইজবা থাবগী লোয়নবদা লিংজেন খাবগী থৌনা ফবগী শাংলপ তৌবা লীলা অমা উংখি। ইতিহাসকী মহৈরোয়শিং, ওজাশিং অমদি থিজিনবশিংগী মথক্তা ইতিহাস শেম্বশিং, ইতিহাস শেমদোকপশিং ইতিহাস স্নুংবশিংস্তু ভাবোক অতোন-অরেংগী ফমফমদা ফমতুনা য়েংখি হায়বা তায়। (কন্না নাখোকপমক য়াওদ্রবস্তু লোন্না লনাইগী ওইনা উইজবদি য়াওরমগনি) হৌখিবা চহী মরী-মঙা অসিদা খরা-খরা অস্তুম চহী খুদিংগী চাউখৎলকপনা হন্দক্কী অসিদদি থৌরম অসি খংচাউ চাউই হায়নৈ। ঙরুবস্তু য়াওই মমল খংখঙ খঙলকপগী নুংঙাইনবনা অয়াম্বনি—হৌজ হৌজ নীংশিংনবগী। পুম্নমক্তা নীংশিংনৈ করিগুম্বা খরগী-দমক খরদা খরা কংথ্রবশিংবু। য়াম্না চাউনা নীংশিংনরি।

শজিবুগী থায়াইগী নোংমা অসিগী নুংথিল মমৈ ওইরকপা মতাংদা লাঙলগ্বা নিল্লম্বা পুম্নমক ঈংথনখরে। মী ইতাক তাকলম্বদগী পুমতাক

তাক্লক্লে। হুমাং মরক্তা য়াম্না হৈনীংদনা পোৎ-চৈ লোইশিল্লম্বা লোয়শঙগী মী ফাওবা মথৌ লোইতুনা হন্নখরে। শজিবুগী অকংবা মুংশাদমক ঙাইহৌরে। ফুরাউনরবা অশং-অমানগী মমিদংদি লোয়নরি। অশাবা মরক্তা লেঙঙম-শাঙমদনা শীৎ-শীৎতুনা চৎপা মুংথিলগী মমৈ অমনি।

মরীফুমঙা কল্লপ তারবা চহীগী পোৎলুম্না কোল্লপ তারবী অহলগী মতম ওইরবী তোম্বীরৈ সোরোক অচৌবদগী লানফম ওইখিবা লমহাং অতু তম্না চৎলকই। মখুৎতা এক্তারীনা য়োম্বা পোৎয়োম মচা অমা পায়রক্লি। মখুৎ নামদনা মৈনম অমা পায়রি। থন্না হাল্লকপা থাউ নীকথোক-হৈদোক-খিগনি হায়বগী চূখৎলবা মৈরা পায়বগুম পায়রি। হায়ন-হায়না শম্মিবা লৌবুক্কী লৌরী অমদা খুদি থীতুনা তুশিনগে তৌই; তুবমক্তি তুদ্রবসু পায়রিবা মৈনম অতুদি লাপ্লপ তাখি। চেনশিন্দুনা লৌখৎলুই। থাউ খজিক চুমথরম্মে। লম্পাক লমহাংতু শমদরে লৌরীমক্তি নত্তবা অতোংবা পল্লিগুম্বা খন খন্দুনা চৎলে। য়ৌগদবা মপাহু চিংনা য়েংলুই। ফনা তাম্না লৈরি। তপ্না তপ্না চৎলকই। অহল ওইরবী তোম্বীরৈ হৌখিবা চহী হুম্ফুতরাদগী চহী হেক খুদিংগী মুমীৎ অসিমক্তদা লম্বেল লৈতবা লম্বী অসিদা চৎলৈ। চৎলক্লি।

চহী হুম্ফুতরামাথোইরোমগী মমাঙদা তোম্বীরৈ লুহোংলকপা থা অহুম শুফাক্লিবী শম খোমগৎপদা ঙাইরিবী অনৌবী ওইনা মাঙ্গোন্দা মুনা খন্দুনা লৈজখি। চাকচা তোক্লগা মুংথিল তূম্বগী মহুৎতা হৈদ্রোই মখোঙদা মমান্নবা খরগা পোথামিন্নরুগে হায়দনা থোকখিবা মপুরোইবা থোইবা তহা-তহা চঙক্লগা হায়রৈ—

— হাই তারিব্রা।

— করি— ?

— ফুরিং ফৈজোম পুথোরকউ কোন্নুং য়ৌদবা য়াদ্রে।

— হৈম্না! লাল্লুপ কারুবা নহান্দা হনবিরকইহ্‌দিনা।

— লাল্লুপকী নত্তে ; ঐখোয়সু খঙদে ; অঙম্বনা কারক্তবা য়াদে হায়রৈ। কুইগদবদি মান্দে। সনা য়াথংনি। লোইনা চেনখৎনখরে। লৈবাকী রাফমনি হায়রম্মী।

তোম্বীরৈ ভাব তাজদে। সনা য়াথংদি খঙই অদুগা লৈবাকী হায়বসিদি খঙবা ঙমজদে। লৈবাক হায়রগা মানা খঙলিবসি লৈখোম, লৈতুম, লৈচেং লৈতান অদুগা লৈঙোই অসিনি। লৈবাক অসিগা লাইমক্তি খন্না সেবা তৌবা হৌজরকপদা ঙাইরিবা মপুরোইবগা কদায়রাইদা কমদৌনা মরি লৈনরিবা ? তোম্বীরৈ খঙদে। চাউকান চাউকান কান্দুনা কোম্থোংলোমদা থোকখিবা থোইবগী তুংয়ান উরগা লুহোংবা নুমীৎকী কাংশুবী লান্নবা লোইরগা চীনফেন ফবা বোলাইগা চাকখুম কাদগী চাউকান চাউকান কান্দুনা থোকখিবতু শঙ-শঙ উরকখি। থোঙ্গান লোনশিনবগী লৈথোরকপা থোইবনা মোমোন খজিক তৌরগা মঙক খজিক ঈল্লম্মী। তোম্বীরৈ ইকায়জনা মক্ল লুকথজহৌই। নুংফাওনবা মোমোন অদুমদি মকোক খুমজরিবা হঙ্গামপানগী ফি মতেক্তুনা মচীন খুমখিবনা থোইবনা উখিদরে। ঙাইহাক লৈরগা হঙ্গত্তুনা য়েংলুবদা মপুরোইবা চংখিরম্মে। খঙহৌদনা য়েংথংবা মপাম্বোম ফ্রং-ফ্রং চোংলকখি। মখূৎ ওয়না অহুমলক শোল্লগা মচীননা চুপশিনজে— চুপ-চুপ-চুপ ! লৈশিন্দুনা ইমুংলোমদা চঙগে তৌরকপগী অদুদা মপুরোইবগী চান্নরবা মরূপ বোলাই তহা-তহা চেল্লকই ; হায়রৈ -

— ঐগী ইতাও হোয়য়াদু লৈরিনিনা ইচল ?

— থোকখ্রে তাদা।

— মফি মরোল শেংখ্রবো ?

— হোংখ্রে তাদা, সনা য়াথংনি হায়দনা তহা-তহা তৌখি।

— ওম্থোকপা ইতাওনিদকো !

— কৈদৌরে তাদা ? কৈদেৌনরেগে ?

— হ। মুংশা থীনীংঙাই কৈস্থু লৈতে। রাদবু হায়বগী রানি।

— করি রা লৈবগে তাদা নচনখোয়দা হায়বা য়াদবা জাৎলো?

— হ, হ! অদুই রা লৈতে। ঐনা হায়বদি কোন্নুংগী সনা য়াথংনি লাক্কবা য়াদে হায়রগা কোক হেক চৎপা চুমদে; ময়েক মশোন খঙখিনি, মরম অমা খঙখিনি অদুগা চৎকনি হায়বা রানিদা। ইতাওগীদি চুমদ্রিংনি, লাকউ হায়রগা হৌগৎতুনা কোক হেক্তা চৎলি। মওং খঙঙগা চৎকনি য়ারগস্থু চৎলোইদনা। সনায়াথং হীক্তোক্লবা পিক থন্না য়াওনরি।

— করিগী য়াথংনি হায়বগে তাদা?

— মদু খঙদ্রি। লাক্কবা য়াদে হায়বা য়াথংসি ইচল ইবেম্মা, চাররাউ থক্লরাউ হায়বগী ওইগন্দে: অহাওবা চাউ অফবা ফি অসি ইল্লু হায়বগী ওইগন্দে।

মপা ঙন্না লৈখিদবদগী নহা ওইনা য়ুমগী মুপা ওইনা লৈরকপদগী হন্না হন্না অশেং অশেংবা হকথেংনদুনা লাক্লবা বোলাইগী লৌশিং চুম্মরে। চহী তরামঙাগী মথক মখৈ অমত্তা চিংথদনা কৌখৎপগী মরম অসি চাবা থকপা ওইরমদরে; লান ওইরম্মে। লান চৎপা তারে। সনা য়াথংগী লাক্কুনা পাক্তকনা ফম্মরিবা নহা ময়ামদা অঙম্বা ইবুংঙোনা হায়রকখিবনি—

"লৈবাক অসিদা পোকপা, মসিদা চাউরকপা লৈবাক অসিদা থোকপা মচেঙ অদুনা হিংলিবা ঙাক্তনি পাখং নখোয় পুন্নমক! হৌজিক লৈবাক অসিদা লান তারক্লে। ঐখোয়গী কোন্নুং লৌশিনখিগদবগী পুংজাও থীল্লরে। ইনিংথৌ ফাগদবগী কোয়শিল্লরে। হৌজিক নখোয়না কনবা তাই। খুৎলাই হৈরে অহৈ-অহৈবা খুৎলাই পায়দুনা, হৈহৌদ্রবনা চান-থক্লবা খুৎশু-খুৎলাই পোৎ পুদুনা অঙম্বা অহৈবা মওংদা লান য়ান্নবা চৎপা তারে। অশোন-অনা খোঙতেক-মীৎতাং কুমলায়না ফাওবা মানা মানা ঙমজবা খঙজবা মতাদা লান অসি য়াওবা তারবনি .....।" "কনাগী লাননোনে

ইনাও ?"— ফম্মিন্নরিবা অমনা থোইবদা তপ্পপা হংলকপনি। চমম্নরপ তারিবা থোইবনা কৈজোম মচীনা চুবাগী হুমাং খজিক নপথোক্লগা তপ্পা খুমখি—

-- খঙদেনে ইয়াম্বা। লান তৌরি হায়বদি তায়।

— কনাগা কনাগা কদায়দা ?

— কোম্নুং মন্নুংদনিস্থ হায় মপানদনিস্থ হায়নৈ।

— ঐখোয়গী কোম্নুং মন্নুংসিদবো ? কনা-কনা ?

— নিংথৌ মশেননিস্থ হায়।

— নিংথৌ মশেন হায়বদি ?

— অতুক মুন্নদি খঙদে ; তাদে।

— আই !

য়েংবদি মাঙদা তুবৎ-তুবৎ চৎতুনা ঙাংলিবা অঙম্বদা য়েংলগা খজিক খজিক লুকথনতুনা রারী তৌরিঙৈদা অঙম্বনা খূৎলাই হৈবমখৈ মায়কৈ অমদা হৈহৌদবা মখৈনা অমরোমদা লেপ্পনবা হায়খিবতু তাহৌদরে। ময়াম ফুক-ফুক হৌগৎনতুনা মরেঙ-মরেঙ লেঙনরকপগী অতুদা থোইবগা মবানীস্থ লেপখৎলগা ময়াম লেপ্পবা মায়কৈ অমদা হেক্তা য়াওরুরে। অঙম্বা অমনা পাখংশিংদা মথং মথং হংবনা থোইবগা লেপমিন্নবা ময়াম্বশিং অতুদা তপ্পা-তপ্পা হংলৈ—

— নঙনা করি খূৎলাই— ?

— কমদৌবা ?

— করিনো হায়বা নঙনা হৈরিবা খূৎলাইবো— থাঙ, তা, য়োৎ, শীংজং

-- ঐদি অমত্তা তমহৌদে।

— হাই ! অতুদি অসোমগী অসিদা লেপ্পা য়াদ্রে ! পঙইকো নখোয় মৈতৈনা পঙবসে ! মী ওইরোই ! মতম হেক মাঙহল্লে। চো, অসোমদা— । নঙদি নহা ?

"ঐদি... ঐদি, থাঙ"— থোইবনা মীচৈ ইকাইবদগী হেক্তা খুম্মুবনি।
"খোঙফম কদায় য়ৌনা তম্মে ?"— অঙম্বতুনা তহানা হংলকপনি।
"খোঙফমদি .. য়াম্থৎনবী—।" — হেক্তা হায়বনি।
"য়াম্থৎনবী হায়বা থাঙলোন লৈবা তৌনদে। ফরে থাঙ পায়বদি হৈরবো ?"
"হৈজৈ।"
"এ ফরে। হেক্তা য়াওশিল্লো। তু অসোমগী অঙম্বসিদা নমিং-নথা হঙ্গৎলুরো।"
"ফগনি।"

থোইবা থাঙশাংদি উরে। মপুবোক্না পায়রম্মী হায়বা অমা মপাগী লুখুমদা য়াল্লিবতু অমুক-অনীরক্তি থাঙখুমদগী শক্তোক্তুনা পায়রুরে। মতোনলোমদা লূমথবদৌনা তৌই হায়দনা হন্না য়েংলুদবা কুইরে। শংদবদ-গীসু অয়াম্বনি। য়ুম পুরিৈঙ, ইংখোল-শম্বল য়েংলিঙৈ লাল্লুপ কারিঙৈদা থাঙ য়েংলুনবগী মতম লৈখিদে। নোংমৈ পায়নরবা মতমসিদা থাঙনা করি তৌরুগনি হায়দনা খনবদগী মতম লৈরবা ফাওবদা হন্না য়েংখিদ্রবনি। থাঙগী কান্নবদি ঙসি খঙলে।

মমিং মথা ইশিলহল্লুরবা ময়াম অমা লম্পাক অমদা লৈরম্মী। থোইবসু চঙশিল্লক্তুনা ফম্মে। মাগী মতুংদা ময়াম অমসু মরী-মরী চঙলকই। ফনা কুইনা ফম্মবা মতুংদা অঙম্বা অমমুক লাকই। শগোল শাজৈগুম্বগী মতোল অমনা থিন্দুনা লম য়াংলগা হায়রকপনি—
"সে-সে মৈতৈ লাম্মী পূম্নমক পূক্লিং চঙনা তারো। নঙোন্দগী হৌরগা সে তু অসি ফাওবসে অসিনা ঙমথঙ মৈনো মতুং ইল্লু; অসিদগী অসি ফাওবনা ঙমথঙ চীংলেনদা পাউ পীরো; নখোয় সিদগী লোইৰা ফাওবনা ঐগী তুং ইল্লক্লো।"

থোইবা অকোনবগীসিদা য়াওবনি। ময়াম মরী-মরী ইন্নে। মন্দির মরাগী লম্পাক মচা অমদা লেপ্লগা য়াম্না চীং লেম্মবা খোনফমদা হৌরপ হায়রকই—

"ইচাশিং ইনাওশিং মরূপ মপাং খিবিক, ঙসি অসি নখোয়মুক লাই-বক ফবা লৈত্রবনি। ইমা লৈবাক্কী অশেংবা সেবা তৌবা ফংবগী তাঞ্জা অসি খুদিংমক্কা ফংবা ঙম্বা নত্তে ; ইমা লৈবাক্কা চানবিবা মৈতৈ লাম্মী নখোয় খরদনা ফংবনি। পজেং ফিরান থেংপগী খামেনচংপা শেংপগী দোলাই ফৈনা তোংনবগী তাঞ্জা লাক্লবনি। মী খুদিংমক্তা লাকপা নত্তে নখোয় খরসিদদনি। অতুনা সনাগুম্মবা তাঞ্জা অসি নাম্থোকহনবা চুমদে। ইমা লৈবাক্কীদমক্তা পূম্নমক নোক্ল-নোক্ল থাদোক্লবগী মতাং নাম্থোকহনবা লানগনি। অতুনা লৈবাক অসিগী অথৌবশিং ঙসি য়ুম য়ুমদা পোৎখাবি-ক্লরো। হয়েং অসি শ্রীগোবিন্দগী প্রসাদী খুনমিন্নরগা হয়েংমক্কী মঙ্গলার্তীগী মতমদা খোঙশাল্লগদবনি .."

"কদাইদা ঙইরবনো অঙম্বা অথৌবব ?" অমনা হংলকপনি। অঙম্বনা মমীৎ লংখৎলপ য়েংলকই। মাঙলোমদা পৈথরপ তৌরকপা কোয়েৎ অতু মখূৎ অনীনা চপতুনা শেমজিল্লগা হায়রকপনি—

"সনায়াথংদদি রাহং য়াদে হায়বা লোনচং অসিমম্তু লৈবাক খ্বায়দা নীংশিং-জরি। য়াথংদি য়াথংনি। য়াথং ইনবা অসিদনি অথৌবা ঐখোয়না খঙবা, খঙগদবা অতুগা খঙহনগদবা। ইনিংথৌদি বিসন্নুগী (বিষ্ণু) অবতারনি বিসন্নু অশেংবনি। ইনিংথৌগী বাইকদি (বাক্য) দেববাইকনি হিক্তোকপদি মচা-মশু-শুথাং লাননা পুন্সিদবনি।"

অঙম্বনা হায়রিবা রাফম পূম্নমকসি থোইবনা সনথোঙময়াদা মাবু ঙাইতুনা লৈরম্বা মতাও বোলাইদা লম্বেলদা তম্মী। ভাবমখৈ তাক্লরবা মতুংদা বোলাইনা হায়রকপনি—

— খঙঙে ইতাও, নঙগীসি, লান অসি চৎনীংঙেনে ?

— করি রানোনে ইতাও চংতবা য়াদবনিনে !

— ইতাও চুমচৎ নঙবুনে, লান হায়বসিদা মী শিবনিনে ! লুহোংবা নত্তেনে ইতাও ! নঙ লুহোংবা থা অমনীদা ঙাইরি ! লানবু মঙানি চাক কৌবদৌনা চংকনি হায়রিবা নঙবু— !

— ইমা লৈবাক্কী সেবানিনে ইতাও। মীখা পোননা হিংগদবগী শরুক —

— মহ্ নঙগী অঙম্বহুগী ৱাঙাংনি। মীখা পোনবা! হ! মীখা থানা হিংবা! নঙ ঐনা হৌজিক হিংবনি হায়দনা হিংলিসিবু মীখা পোন্দে হায়না খল্লিবরা! জাং তাবা, ইম্বোকপা, লাল্লুপ, মীখা পোন্দে খল্লিবা নঙ কৈথেল ময়াইদা লেপ্লগা 'সনা য়াথং অসি লাল্লে'দা হায়রুচো; ঙবোংখাউ হেক ফংদ্রবা ঙাল্লিসিনা চা' শিগে ঙক অসি কেনবিগে।

— নিংথৌগী য়াথংদি দেববানীনি লানবা হৌনদে।

— তো! অহুনদি নঙ হুংচিং থাঙ থাগায়মুক শাংবা অমা পায়রগা মীগী নোংমৈ গুলীগী নোং মরক্তা খোঁশাক্লদোরিবা। হাই অপঙ! নোংমৈ মরূসিবু উ-থাংজিংনি খনব্রা! মিশি মচেৎতু মী শিবনিনে অনৌবীগী অনৌবা নঙবো! ইচন তোম্বীরৈহ্ মশম খোমগৎপদা ঙাইজরি! হৌজিকপু লান চংপা মতমলো! নুপী থায়নবা মচা শেম্বা লোইরবা চাদা নাউদাহৌরবা হন্নু-হনা পিক থন্না লৈ। মহোয় চংকনি। ঐখোয়না কোন্না চংপা য়াই। লান লাক্লবনি মচংলক্কনি। কান্নদে, চহী চুপ্পা লান ঔরাইহুনতা মথৌ ওইনা লৈরবা মলেছশিংহুগা চোইখোম নঙনা ... কাপথেকচরো হায়দনা অপঙ থৌনাদা .. শিজক্লরগে হায়বগীদি খঙদ্রে শিনীংদ্রগনা ইতুং ইল্লকউ।

— চংতবা য়াগদবা লৈত্তে ইতাও মিং ইশিলহৌরে। য়ুমদা বিদাই তৌনরগা চয়োম পুহুনা চেনখৎলকও হায়দনা লাক্লবনি!

— থবক্কা মখোয়গী; চয়োমদা নয়ুমদগী! লাকও, ইল্লকউ ইতুং!

মাই-মাই লাইমাঙ য়ৌবগী মওংদা থোইবা বোলাইগী মতুং ইনবা ওই করি ওই চংলি। ইল্লগে হায়না লেপ্পুনা ইনবদি নত্তে। হনমিন্নরকপগী মওংনা নম্মী। কৈথেল অচৌবা অমা ফাওদনা চংলকই। বোলাইনা মখ্বাংদা পুল্লিবা লুপাখাওদগী চান্দী ময়েক খরা লৌথোক্লগা ঙায়োনফমদা হাইজিনখি। হান্নবা ঙাংনথ্রবনি। মনেশিং অহুনা মখুম চেংনা খুম্ববা

পৈয়ানা মরী পাল্লবা ওখাক চাউবা চফু অমা লান্থোরকই। লম্বেলদা থোইবনা করি পোৎনো হংলুবদা বোলাইনা পোঙনা হায়রকপনি—

— ঙাক্রানিনে অথোবা! মকোক্তা ইশং কারবা হুইনাও হুইনাওমুক চাউরবা ঙাক্রাসি কুনগা নিপান; কুন্থ্রা লৌবনি অনীদি ফজমনগ্রদনা ইচাগা নচনগা পীজরগে হায়দনা শৎথহৌবনি। ইনেদা থনম্লি; হোরেল হল্লকপদা লৌখিগদবনি। নঙ অমা চামিন্নরুগেরা?

— ঐখোয়গীদি মপাম্না থিল্লকপা য়াম্না য়োক্লি। নত্তে ইতাও করিনো নঙনা তৌরিসিবো?

— ইন্দ ইল্লকউ ইতুং। লান অমনি।

চৎমিন্নে। তপ্পা-তপ্পা ঙাইনা-ঙাইনা চংপগী মওংনি। য়াচঙবা মতুং ঙাইহাক ওইরকপগী অতুদা অঙম্বা অমগী থোঙ্গান্দা চঙলকই। বোলাইনা কৌরুবনি— 'ইন্দোনবেম্মা, ইন্দোনবেম্মা!' থোইবনা লোননা হংলকই —

— লৈমরনে?

— নত্তে। লাংগন্নু তৌশিল্লিবনিনে।

নুপী অমা থোরককই। থোইবদা লৈহল্লম্মগা বোলাই চঙখি। কুইবা নত্তে থোকলকই। চফু অতু য়াওরক্তে। লম্বেলদা থোইবনা হংলুই—

— নঙগীসি ঙা কৎলুরিববো ইতাও।

— লাংগন্নু। ঐদি লান চৎলরোই বোজাইস্নু পুররোই।

— নত্তে হেক্তা য়াব্রনে?

— করি য়াদবা য়াব্রো!

— কমদৌনা?

— চগৎ-চগৎ হংগন্নু নঙস্নু লৈথহৌগে হায়রগা লাউ চৌদার ময়ুমগী লৈকোন্দগী আদরগুলাপ মনা থুবাম অনীদং হেকলুসি।

— করিগী?

— কুংলগা থরুদৌরিবা।

— করিগী ?

— এ হংগ্রে। শিংঙ্‌নে। শিংবদি উ অকংবা ওইদবনিনে।

থোইবা পঙবদি নত্তে মতাও বোলাইগী মঙং খঙদবনি। কোথনা হংলুগদবস্থু হাযঙম তৌঙমদবা মতাওনা তথী-তথী ঙাংলক্কদরা হায়হুনা তোক্লে। মতাঙবু খোইখা-লিনখা থানা শাউকবদি নত্রগা মাগী কম্থা-হৈথানবা রাঙাংহু কযা হৈনদে

লান চংকনি হাযবা তাবমক্কদা তোম্বীবৈ শ্বায লাউই। চম্‌ফুংকী হাঙথবী শোযবদা অথোবা হেজ্রাংনা ঙযগী খুনাঙবী খজিক শোকখি। যাম্বদি নত্রবস্থু ঈ থোকখি। মুঙাইতবা ওইবনা থবীহু ফুংত্রে অহুম গুন্দোকখবে। চাক থিনা থিনা হাযবোই শোনবোই তৌকই "নহাক নত্রবদি লান চৎপিনবা লৈত্রবো !"

"দং। মুণীনা তুকা থিবক্কনু মুপানা তৌবা থবক্তা।"— থোইবনা লৈজবী থাহুনা লাউহংলুবনি। তোম্বীবৈ খ গ্রেক খ ই মসিনা অহানবা থেংনবা অযাকপা রাহৈনি। ওনশিন্নহুনা চাক চানিন্নবা মতমদা তোম্বীবৈগী মপি মবীক খবদ মাগী পুখমদা তাবকখি। থোইবা উবদা শ্বায লাউই। মহি তোংলগা চখোম ওককে থাংগংলকপদা থোইবনা তপা খাম্নগা হাযকই —

— ঙাইখো চাকরমু। সে এগীসিদা চাববো এ লোইবে। চাহৈদ্রে। তোম্বীবৈ চাদ্রে মমায মপাম্বোমনা খুম্মগা কুপ্তুনা লৈথোক্লখবে। চখোম অমনীদং হুরুগা থোইবনা চানবা হাযকই। তোম্বীবৈ মখুং হাম্বোই হামদবোই ফম্ন চঙথোকখবে। অহী যাম্না থেঙবা ফাওবা থোইবনা থেমখি। তোম্বীবৈ কুইনা ওইনহুনা লেখি। অহানবনি। লানমক লৈবমদ্রবদি নোং ঙানখিবা খঙহৌবোইদবনি। শাউনাংবগী পিবানা রারৌজবগী ঈবীক ওল্লকখিবদা মতম চঙখিদ্রবনি। অহুবু ওইনবগী শাথেক্কা উচেক মচাগী তাল্লক্তা থোকপা মীকপগী খোঞ্জেল তাহল্লকখি। লোম্না কয়া ফোংনা কয়া ঙাংলুবৰা মতুংদা থোইবনা মমৈদা তাক্লকখি —

— ঐনা হায়বদি লৈবাক-নিংথৌ হায়বসিদি ঐখোয়গীদি লাইনি অনী অসি ঙাক-শেনবা ঐখোঁয়গী ধর্মনি। নুপা ঐখোয়গী থৌদাংনি লান হায়রিবসে। থৌদাং পাঙথবদি ইপা-ইপু নোরোক তাগনি। ঐগীদ নত্তে নঙগী পুরোন ফাওবা জোমনা লাক্লগনি।

— অহুমাইনা ঙসাইনা তাকপিবা য়াদ্রো লাউহংপিদ্রবস্নু।

— শোয়খিবনি।

— মতুংদদি শোয়বিরনুকো ঐদি য়ারোইদবনি।

— শরিশো।

— ত্তু তৌরকএ মাই হৌনবী।

অযুক ঙন্তা হৌগত্তুনা ঈরুজ-মায়থজরিভৈদো মতাও বোলাইহু মখোঙ হামমনবদগী ইতুক তূকথখবে হায়বা পাউ তাবে। মফি হোংবা নংবোই নংদবোই চেল্লি। মী খরা ইথক থক্কংনরম্মী। চেনশিন্দুনা মতাওবু কৌকই। কুচু কুমেন লংনা অহুম লৈ। মমীৎ মনাদং খজিক কোম্না তাই। বোলাইনা তঃ। হায়বকখিবনি

— ইতাও, ঐ কৈগু তৌবোই নুংশা থীকনু। চাকখাও তেংথোকপগী মওংনি। নঙদি চংপা তাববা নত্রা লানসিবো?

— ধর্মনি। নঙদি ঙমদ্রেদনা।
ঙম্মবোইদৌ মাল্লেবু ইতাও!

— কবি রানোদা ফিবম অসিদবু।

— মঙ্গল ওইরকউ ঐখোয় ঙাইরম্মগে। লফু-চু থাহুনা ওকলমগে বঝাই-বেঙ্গুল লোয়নরমগে, চাউথোকচরমগে।

চাউথোকচরমদবে; বঝাই বেঙ্গুল লোয়নবমদবে অহুগা লফু-চুস্থ থাখিদরে। অনী কোম্নবদা মায়কৈ অহুম্মক্তা লৈবাক-নিংথৌগী লাল্লোইশিং মায়থিরে।

অহীং মরী তূম্লক্রবী তোম্বীরৈ নোংঙাল্লমদাইদা খক চিংলুই। ঙাইহাক্তনি। ঙাইহাক অহুগী মনুংদা মপুরোইবা থোইবা উবম্মী, চুরিত্তাকমদা

লেপ্পগা থবী চমফুং ফুংলবদি চাক থিরো ঈশিং য়াম্না খোরাংখরে হায়রম্মী। মবুঙ বোলাইনা কৌরকপগী মমীৎ খংশিং শিংই। মবুঙনা মী থরা হল্লকই-হায়বা তাই ইত্তাও যৌবক্রববা হংলে। তোম্বীরৈ নিংদোল চোংই। রা ঙাংবা পাক থোক্কে। য়োরক্রি খঙবদগী বোলাইনা 'অতুদি ঐ কোন্নুংলোমদা য়েংলুগে' হায়রম্মগা চেনখৎখি। মবুঙ হেক চৎখিবগা তোম্বীরৈ শেংনা ঈকজথোকচরগা বৃন্দাদেবীদা হৈ-লৈ কৎলগা অতুম কুন্দুনা লৈ। মমীৎতগী মপিনা অতৎ-অথম লৈতবি। অতুগা মবুঙ বোলাই লাক্তরে। চাক থাগৎকে খনবনি থাগৎতবে। নুংথিলদস্লু লাক্তবে। মুমিদাং য়োরে। থেঙজিল্লক্কে। য়োবক্তবে। থেঙদ থেঙলবা মতমদা উচান মৈরা চম্মগা তোম্বীরৈ বোলাইগীদা লাক্লে। লোলাই লৈবম্মী। মখোল তাবদা বোলাই তহা-তহাশিন্নতুনা চেন্তোবকই : হায়রৈ –

— ইবেম্মা ইবুঙ য়োবকপদা ঙাইবি, থেঙঙবতুদা অযুক ওইনা যৌবক্রসিবা হায়দনা –

— তাদা নতাওবু হল্লকহৌববা নত্রো ?

– হল্লকপা মখোয় খবতুদদি

— হল্লকদববু লৈহৌরি হায়ব্রো ?

— লোইনা হল্লকলেস্লু হায অতুগা —

লেপ্পা ঙমশিল্লক্রবা মখোঙ তৃপ্পবা উপালগুম মাঙ্গোনময়াইদা তোম্বীবৈ হাইধরকখি। পাউ তাবিবা বোলাইগী মতৈমনা ঙাক্নুনা তপ্পা হিপথহল্লি। অহীং অতুমা বোলাইগীদা মযাম চঙতুনা লাযকল্লতুনা লৈখি। নোংয়াই য়োরমদাইনা মীরোল তারকখি। অযুক্তা মবুঙ বোলাইদা অশেংবা হায়বিয়ু ইরায়বকীনি হায়না হায়ববদা বোলাইনা খোংজোমগী লানফমদা মথরায় থাগ্রবশিংগী মবক্তা য়াওরম্বা তারে হায়না ভাব তানা হায়রে। ময়েক শেংলা মবীক চৃম্না খঙলবা মবুঙ বোলাইনা থেমতুনা তাক্নুনা অমদি মবুক্লিং ফাধতুনা ঙাংবা-শুম্মক-মরূ লুকথতুনা তাতুনা লৈখি ; হোয়নি মাইনি মচেৎ অমত্তা ঙাংখিদে। চৎলমদাইদা খোংজোমগী মবম অমদি মত্তাংদা খজিক্কং হংলম্মী। বোলাইনা চাউরাক্লা তাকখি।

ঈকজ্ঞ-মাযথজবগা চন্দোন-চবা নীংথিনা থিল্লগা সোবোক অচৌবদা তপ্পা হাইথবকই। থোল্লকপদা বোলাইগী মতৈমনা হংবদা 'লাই থুকম্মুগে ইনম্মা।' হায়বম্মী। ঈংনা তপ্পা চৎখি।

শজিবুগী যক লাউবকপা নুংশাদা উফুলনা খুকউ যৌনীংচিং ঈংগ্রি শীংলবা সোবোক অচৌবসি পুমচীল্লি। নাকন যেংলোম-মাযবোমদা লৈবিবা পল্লিগুম্বা মো শো মবক্তা লৈবা ফাওবা উকম হাইবপ থিবকপা মতাংনি। তোম্বীবৈ তপ্পা-তপ্পা চংলি ঈকংনা ঙল্লবা তুবেলগুম। মীংলুদদি ঈচাও হৌজ হৌজ মাযোল্লবি ওসাই ঙাইহাক্কী মমাঙদগী লাপ্পপ্পা তুংদা লাকপা উবা যনগাডী চংপা অহল অমনা গাডী খামতুনা ঙাইবগা হং খোত্তনা খঙলগা লম্বেল ফনা শা না তিঙবি গাডীদা যাওবো হায়দনা যাওহল্লে। চোকথনা চংপা উবদগীনি। ঈবাং মমুংগী চীল্লবা লম্বেলদা মথন্নতা চৈবাক অমদা চংপগুম চংলকপা উবদা মু শা থিকববনি। মতুংদা চিংনবা কোঙ্গায কোল্লবা মতুংদা হংলকই -

— ইবেম্মা খোংজোমদদি কবিগী কনা লৈবা?

— নচামুপাগী মনাক্তনি।

— ও, ও; ফৈ-ফৈ। মতুংদদি ইবেম্মা নদোম চংতনবা তৌ, মতম অসি মওং অমনি। খুম্মাক লানশিবিবসি উবেদনা

— ঐ।

অহল অত্তু মাগী থবক মফম যৌববনা লম্বেল অমবোমদা হাইজিল-হৌবে। মুমীং লৈথবল্লে। মফমতু লাপ্পপ যেংবদা মী খবা ইনোম নোম্নবা উই। ঙক্লা থোকই। খঙহৌদনা অপুম-অশাগী স্বব ফুনবা যাবা মনম নম্মকই। নাক যেত্তা হাইবপ হাইবপ যেংলম্মগা চঙশিল্লি। খবা নক-শিল্লকপা মতাংদা অঙম অথৌগী মী খবা মচীন খুম্মগা লেপ্পম্মী। মনম অতু কনবতা নত্তনা যাকপগু তেনগংলকই। লাঙজা মপৈ অমা নোংমদোন্দা লৈংনা লৈনা পাইবিবতু উবকই। মুপা অমনা খুম্নিবা মচীন খজিক ফাত্তোল্লগা হংলকই

হাই মুপীমচা কদাইদনো চঙখিনু।

অসিদা মী অমত্তা যাওব্রা থিজগে তৌবনি।

— থিবা যাখিবোই মী অঙম-অথৌ থিবা লারবি।

— ঐগীস্থু ইমুং মনুংনি যাওব্রা যেংজগে তৌবনি।

— হৈ। যাবোই হাযবেদনা কবম্বা মুপীনো। অঙম-অথৌ মবকসিদা নঙনা চঙবা যাব্রো! হযেং কোন্না থিযু চৎলো। হন্দাকউ অথৌবা অমা ফংলমাল্লে পুথোবক্কদৌবে।

চৈহৎলকপনি। চৈনা মবক্তা তোম্বীবৈ মঙ্গ ল্লকথত্তনা থোকচবকখি। নাপ্লপ হন্দোক্লবা লৌবী-শই পল্লি-ওই তৌবা মফম অমদা ফমত্তুনা লৈ। অঙম অথৌ অমদি মখোযগী মী মানবা খবনা মখোয মখোযনা খনবা, খঙবা অমদি পাম্বা অশিবা হকচাং থিনবিবত্তু যেংত্তনা লৈ। মনম অত্ত অত্তক হাক্লা হনদবা ওইবক্তবে। অফ বা খবা মথং মথং পুনশিবত্তুস্থ তোম্বীবৈনা যাহৌবি। লাপ্পা সোবোক অচৌবা মযাদা অঙাংবা ফিজোল শেৎপা ণগোল তোংবা লাম্মী তবা-কুন লৈ। তোম্বীবৈদি মখোযবু কোননা উবকপনি।

মুমীৎ তাশিল্লকপগী অত্তদা মযামত্তু মবী মবী হংখবে। লোইবোই ামশিল্লকম্বদগী খ মম মমশিল্লকখিবা খঙহৌদে। তৌজিক্তা অমম্বা মবক্তা ীশক থিবমদাইসিদা মৈ যাওদে হাযবা খঙলকই। নাক-যেৎ অকোযবদা খুল নক্লা লৈবা নত্তে। উচান লৈকগদবস্থু কংবোই কাদবোই তৌবা কৈথেল াচা অত্তু লৈবম্মবোই হাযবা খঙই। নক্লপা লমহূই মযাম খোংবা তাবকপদা লীশিং তাবকপগুম তৌই। কবি তৌসিগে খনবদা খনফম খঙদনা লেপ্লিঙৈদা নাপ্লপা বনগাঙীগী চকাগা ধোবাগা তক্লনা চৎপগী মখোল তাবকই। মঙানদি উদে। খোাঙ্গল লাকপা মাযকৈদা লাকশিনবা ঙম্মী। বল্লমগুম্বা ক্রকক্রকপা সোবোক অত্তদা থৌবকপা মাল্লি। নৌবুক-লমহাং মচা অমা গল্লগাসোবোক তাল্লা চৎলগা লেপ্তুনা লৈকই। খব খবস্থু চঙশিল্লুই।

গাড়ী অতুনা নকশিল্লক্লিবগী মতিক মবুক্লিংসু চাউখংলি, মুংশাসু থীরকই চিংনবসু পোক্লকই। করি হায়না কৌসিগে খল্লিডৈদা গাড়ীতু খংলেপ লেপখি ; লুম-লুম লাউবা মুপা খোনফম অমনা শীংনবগী মওংদা লাউরকখি —

— হৈ, কনানো ! মীরা লাইরা ?

— ঐনি।

— ঐ হায়দি কনানো ? শরোয়রা ? অঙাওবীরা ?

— ঐনি ; মীনি।

— কৈদৌরি মফমসিদা ?

— লান চংগ্রগা হল্লক্রবা ইপুরোইখা থিগে তৌবনি।

ডাইহাক্কী মমুংদা তহা-তহা শাবা রারী শাবনি। মমুং অতুদা গাড়ীগী মুপা অতুনা খেংলিবা মৈনম অতু চমখংলগা ফল্লিবা বোরাগী মখাদা থম্মিবা থাডজো অতু পায়থংলি। পাখংলুরবা তোম্বীরৈনা কিনা কিনা মশক তাকই মরম হায়রকই। মীয়াই অতুনা স্বর চনীং তানা হোম্বরগা শোল্লকখিবনি —

— অতুম্না লৈবা হৌনব্রদো ! শিরম্মোইদ্রদো !

মীয়াই অতুসু মশু অমা লানদা পোং পুবা ওইনা চংখিবদগী হল্লক্রদনা থিবা লাকপা ওইরম্মে। নোং নিনি মমাঙদগী কোমুংলোমদা চতুনা মশু অতুনা চংখিবা মায়কৈসি কদোমদনো হায়দনা হংনরুবনি। তাংদাংবা খঙলক্রি। কনা অমতুনা তাকপা ঙমদে। অঙম্বা অমগী মনাইশিং অমনা-অতু মানবা অমদি খোংজোমগীরোমদা চংলম্বা য়াই হায়বদগী লাকপা ওইরম্মে।

অহীং নোংশোইবা মৈনম অতু পায়রগা থিমিল্লবনি। তুপ-তুপ্তুনা তারম্বা খোঙ খুং পাম্বোম খুজেং য়েংই। পুমথমনখিবনা খরদি পায়থংপা য়ারমদরে। মপোপ কায়দনা তারম্বা খরতুসু লাঙজা, লমতুই অমদি তীন-কাঙনা মফুং-মফুং চাথোকপ্লবনা মশক খঙবা ঙমদ্রে। কেন্দুনা তারম্বা কোক খরসু লুকং ওল্লি হায়বা মঙায়রে খঙবা ঙম্লদরে। ওমচাকনা শারবা অহীং অতুদা ক্লংশ্রিংসু লেপল্লবদৌনা তৌরবনা মুংশা হোনজিনবদা পল্লবগুম-

তৌরবা অকুংবা মনম অচুম্না থজিক্তফাওবা ময়েং তাদনা নৈশিন্দুনা লৈরি। চীন খরা খুম নাতোন খরা মেন তৌদুনা ফাধরম্বা মীয়াই অচু থজিন নমদুনা ফমথরক্লে। কোইয়েং য়েং কোইচং চং তৌদুনা থরায় য়াওনা থিন্নিবী তোম্বীরৈদা হায়রকই –

— ইবেম্মা হয়েং অঙানবদা হোৎনরসি চৎলসি।

-- ইপনবু নচাদি ফংনবা থিজরগে।

--- ফংগদবা মাল্লক্তরেদা !

— ঐদি ফংগনি থাজবি

— ইপনদি পোত্থানীংলে। লমহাং অসিদা ঐখোয়গীসি চুমদ্রে।

-- পোত্থাবিকরো। মৈদংদি লৌজহৌগে।

মীয়াই অদুনা চৎথ্রবা মতুং ঙাইহাক লৈরগা মতাই অমদা লুকথদুনা মী মশক য়েংলিঙৈদা নক্লপা কনাগুম্বা অমনা অচৌবা অরূম্বা পোৎ অমা চিংবগী শ্রো-শ্রো লাউবগী মখোল তারকই। তোম্বীবৈনা মৈনম অচু খংথাং থাঙ্গত্নুনা খংলপ য়েংলুই। থাউ লোইশিল্লক্রবা মৈনম অচু মুংথোকখরে। অমম্বা মবক অচুদা কনাগুম্বা অমা হৌদুনা চেনখিবগী মওং উরকই। কনাগুম্বচু মী নওে মখোঙ মরী পানবা চাউরপ তৌবা শানি হায়বা খঙলকই। তোম্বীরৈ তৌফম খঙদবা মরক্তা লৌশিং মাঙশিল্লকই।

অয়ুক্তা থেঙলপ্পা শগোল ৱায়রগা থৌরকপা বোলাইনা তোম্বীরৈবু মচু-মচু চুরবা পাকশিল্লবা কোয়েং অমা কোল্লগা লুকথদুনা তুম্পক তাদুনা লৈবা থেংনৈ। কৌরুবদা ঈংনা তপ্পা মকোক হাইগৎলকই। মমীৎ মমায়চু য়াম্না পোমখৎলি। বোলাইনা করিনো খরা হায়গে-তৌরকপদা তোম্বীরৈনা হায়রকখিবনি

— ঐনা শাখিবা কোয়েংনি ঐ খঙই।

বোলাইদি কন্না থাজবা হায়বচু তৌখিদে।

# ওপরেশন লাইখুৎশাংবী

মন্ত্রীজাউনা য়ুমগী লোয়শঙদা অফেবা ফাইল অমা শূরিঁডৈদা মাঙজোনবা য়াথ, ঙাইরম লাকঅমদনা আই, জি, মেল্লে খংচঙ চঙলক্লে। সলাম অচুম্বা অমনা ৱাহৌদোক পীরকপগী অতুদা খজিক্তুং খংলুরবা মন্ত্রীনা হান্নগী মোমোন অতুনা ওক্লগা হংলুই—

— কৈদোবে ভৈয়াবী ? ঐদি কায়ববোই নীংঙ্ রে।

(অনী অসি স্কুলশিং কোলেজ অমদি তাইবঙমহৈকোলদা তম্মিন্নরকপা চান্নজবা মক্পনি। মখোয়নীদা মৈমিন্নবদদি ৱাচোই অতুম ঙাংনবি মকোক মকোক্তা কিন-শুনগে অতুম তৌরি।)

— কাযবা নাওনে ভৈয়াবী নঙগী লৈবাকসি উজাব শাবা তারেনে।

— মতুম্না হায়বসি নঙনা অহানবা নওে। ফম্মু ; করি থক্কেগে ?

— থকপা নত্তেনে উন মপং নঙবো ; মাঙবা তাবেনে !

— করি তৌরগে হায়য়ুদনা। নঙ, ঐ, ঐখোয় ময়াম লৈরিবসিদি।

— লৈরে হায়বা পাউ ফংবদগী ঐ ইশা য়াওনা চত্তুনা ফাকরবনে। লায়-জৌরম্মবা অককপা মখূৎ অতু লায়েংথোক্লবা হোসপিতালদা পুশিনবদা থোঙ্গান্দগী নাস্তোক্লনা চেনখ্রে মাঙথোকখরে।

— কনানো হায়বনি থরায়ব'কপী নঙবো ? নঙগী নোংচুপ হারমলোমগী —?

— অতুগী বাতু তোকখো লৈবাক্কী ময়োন অসিমক্তদা মাঙথোকখরে। মখূৎকী লায়না অতু মথং মথং লৌনদনা শন্দোরক্লবদি লৈবাক অসি লোইরে।

— কনানো হায়বা অতুবো ?

— ইহে ! খুংশাংবী ; লাই খুৎশাংবী !

মন্ত্রী শ্বায়দি লাউই। পাদি পাখংতে। অতুগুম্বতুবু হৌজিকপু লৈরিবরনে হায়দনা করেম্নরুই। মেল্লেনা লৈরিব্রনে নত্তে লৈদনা পাউ ফংদনা ইশা চংতুনা ফাক্লরবনিনে হায়দনা মমীৎ-মনা লংখং লংখতুনা হায়বদগী থাজরক্লবা মন্ত্রীনা মশক খঙনবা হংলকই -

— নঙদি মশক খঙঙরিনি, নুপারা-নুপীরা মীরা-লাইরা শারা-ঙারা — ?

— অমত্তা নত্তে লোইনা মাল্লি। মশক মুন্না উহৌরবনি। হৌজিক উরবদি খঙঙরোই। নুপাস্ত নুপীস্ত অনীমক ওইবদৌনা তৌই।

— নুপা তঙ্খায় নুপী তঙ্খায় ওইবা লাইরো ?

— লাই নত্তে মীনি। শচী মমা ময়াম্না ফারগা খুঙ্গোয়নবনি। য়ারক্তুবদগী শচীমা ময়ামগী মরা ময়াম্না মখুৎ ককপনি। লাউ খোংতুনা চেনখিবনি। শিবম্মদ্রা খন্নবনি। শিরমদবরা শিকংরগা হিংগৎলকপরা অমা তৌরে। ফাকবনি। চেন্থোকখরে। শহর অসি মাঙলনি লৈবাক লোইরনি। হন্দক অমুক ফারবদি হেক ফাবগা লেমহৌরিবা মখূৎ নাম্মতুস্তু শদন থাতুনা ককথংহৌরসি।

— ককপা নওনে ভৈয়াবী মথরায় থোক লৌথোক্লগা কৈথেন্দা ফৌরগ-দবনি !

— হাংপদি য়ারোই : থরায় খুদিংমক ষ্টেটকী মরলনি। কৈশুমশঙদা পুন্সিচুপ্পা থম্বদি য়াই।

— এ, করি য়াদগনো ! থোক হাংতোকঅগা মথন্নতা শিজরম্মে হায়দনা লাউথোঅগা লোইবে। মফুরিংখাউদা বোম মচা অমা কোক হাপচিল্লু; খিক্তং চেলহল্লগা থোক-তা কাপথোকউ। অত ফাওবা হৈত্রবদি চন্দোন-চরা থিল্লগা মালা চংলো। লমদম অসিগী পুন্সিদগী পোত্থারো।

— কদায়দেনোদা ইচা-ইশু অপিকপা ফনা য়াম্না লৈরি।

— লৈরকখিবস্তু য়ারি মমাঙখুলগী য়াইমবীতুদি নহা চপ চানা ওইরি।

নুমীৎ লৈখৎলকপগী অতুদা অরোনবা তেলিফোন অমা লাকই—

" .. সারবু পি, দবলু, দি, লোয়শঙলোমদা ব্রা থোক্লরে ; .. শচী মপা মকোক অমনা তুর চংখ্রিডৈদা মশক উদবা অশাংবা খুৎ অমা ফক্লাং অহোবদা থিংজিল্লক্তুনা শেনফু মারম্মে .. পুত্রমাল্লে ; ইখাক খাক্লমদ্রমাল্লে।"

য়াথং ফংলবা মেল্লৈ খুদক্কা নোংমৈ মী গাড়ী মপোৎ অহুম পুরগা চৎলুই। মী ইরাঙ লাংনরমদে; ঈংনা তপ্না হান্ন-হান্নগী নওংদা অহুম লৈনরম্মী। মহৌশাগী কৈথেন্দুনি। মেল্লৈনা তহা-তহা চঙহুনা য়েংলুই। শচীমপা মকোক্তু ফমহুনা লৈরম্মী। তুরদগী ইল্লক্লেস্ু হায়; চৎলুদেস্ু হায়। মফম খঙফাত্তে। তাইপ তৌহৌবী শচীমা অমদি মমীং খজিক তুকথহৌই। মেল্লৈনা হংলুবদা ফক্লাংদা অহো-অরাক লৈতে আর, সি, সি, গী ফক্লাংনি হায়রকই। খুৎশাংবীগী ব্রা পল্লুবদা শচীমপাহুদি লিক্লিগী মীনোক অমা নোকহৌই।

ব্রাকী-তোকীদা অরোনবা লোন্দাগী য়াথং অমগা ফংবদগী মেল্ল মথন্নতা ফিজম শেৎলগা মহৈ মশিং লোয়শঙগী শঙলেনদা চৎলুই। শচীমপা ময়াম অস্ুম্বী-স্ুমদগী শান্নহুনা লৈবম্মী। হংনরুবদা খুৎ অশাংবা অমগী ব্রাদি তাবগুম তৌই অহুবু ঐখোয়গীদি হোনবা থোঙস্ু পান্দে ফক্লাংস্ু লৈতে শঙফাওবা লৈতে হায়রকই। শচী নহা ময়ামদি লম্বেল অকা-অকুম থৎলগা মৈবুল লংবী কন্না শান্নহৌই। হন্নুবা অমখক্তি চরূ-লৈখোম্না শাবা চৈম্বু পায়বা শক্তম অমগী মখোঙদা ফমহুনা চিন্তা তৌহৌই। চীং ময়াদা পরেং শানা লেপহৌবা নহা খরদি খুত্তম কন্না তাশিলহৌই।

কুইদে খরনিগী মন্নুংদা অরোনবা মানবা পাউ মথং মথং তানরকই — নহান য়াচঙলকপগী অহুদা লৌউ-শীংউ মশঙগী (বিভাগ) শঙশাংলোমদা শচীমমাশিংনা চাক ঈশিং হোৎনরিঙৈদা ভেস্তিলেতরদগী খুৎ অচৌবা অমা শর থিংজিল্লরুগা ভ্রি-ভ্রি চঙশিল্লকখি; মমাশিং অমনা লাউবদগী কা শীনবা থুংনা কোইমা মাহুনা থিরম্মগা চিংথোকখি হায়। ইমুংগী পোৎচৈদি করিস্ু পুখিদে হায়নৈ। নুপী অহুদি পঙকপ্না কপহৌই হায়নৈ। নুংথিল পোবোপ্না কোন্নুংগী সনা লোয়শঙ, লুপা, কোরী য়োং শেঞ্জেং মিশি অমদি লৈবাক লোয়শঙশিংদা খুৎশাং থিংজিল্লরুম্মে লাম-লামহুনা মারম্মে হায়বা তানরকখি। অনা লায়েংশঙগা ব্রায়েনশঙগা য়াওরক্কদোয়ে হায়বা পাউ অমা

তাবদগী মেল্লৈ মশামক্না লুচিং পুরেল ওইহুনা লোম্না অমদি ফোংনা পৌ নম্বহুনা থিবা হৌরকই। নুমীৎকী মঙাল লৈবিরিঙৈমক্তদা লাইশঙশিংদা খুৎ থিংজিল্লক্লে তাবদগী মন্ত্রী খংশাউ শাউরকই। লোয়শঙ লোয়শঙগী মপা মথৈ পূম্না কৌরগা খ্বায়দগী রাংবা থাক্তা মিতিং অমা তনতৌ তৌনবা শীল্লি। মিতিং অদুদা মন্ত্রীনা লায়নাগী মহিক মপি খুৎশাংবী ফাদোক্নবা সুপয়ামক য়াদ্রে হায়বগী মতাংদা পুং ময়াম অমা ঙাংই। মেল্লৈনা লাং থাকপা, লোংউপ তানবা পৌ নম্বনা থিবা ফংদরে হন্দক্তি শম্নানা খেৎতুনা থিবা তারে হায়না পোথি হৌদোকই। ময়ামদু মখুৎ লোইনা থাংগত্তুনা য়ানীংবা ফোঙদোকই লোয়ননা থৌইনশিন পী। অশৈবা লোয়শঙগী কোক্লেন-ঙমথং অমনা থোইনা খল্লুবা তৌদনা হৌদোক্লকই — 'মমিংদি ওপরেশন লাইখুৎশাংবী থোনবিরো।' ময়ামদু থোইনা তানদে। অমদি ওপরেশন শম্না খেৎপী কৌনীংই। অতাবা খরদুসু থোইনা য়ানীংবা উৎলক্কে। থবক পূম্নমক মেল্লৈদা শিন্নবদুদি পূম্নমক্না য়ানৈ।

অউপ্পা উনা লোংবা অমদি শম্নানা খেত্তুনা থিবগী থবক অদু খুদক্তগী হৌবনি। মেল্লৈগী য়াথংদা নোংমৈমীনা শহরগী মায়কৈ পূম্নমক্তগী মরোল অহুমদা কোয়শিল্লগা ময়াইরোমদা অস্তুম অস্তুম খেৎচিনবনি। শচী মপা ময়াম্না কনগ্রবা থৌগ্রবা থাঙশাং লেংবান্দা হাইগৎতুনা মরীশুবা মরোল ওইনা ইনবনি। ঈশিংগী অমদি নোংথক্কী লাম্মীশিংনা থক-খা খোনবগী মঙাশুবা মরোল ওইনা কোয়বনি। লাঙ্গাবা মীওইশিংনা মশীং লৈতবা মরোল ওইনা শীংচেপ থাবনি। নুমীৎ, চয়োল, থা চহী খরা মঙাল ফাওবা লীংথোকপা ঙমহন্দবনি। য়ুমথোঙ খুদিং পাক্তক্লনা চঙহুনা তিংথৌ মতোন অকংবা ফাওবা চাউথোকহনবা মিংশেল খান্দুনা হুম্বনি। থেংনদে ; ফংদে ; শামিন ফাওবা ফংদে। চরোৎ মনাগী ঈ অদু ফাওবা মচু মাঙখিবগুম তৌই।

মেল্লৈ নীংবা কায়রহুনা মুংঙাইবা পাউ অমা তম্মগে খল্লগা তহা-তহা চেনচৎ চৎলকই। মুমিদাং অথেঙবনি। কোন্নুং লোয়শঙগী লৈঙাক শঙলেনগী অরোনবা কারোমদগী মীনিল তারকপদা থোঙ্গান্দা চপ লেপ্পি। ঙকপা নক্কে

চিংনবনি। চঙশিন্দুনা শো মখুলগী অহোবদা লুকথরগা য়েংশিল্লুই। মৈঙাল অদুদা মী মশক অমত্তা উদে। শাংথ্র শাংথ্রবা খূৎ ঙাক্তা মশীং খঙদনা মরৈ-মরৈ তাশিন্দুনা মরেঙ-মরেঙ চৎতুনা লৈবা উরকই। মেল্লৈ মৈদা মমায় লুকশিল্লুবগুম শং হাইগৎলকই। ঙাইহাক খল্লি। ফনা কুইনা খন্দুনা লৈ; ওখাক কুইনা লৈ।

থেঙলবা অহীংগী অমম্বা মরক অদুদা মেল্লৈ মখোঙ তপ্না তপ্না থাংহুনা হল্লকখি। থোঙজিন্দা পাল্লিবা কৌনবগী মন্দিলা অদু নমগে খন্দুনা মখূৎ তিংথোকপনি। মখূৎ অদু খঙহৌদনা খংশাং শাংদোকখিগুম তৌই তপ্না ঙংহুনা হায়নীংলকখি— 'শচীমা নরা লৈব্রা ?'

ইম্ফাল/১৯৯৬

## মরূপ অমা

ঐগী মরূপ বিশ্বনাথ য়াম্না কন্না ঙমদ্রে হায়বা পাউ তারে। বিশ্বনাথ নত্তে ; মালেম ঙস্বা মঙাং হায়দনা ওনখ্রবনি। কুইরে ওনখিবা। কোলেজ তম্বা লোইশিল্লকপগী অতুদা খবরদা হাপ্তুনা ওনখ্রবনি। পূম্নমক্কা মরূপ মালেম ঙস্বা, য়াম্বা মালেম, খুরা ঙস্বা ইপল মঙাং অমদি ইপু মালেম ঙস্বা মঙাং হায়দনা খঙনরকখ্রে। মতম অমদা মাগী মমিং বিশ্বনাথ কৌরম্মী হায়বসি নহানরাই তিন্নরকপা থবক্তগী পোথাবা কুইরবা ঐখোয় অনী-মরীদনা মখঙভে। মাগী মুপী ইবেম্মা নোংথাংলৈমা অতুমগনা মুন্না খঙখি। স্কুলদা লৈরিভৈদা বৃন্দা কৌরম্বদগী লুহোংলবা মতুংদা মরূপ মালেম ঙস্বনা কন্না হায়বদগী মখোয় অনী ওনমিন্নখিবনি। মমিং ওনবগী রারোল খবরদা থেংনবদা অহানবদা থাজরুদ্রে ; নুমিদাংরাইরম হান্নগুম উন্নবদা করিনো নঙনা তৌরিবসি হায়দনা চুম্না অস্তুম হংলুবদা মানা কয়া থীনা হায়রক্লে —

— নহোয়গী মীয়ানগী মমিংত্থারে ! নমথিরে ! ওরে ! নঙগী নমিং ঋতুপতি শর্ম্মা কাইনা ! ঋতুপতি— করি হায়রিনো ! অর্থ খঙজব্রো ? অর্থদি লায়রি খোন্তোকপু চুম্না হায়বা ঙমব্রো ? কৌবনা ঋতুপতি হায়বনা রিটুপতি ! হৌনবরো !

— করিনোনে বিশ্ব লরাইদগী হান্না হেক্তা— ?

— লাকদবনি ! লরাইদগী হেক্তা পায়থরগদবনি। নরায়বক্তগী চন্দোল অতু হেক উবদা থুক-থুক লাউই। নঙসি বামোন অমনি ; বামোনসি মীয়ান অমনিকো ! লাইগী মিংলেন শীজিন্নরগা ঐখোয়বু নেৎথবা কুইরেকো ! হৌম্নু নঙস্থ — !

মাগীদু ফাগীগী ওইনা ঙাংবা নত্রে হায়রবা মাগী মওংদগী খঙই। ঐনা ঙক্ন্না হায়ফম খঙদনা লৈরিঙৈদা মাগী শুপী ইচল অদু থোক্লকই ; বা অমরোমদা পুথোক্লগা কৌশিল্লকই ; ফয়বা হায়রে। ঐস্ন পঙশাউ শাউ-গন্দবা বামোন মচা নত্তে হায়রবসি বৃন্দা-নোংথাংলৈমনা বিশ্বনাথনা মাবু কোয়রিঙৈদা ঐনা পাউ পুথোক পুশিন তৌরিঙৈদা কয়ারক হল্লা থঙখিবনি। নুমীৎ অদু ঐ ফম্মক্তরে ; চৎলগে হায়বা ফাওবা তাক্লমদনা থোক্লকখি। চান্নরবা মরাপ্পি হায়দে মতা চাত্রবদি মায় থমকম খঙখিদে। নুংঙাইতবতনা ইকায়বদগী শরূক কয়া লুপ্পা হেনখি। নুমিদাং চাবা য়াখিদে তূম্বস্ন নোং-ঙাল্লমদাইদা ঙাইহাক্তমক য়াখি।

মথংগী অয়ুক্তুদা ঙস্তানা বৃন্দা হোবে-হোবে চেল্লকই। মমীৎতা ঈরা চেল্লতুনা ঙাকপিনবা, য়ারৌখিদনবা অতুগা খোয়থা-লিনখা থাবিদনবা হায়রে। নুংঙাইতবা পুম্নমক লোংশিল্লগা ইয়াং য়াংবা করিস্ন থল্লুদবা শাতুনা মাবু কাথরগা হংলুই—

— নত্তে মাবু হিদাক লাংথক শীজিন্নবস্ন নত্তে কদোমদগী করক্না নুংশিৎ অমা থেংনক্নরবনো লাই ককা— ?

— লাই ওক্নবা নত্তে ঐগ্যা, ধর্ম ওল্লবা লাইনীং হোংলবগী য়াফম্নি।

— হোয়নে ঐস্ন মাল্লিনে। লাই নীংবদি অমা হেক্তা য়াই, অপান্বা লাইনীং লন্বী অমা হেক্তা য়াই কনাস্ন করিস্ন হায়নগদবা নত্তে। অতুদা মানা ত্তৌরিবত্নদি— ।

— কায়রবনি ঐগ্যা। ঐনস্ন হায়রবনি, ঐখোয়না চৎনীংবা লম্বেল অমদা হেক্তা চৎসি অতৈগী পল্লুওমসি হায়দনা। তাবদি চুম্মী হায়বগী মওংদা তারগা তৌথোরকপা ঙাংথোরকপদদি মওং অমা ওইনা হেক্তা তৌরকই। চন্দোন খিনবা পামদবা ঐখোয়দা মখিনওমসি মীগী পামজনা খিনজবিবত্নবুদি তথি-তথিনা ঙাংবা কত্তে হায়রুবনি। মতুদা মহাক্না মাগী লাইনীং য়াদবা মীদি মাগী য়েক্নবনি য়েক্নবা অমদা চৎকদবা লীচং

চৎলক্ত্রিভৈদা ঐবু ইপামদা চৎলো হায়না ওক লাক্লুনা ইনবনি। ঐস্থু চৎলগে চপ য়ুংলুরবনি। ইতৈবুংঙোগা ইবেম্মগনা কম্না খাম্বদগী থন্না হুম্বদনা ঙসি ফাওবদি লৈমিন্নরি। হয়েংগী ন্নাদি থঙগ্রি।

— তাইবুংঙোম্ব ইতৈমাবেম্মস্থু অঙাংশিংস্থু কৈস্ত শিদবা মপুগী লাইনীং লম্বীরোমদা চৎলে হায়বদাইনে।

— শিদবা মপুবু নীংদবব্ৰু কনা লৈবগে। ঈশ্বর-লাইদি অমত্তনি; মমিংগা মশক্কা তোঙান তোঙাম্না উনবগী ন্নাদনি। স্থুঙ, উ, য়োং, চে, লৈবাক, লাংনরিবসিনি। ঐনা তুলসী খুরুমজবনি মহাক্না তাইরেন লুনা তৌজ-বগী ন্নাদনি। তুলসী য়ান্থংত্তুনা লুখাককোমদা থাদবিথরে ঐনা মুংশিদনা থেংচবা জগোই ন্নাসকী লাই অমা লৌথরগা মথোঙ হামজিন্নস্মে। অসিদবু শাউনীংলোইদবা — !

ব্লন্দা ফনা কুইনা ফমতুনা ন্নারী তৌরম্মী। য়ানীংবা য়ানীংদবগী ন্না পনবদগী মুংঙাইতবনা হেন্না তমলম্মী। ঙন্নাংগী লীচং অতুগীদমক শাউদনবা হান্নগুম লোয়নবিনবা হায়রম্মী; হঞ্জিন হঞ্জিন হায়রম্মী। থোকখিবদা ঐখোয়গী লাইশঙ মমাঙদা খুরুখুদক কুন্দুনা খুরুমলম্মী। মন্দির মচীন্দা থম্মিবা চরনামৃত থকচখি নির্মল্যগী লৈ মনা অমনীস্থু পায়খি। ফি মন্নুংদা পায়খিবা উহৌই।

নুমীৎ অতুদগী বিশ্বনাথ-মালেম ঙম্বগা থন্না-থন্না অস্থুম অস্থুম থাপতোক্লখি। থৎনরবা স্থুককৌমক কৌনত্রবা হায়বতুদি নত্তে; লম্বেলদা কৈথেনদা, লোয়শঙদা মরূপ-মপাঙগী থৌদোক-ন্নাথোক চৎপদা উন্নে কৌনৈ; ঙাইহাকস্থু পুকহং-পাউহংনৈ। অতুবু অতুঙৈগী পুখম অমত্তদা চাক চামিঙ্গরম্বগী মওং অতুদি স্থুকলৈমক লৈখিদরে। কুইনা লৈখিত্রবনি।

অঙাং ওইন্নিঙৈ নহা ওইরকপা অমদি লাইয়িক তম্বা লোইশিন্নকপা মজাং ফাওবদদি অয়ুকী, মুংখিল মুমিদাংগী মতমদা লোয়নতুনা লৈমিন্নরক-পনি। অঙাং ওইন্নিঙৈদা শনশেনবা য়াওমিন্নরকই; গৌড়লীলা য়াও-মিন্নরকই — মানা মহাপ্রভু শাখি ঐনা গধাধর। মপা খুন্নাইবুংঙোহ ঈশৈ

তোবনি গৌড়লীলা উত্থোল তম্বীবা লৈবাক্কী ওজানি। কৃষ্ণ অনীরকস্থু শাহনখি। কৃষ্ণগী জগোই শারিঙৈদা ময়াম্বা অহল তাইবুংঙো অহনজাউনা নমহৌবা ফোটো অহু মখোয়গী য়ুমজাওগী মাঙ্গোন্দা পরেং শানা থেংপনি। হৌজিক লৈরমখিগদ্রা খঙদ্রে। কুইরে মখোয়দা চৎলুদবা। সরকারগী থবক্তগী পোখাবা ফাওবা চহী কুন হেল্লক্লে। অসি ফাওবদা নোংমতা ফাওবা চঙলুদ্রবনি। ইচাশিং ইমৌশিং ইশুশিংনা তম্বদগী রারীদি খরা খরা অহুম মতাখি। হকথেংননা উখিবা থেংনখিবস্থু য়াওই।

কুইদ্রি চহী অমমুক্তা ঙাইরি এনা মাগা হকথেংননা রারী শাখিবা। মাগী মুপী বৃন্দা লৈদ্রে তাবদা হংবা চংলুই। য়াম্না হৈনীংদনা চংলুই। তাবদি কুইরগা মাগী মওং মতৌহু উবদি মুনীং অহুদদনি। মশম মনা ককলমদরে কোয়েং অমা ফৈনা য়েৎলগা শুমাঙ মতোন্দা মশেন মমাক খরগা হৌনা হৌনা রা ঙাংনহুনা লৈরম্মী। শোরাং শোনবগী মতাংদা য়েৎনরম্বনি। মশেন-মমাকশিংনা অহল অহুনা পামজবম্বা সংকীর্তননা নিমাই সন্যাস শক্লগা শোনগদবনি হায়। মানা পেনানা নাহৈরোলনচিংবা শক্তুনা শোনগনি হায়দনা শিখাঙ খাঙহুনা লৈ। এনা চঙখিবদা মায়কৈ অনীমক চপ-চপ য়ুংনা হাইগংনবা মতাং য়োরম্মে। রা অসি অয়ৌ-অয়ৌবী য়ৌনা হায়নরকখি। তাবদা য়াম্না নুংঙাইতবা রা খরস্থু পন্নরকপা য়াওনরকখি। মশেন য়াইমা অহুগদি অততাই ওইনা ওনশিন্নহুনা লাউনরকখি --

মালেম -- নহোয়গী মফম মরাং খঙদবা লাই অমুবহুদদি কংলোইনে!

মশেন -- অহু হায়মুনে ইবাই! ইবাইনা খঙদদনা মফম খঙদে হায়বনি ইচেদি, এখোয়স্থু এখোয় ময়াম লোইনমক্তি খঙইনে। ইচেনা পামজরম্বা ঈশ্বরদা কৎকদবনি। শোল্লবদি সংকীর্তননা শোনগদবনি পেনানা শোনগে হায়রবদি অা পাংথী কোমথীদা ইবাই ইথস্তা শোল্লুচো। শা ঙা য়ুম্থু য়েল্লু! শম ককপা ঈরুক্ত-মাইথবা এখোয়দি শা-ঙাগী লমচংতু হৈনদে।

মালেম— করি নঙনস্থু ঐগী লাইনীং লীচৎপু শা-ডাগী হায়বা বামোনগী অমাংবা চাবা খোঙজম থকপা মীনাই মচা নমা-নপা মশক খঙদবা ! নশাগী নবমগী লাই থাদোক্লগা লাই হূরানবা খবা লাৎলগা !

মশেন - হাই ইবাই লৱাইমচা ! নঙগী মশক মঙংস্থু নাইদবা মমা লৌবা লাই অদু নীংলগা শাগী লীচৎ শন্দোকপা লাক্লহুনা ঐখোয়দি মীনিনা ইকাযনে !

মালেম— হূবানবা মীগী নুপী ঙাংনবা লাইনু নীংবা উমঙ-ৱামঙদা পোকপা লমজা সাবা !

অনীহু খূৎ থোক্লগে তৌবকপগী অহুদা মমান্নবা অহল অমা ওইনা খামদোকলুই । হাযরুই

— পাথো মঙাং, অহল অমা ওইনা ইচলগী মথৌ-মঙমগী মতাং অসি লোইশিন্নবা তৌখিসি । লৈখিদ্রবা ইচল অহুগী নোংদোন্দা ঐখোয় খ্বাযবু য়েংহুনা লৈবমগদবা থৱায় অহুগী হান্না তৌবগা মতুংদা তবা থোক্লা ঙাংনবা য়াবি । নুমীং অমা অকরুবা লৈবনিনা য়ৈথোক-য়ৈশিন য়াবা নত্রি । ইচলগী থৱায অহুগী মমাঙদা মায থমফম লৈবক্লোইদৌবি । ইচলনা মৰূপপুদি য়াম্নমক লুনা খঞ্জৱম্বনি । পুম্নমকপু ইকায়খুম্নজরম্বী ইচলনি ।

বিশ্বনাথ-মঙাং হৈংথবকখি । ঐঙোন্দা ঙাইহাক মুন্না য়েংলম্মগা ইমুং-লোমদা চঙখি । মপানগী মশেনশিং অহু ঙাইহাক ফাধৱম্মগা ইমুংদা চঙলুই । মা মশাগী কাদা মৰূ লুকথহুনা ফম লৈৱম্মী । চঙখিবদা শাগৎলম্বা খরগী-মখৈ ফাধৱবা মবক্তা ঐঙোন্দা ফম্নবা হায়ৱম্মগা চুরুপ থাংদোরকই । ঙাইহাক লৈৱগা তপ্না হায়রুবনি

— মীগী মমাঙদা লাউনৱগা করি ফজবগে কল্লক মমাঙ চাং তানবনি । মথৌ-মঙম, দেৱ-কর্ম হায়বসিমক্তবু চৎনবী অমগী ৱানি । লাইনীং লম্বী,

লাই ধর্ম অমখক্তা লৈবা নত্তে য়ামথ্রবা পোংননি। ঐ-ঐনা পামজবা হৈনজবা অমা লৌনবা ঈরাংনবা চংনবগী রানি। মী-মীগী পামজবা থাজজবা লৈনরি। মশা-মশাগী থাজবদা লান্নবা ঙাক্তনি। অতোপ্পগী তিং শোকপা তৌবা ঙাংবা চংপদি ধর্ম অমত্তনসু য়াদে। লুদা-তোংদা মাথাদা চঙথ্রবা থাজবদি খংওন ওনহনবা য়ারোই। মানা মানা পাম্বা লম্বেন্দা চংনসনু কৈদোগে।

— ঐনা পাম্বদি ইপা-ইপুগী পেনানা শোনবনি।

— ফৈ কৈদোগে। শোনসি। মীগী সংকীর্তন-নিমাই সন্যাসপুদি হুন্দুনা ঙাংগুমসি হায়বদনি। লাই ওইথ্রবা থরায়দদি পুম্নমক চপ মান্নরনি! পুকচেল তিংলগদা লোইরে। ইচল নোংথাংলৈমগীদমক্তা মপু মঙোন্দা কংপনি। মসিদা ইচল অতৃনা পামজরম্বা লৈরগদি খজিক্তং ইকায়খুম্নবদা চিংননিঙাই কৈসু লৈতে।

ঐনা হায়রিবতু করিনো হায়বা মা খঙই। মমিং ওনথ্রবসু চন্দোল থিনখিদ্রবসু তুলসীবোং রাই তৈখিদ্রবসু অকরবা অখন্নবা নুমীৎ নুমীৎ তাবদা বৃন্দা ঐখোয়গী লাইশঙদা সিধা হেক হেক থিল্লকখি। ঐগী মান্দপ্তা তৌবা কাং, ঝুলোন, অমদি ধর্ম কর্মগী সংকীর্তনশিংদা বার্তোন তৌবা-তৌদবা, তোয়না লাকখি। ইশুনুপাগী লুগুম থাংবগী যজ্ঞদা নিমাই সন্যাস শকপতুদা মানা পেঙ্গনা কপচখিবতুদি ঙসি ফাওবা রারীনরি। ঐগী মরূপ বিশ্বনাথনদি য়াম্না শাউই হায়বা তাখি। ফুন চৈনবগী রাফম ফাওবা তাখি। বৃন্দা-নোংথাং লৈমগী শোরাংতু অহুম থোক্না শোনখি — পেনানা অমা, মপামলোমদা সংকীর্তননা অমা অতোপ্পা অমনা লৈকাইদা মানা হৌদোকচরম্বা 'দেব-কর্ম মরূপ'না নবদ্বীপতা।

কন্না ঙমদ্রবনিনা লুনা তিন্নরকপা মরূপ্পি হংলুকমদি থোকই খন্দুনা ফি শেংলিঙৈদা নুপামচা মশু পাখং অমা চঙলকপা উই। মাগুব অতু খোঙুপ্নে করিনে শম্মগা লাকপদা খজিক নুংঙাইরুদে। করিগুম্বা খরদি হায়সিরা খল্লুই। মপু, মরূপ মঙাংগী রা নীংশিংলকপদগী ফাধরে। চুরিদা লেপ্পগা পাউ পীরৈ —

--- ইপু ঐখোয়' পুপুনা ঙাইহাক্তা লাকপিয়ু হায়হৌবনি। ঙসাই অয়ুক হায়রকপনি ঐদি সনদে সার্ভিস চৎলুরে ; খরা থেঙদোকখরে।

--- অ ঐস্মু চৎকে তৌরম্মীবনি। কয়া কন্না ঙমদবগে নঙ' পুপুবো ?

— কল্লি। শিরবা য়াই।

— এ !

য়াম্না লাইনা হায়রম্মী। চৎখি। রা অতৈ হুংবা নংহৌদে। মাঙপ শমখিদরে। কোইরগা থোকখি। লাইশঙলোমদা পৈতুনা খজিক য়েং-শিল্লমগুম তৌখি। হৈননা য়েংলম্বা মান্দে। মিংশেল য়েংদুনা চন্দোল মুথংলি। অম্বনা লাইবক্তা ওয়গী খুবীনা নমসিরা হায়দনা তকপা হৌরুই। নম্বমক্তি নমদরে। খুং হামদোক্লগা থোক্লকই।

চঙখিবদা মাঙ্গান্দা মী খরা লৈরম্মী। শঙ্গোয়দা মচানুপা অতোম্বতুগা য়াইমতুগা রা কল্লপ কল্লপ ঙাংনদুনা লৈরম্মী। অতোম্বতু ইঞ্জিনিয়ারনি। চীং নিঙোল অমা লৌদুনা চীংগী লম অমদা লৈখিবা কুইরবনি। খৃষ্টাননি। য়াইমতু চঙশিল্লকুনা ওক্লরগা হায়রৈ –

--- পাবুঙ, লেঙশিনবিয়ু। বাবানা শোন্দুনতা লৈরবনি।

— বাবাবু কয়া কন্না ঙমদবনো, ঐদি –।

-- পাবুঙ, তৌরিবসিনি, থৌরাং পুন্নমক লোইরে। উন্নবিয়ু।

--- এ ! ঐদি ওন্তোকইদা ! রারী রাতাই শাবা – ?

— অতুগীদি করিস্মু তৌদে হান্ন হান্নগীগুম শাবা য়াই। লৌশিং ফজনা তারি।

চঙলুই। থোঙজীন ময়াদা পেনা শকপা ওজা নহা অনী ফমহৌই। ঐবু খঙবা অমনা মুন্না য়েংহৌই। পুং মরূগী মখোল খজিক তারকই। চঙনা চঙনা লৈথোক্লুনা খজিক য়েংলুই। স্নুমাঙগী মখারোম থংবা মতাইরোমদা গমলাদা থাবা তুলসী মচা অমা খিলহৌই ; মতুগী মনাক্তা লৈকাইগী পুং য়ৈবা চৈশৈ শকপা অহুম মরী ফমহৌই। ঐনা তত্তনা উখিবা মীওই ঙাক্তনি।

য়ামফক তাতুনা লৈরিবা মরূপ মঙাংনা ঐগী খোল তাবদা মমীং তপ্না পাঙথোরকই। কংশিল্লবা তাইফেং তাইরবা মচীনবান্দা মোমোন খজিক তৌরকপগুম তৌই। চঙশিন্দুনা মনাক্তা ফমলুই। সংব্রে অমদি লাংথ্রেগী মনম্না মফম অত্ত ঈংনা মনম হুংশিনা লৈ। লাপ্পম্নদগী লাকপা খোইজু লাইখামগী মনমস্থ ফাওরক্লি। মরূপ্না ঐগী খুৎ তপ্না পায়রকই। করিগুম্বা খরা হায়নীংবা মাল্লি। হংলুই –

-- বিশ্ব, করি হায়নীংই হায়য়ু--।

মচীনবান মনাক্তা নাকোং লুকথৈ। লুকথরক্তনবা মখূৎনা ইংগিং তৌরম্মগা তপ্না হায়রকখি --

— ঐগ্যা নঙ ঈরুজদ্রিবরো ?

— লুরেনা।

— করিগীনো চন্দোল থিল্লকত্রিবদি ?

থিনবনি হুমাং তৈথোকপদা মুংগ্রমাল্লে হায়দনা অওইবা খরা ওইদবা খরা ঙাংদুনা খুম্মুই। অওই-ওইদা খরত্থ মাস্থ খঙখিবগুম তৌই। তপ্না হায়রুই—

--- মরূপ হৌজিক অসিদদি মপু মাগী মমিং শোল্লু। অরা-নুংঙাই ঐগী মীগী রাখল পুম্নমক থাদোক্লো। নুংঙাইনা চৎখিনবা রাখল তৌরো শোল্লু—

— ঐগ্যা — !

— হায়য়ু ; করি হায়নিংই ? করি তৌহননীংই ? হায়য়ু।

— নঙদি ফাবদাই, ফারমখিনি।

— করিবো ?

— নিমাই সন্যাসকী ঈশৈদো। মতেক অমত্তা ঙংঙু।

য়াম্না শুক্লা, অহানবরক্তদা কম্মাংদা ফম্মিবা মখোয় খরতুদা য়েংলুই মতুংদা মরূপকী মমায়দা ; মমীংতি উইশিল্লগ্নে মচীনবানদদি মোমোন তৌরম্মি। পেঞ্জনা তৌবা মোমোন মাল্লি। শক্লগে লেপ্পত্না অকোয়বগী খরতুদা অমুক্কা কোয়না য়েংলুরগা খোৎদেম্মুই। ঐগী খুৎতা পায়রিবা মখুৎ অতু কোমগোম তৌরম্মগা হীকথতুনা খংতা তাখি। মরূপকী চীনবান্দা মোমোন লৈরমদরে। মায়থোঙদা অশাউবস্থু য়াওরমদরে।

ইম্ফাল/১৯৯৭

# দশা লমজেল

ইন্দক-মরকসি থবাতোন মশাসি নিংকোক নিংকোক তৌরকপা ফনা কুইরে। মাগী চহী নীফূগী লাংফম্মনি খঙদে মপুরোইবা তোলমুগী দশাননি খঙদে অনীসি নাড়ী অমা ইতিন তিন্নদবদোবনা তৌই। নুপীনা ঙাংই নুপানা ইরৌ লৌদে নুপানা ঙাংবনা নুপীনা ইতা তাদে! ইস্স-ইস্স স্সুগৎনৈ। ঙাচেৎ-থুমচেংকী ব্রাহৌ অমদগী পঙলাউ লাউনবা তোয়শিল্লক্লে। হুম্নি মরীনিকা ঙাংন-শংক্লদে। চামিন থকমিন্নদবদি নত্তে। মাগী মাগী মথৌস্স অতুম মতৌনৈ। অসিমগীনি হায়বা অকক্লবা মরম মফম খঙদে খোয়দোদা ইরংদ লংখৎনতুনা লৈ।

য়ুম তোঙান্না মচা অতোম্বগীদা লৈজরবস্সু তোলমুগী মমা অহল অতুদি পূন্নমক খঙই। মচাগা মমোগা ঈশিংগা থাউগা লৈমিন্নবদোনা তৌরকপসি কুইশিল্লক্লবতুদদি লৈবা য়ারক্ত্রতুনা মমোদা কুথী অনীতু লৌথোকউ দশা য়েংলুগে হায়রুই। থবাতোননা হায়রকপনি --

— করি তৌরগে অবোক, কৈস্স তৌদেনা!

— তৌই তৌই। লৌদ লৌথোরকউ, য়ুম্বানববু অতুমায়না পানবা হৌনদে। পরুখ্রবা নখোয় অনীনি। দশা পাঙলম্মরোই কদাই।

থবাতোন পুথোক্লুনা অয়েংমন ওইনবা শেলগা পীরুই। থাদি থাজদে। মহৈ-মশিং অা য়ৌনা হৈবা নত্রবস্সু বিজ্ঞানগী নাক-য়েংতা চাউরকপনিনা ফজনা থাজবা হায়বতুদি তৌনে। অতুবু অহল অমনা থাজনা তৌরিবনিনা ফ্রং হেক কল্লুদ্রি। মনেম অতুনা চৎখ্রবা মতুংদা খের কৎলু, লাইরিক তাও, শনি খুরুমথোকউ হায়রক্লদবতু খল্লুরগা শেন খরদি চংখিবা তারে হায়বগী লাইখাই অমদা লৈহৌই।

মুমীংসিদা থবাতোনগী মমান্নবা খরা মরূপকী পৈশা থিনবা মথং মথং লাকই। শেল কন্না থিরিডৈছ্দা বিনারানীনা হংখিবনি — কমদৌরি থবা ? নঙদি মুংঙাইরমাল্লেনে ? নচা অহনহুদি মশরু-মশক ফজরিবা করি ক্লাসনো তম্মিবো .. ?

থবাতোন অমুক চেন্নরুরবা শেলশীং অহু ভং তাবা ঙম্নবা থিনা থিনা নোকফেং নোকফেং তৌহুনা মঙক অমুমুক নোমহুনা লৈ। তাবদি নত্তে। অরোইবদা খুম্মকই ..

-- চুম্মে চুম্মে। করি হায়বা করি করিনো নঙনা হংখিবো ?

— অ কৈনো ..। হাই থবা নহোয় তাইবুংঙোসি হিদাক লাংথক খরা ফরবো ; ফরমাল্লে কুচু কুমেনহু য়েংবা য়ারে।

— কনানা খঙবনোদা ! মৈতৈ মুপানবু থকপা হৌগ্রগবু তোকই হায়ব্রো ! নহোয়গীদি ফরব্রা ?

— ফরে। মপান্দা কয়া তৌদ্রে য়ুমদা খিল্লগা হোংনরে।

সখীতোম্বী লাকলম্মে। পৈশা লৌথোক্কুনা পায়রগা মনেমগী রারী ঙম্বমখৈ লীরম্মী। চংখিরমদাইদা নখোয়গী উচী হিদাকসিবু কয়া য়াম্না হাপ্লদি মী পায়বা য়াদগে ? হংলম্মী।

— মী কয়ানো ?

— অহুম।

-- অস ! অনীদি কনা কনা ?

— ইচনুপী অতোম্বীহুগা মবুঙহুগা।

— মবুঙ হায়দি নহোয়গী হরেদো ?

— মাবুদি করিগী ! মাদি ফরিনা। মমীং-মনা খরা চোইরম্বহুদি কাচিন্দা মকোই ফুম্বদগী ফখ্রে। নহোয়গীদি কমদৌরি ?

— কমদৌনি হামু-হামু। থকপা চাবা মতম নাইরি লেপ্পুনা খংনরি।

— মমীৎ মনা চোইদবা মাগস্থ্ খৎনবা য়াত্রনে ?

— বুদ্ধি চোইরবদি — ?

— হেরা ওস্থোক ওস্থোকপা ! অতুক ফবা নরাতুবু।

— ই-হে !

ইকোন কোন্না লাকপা মনিশংতুদি তহা-তহা লাক্লগা হোবে-হোবে চেনচৎ চৎখিগদবা মাল্লম্মগা থোঙ্গান ময়াদা ফনা কুইনা লেপ্পুনা ঙাংলম্মী। পাক্লা চৎখিদে। থবাতোনস্থ্ ফাবগুম তৌবনি। খৎনৈ খোয়দৌ লংখৎনৈ হায়রুবদা মনিশংনা ভাব তারবদৌনা মমীৎ কুপ্লপ মঙক নোম্মগা হুংলকখিবনি—

— এ, ঙাইখো রা হংগে চুম্না খল্লগা থুম্মু নীংশিং-নীংশিংলগা খুমগদবা, ভাব তারবা ?

— হোয় হংঙোনে—

— হেক হঞ্জিল্লকপগা পংশাউদা শাউরিনি।

— মরম থোইনা খঙদে।

— চুম্মে। নঙবু হেক উবদগী হৈনদবা হৌরিনি ?

— হৌরে। ঙাংফাত্তে শৌ-শৌ লাউবনা হাল্লি।

— চুম্মী। মফি লুনা শেৎলগা হেক্তা থোকখিবরা ?

— অনীরক্তা মশেৎনরুই শু হেক্তা হায়।

— ননাক্তগা ইচঙ চঙঙক্লরিরোই ?

— সুকচঙ। চাক চাবা মতম মান্নদ্রে লোইরে।

— শোয়দ্রে।

— শোয়দ্রে ?

— নঙ অহল পদবী ফংবা শোইদ্রে ! কান্নরোই থবা লাই থুক্লম্মু অজা-বুজা লাইরেকম্মু। নঙদনি মাঙজদৌরিবা।

থবাতোন নোক্তুনদি লৈহৌই। মবুক্লিংদদি থুক লাউবা অমা ফাওখি। চাক থাগৎ থাগৎনা মপুরোইবগী লীচৎ মথং মথং নীংশিংলুই। নীংশিংবদগী চিংনবনা লাকহংলকখি। মনেম অত্থু তহা-তহা হল্লকই। থোঙজিন্দগী ঙাংহুনা চঙলকই ; চাখুম্মাঙদা ঙেক ফম্মগা হায়রে—

— কান্নদে ইবেম্মা, ঙসি হুমীৎ ফৈ, ঙসিমক, হোরেল অসি সন্ধ্যার্তী নংনবা চৎলো কৎল্লরো ; ঐ পোং লৈরুগে — লৈনুংদগী থোকপা পোংলম মঙা, নোংথক্কী উঠংই মঙা ; লৈ মখল মঙা সনা তাঙ্গা লুপা তাঙ্গ — ।

— করিগীনো কৈদৌরবগে ?

— কর্ম যুগ তাই, কন্যা রাশি, লুহোংকাল লৈবগুম তৌরে—ইমাই মাঙঙে মাঙঙে ! নায়কৈ ফাওবা থাররে ! মীওই মীতৌ ফাওবা ফাওরকপা জাংনি— কুচু মুরং তৌবী, শগোল মায়দা ঙারোই শাবান, জাৎ ভিন্নদবনিস্যু হায়রি হায়বনি নুপীমচা নঙবো !

— পাঞ্জিনবু অত্থু য়োনা ফাওবা ঙম্রনে অবোক ! কান্নদবদা — !

— ইয়া মসিদি ! মাইবীনকা য়োবা নত্তে ঐগ্যা মাখোপকী পাঞ্জি লাইফাও ! চুমথ্রপোংনি। ইমুং মহী লাঙজনি। নমা নচা নহোয় অরেম্বদা মহাম তাজনি। চাক-কা চারুখিনু পোংলমশিংসি কংলুখো। ঐ মথং মথং লৈরকখিগে, কদায় শেল পীরকউ।

শেল পুখোক্তুনা পী ; খরা হেন্না পীখি ; মনেম্মা চানীংবা ঙা অমা লৈরক্লবনি। ঙসিদি মনেমগা ঙা অহাওবা অমা চামিন্নগে লেপ্পনি। খংনুং নুংশিরকপগুম তৌরকই। মরক অসিদা লৈজবী থাবী চিংনবা অমস্থু পুঙজাও থীনবগুম চোংলিবা নিংদোন্দা চুমদ্রিং ফাওরক্লি। হোৎন হোৎননা ফাধবা ঙমদ্রি।

থানিল তম্মকপা থাবল মরক্তনি থবাতোননা হৈকং-লৈকৎ স্থুরবা পোলাং মচা অমা পায়রগা তহা-তহা খোরক্লিবা। লৈরক মচিনগী হেক লৈখোরকপগী অত্থুদা কেনাং নাম্মা মরী পং তংলকই। খোঙ্গাল মরী মঙা

শীৎপোই য়েপ্পোই চপ্পোই চৎলক্লগা মনিশংখোইদা চঙলকই। মরূপ মনিশংতুনা চেম্ভোরকই। ঙক্লুরে। হংফাব্রিঙৈদা থবানা তহা-তহা হায়রকপনি—

— মনিশং নঙগী সেন্দল অমত্তা পুথোরকউ ঐগীসি তংথোকখরে, সে থনমগে।

— হাই ঐগীদি অহুম-মরী থোক্লা ফোৎলে, তরানা ফাবনি। কদাইদনো?

— গোবিন্দ য়োগে। খোঙ অসি নামন্দুনা তৌবনি। ফরে হেক্তা চৎলগে।

— অসি, ঙাইগো ঐখোয় ইনাওনুপীগী লৌরক্কে নৈরমখো!

চঙখি। থোক্লকই। হায়রি—

— সে। অতুগনে মাগীসে নহান্দা চাকৌবা অমা চৎনবা লৈরকপনি ঙরাং অমুক্তমক তোংনক্লরি। খরা চেকশিন্না তৌ। ঐগী নত্তবনিনা, ইনাওসিগী মপোৎ মরীক্কা হায়ঙম তৌঙমদবা অমগস্সু লৈবতুদা হায়বনি।

— অতুগা তোক্লগে। স্নুম চৎলগে।

— হায় অঙাওবী! নখোঙতু নুং মরক্তা··· সোমগী লম্বেন্দু নুঙ অনৌবা থাবগুম তৌবনি। তোংখো। লাইশঙগী থোঙ্গান্দা খোঙচ্রূপ য়াম্না মাঙগনবনি। খরা চেকশিল্লু হায়বগী ব্রাদনি।

থাবল অতুদা উবনি, ফেনাংওই খোঙচ্রূপওই তৌবা অনৌবা মওংনি। অহনবনি। মচুস্সু লংই। তোংবস্সু য়াম্না নুংঙাই। চপ চায়। মাগী তমত্তুনা লৈরকপদৌনা তৌই। চৎপদা মঙম য়াম্না শানবস্সু মাল্লে।

অফবা নুমীৎ ওইবগা মতম্নগা য়াম্নগা নুংঙাইবা ওইবগা মী য়াম্না তিল্লম্মী। থোঙ্গান্দা খোঙচ্রূপ ময়াম অমা থম্নরম্মী। থবাতোনস্সু থমগে চঙলকই। হেক চঙলকপদা খংনীং নীংশিংলকই— 'লাইশঙগী থোঙ্গান্দা খোঙচ্রূপ য়াম্না মাঙগনবনি···'; অমুক্তস্সু নীংশিংলকই— 'ইনাওগী মপোৎ মরীক্কা··· ।' মতাই ওইরপা মখোঙদগী চক্তোকলুরগা চঙলগে তৌরকপগী অতুদা হ! ময়াম অসিদা য়েংশিন্নথ্রবদি হায়বা অমা খল্লক-পদগী অমুক তোংশিল্লগা অনকপা নাক-য়েৎতা হাইরপ য়েংই। লাপ্পনস্সু

পরেং খরা থম্নবা উই। মদোমগী পরেং অমরোমদা চঙশিল্লগা অমুক হুক্তোক্কে তৌরুই। হ! অমম্বা মরক্তা নাম-নামা কোক ওন্নখ্রবদি হায়না চিংনরক্নপদগী খরা হন্দোক্লগা তোঙান্না মাগীতুদমক থম্মগে খল্লে। খরা হন্দোক্লগা থম্মগে খল্লকপগী অতুদা খল্লকই হং! হুইনা —! থাবলগী অঙানবা মরক অতুদা নাক য়েংতা লাপ্লপ লাপ্লপ্পা ফাওবা য়েংথোকলুই। নক্লপ্পা মন খরা পুল্লপ কুনবা উই। মমৈ থুংহাইতু হুই মানবা য়াওদে। অতুমকপু নকলপ চঙশিল্লগা য়েংলুই। হুই য়াওরমদ্রে। হঞ্জিল্লক্কুনা হুকতোকই। চঙলগে লৈথোকপগী অতুদা হ! ময়ামগী অপুনবা মরক অসিদগী লাপ্পা তোঙাননা লৈবসি লৌবা লায়গদবা মাল্লি হায়না খল্লকই। শোরোক মপান্দা ফম্মিবা পোংফম ফম্বীতুদা শিন্নরম্বনা ফগদবা মানবদগী চঙশিল্লুই। খল্লকুম তৌই— 'হ! খঙনবম্ভু নত্তবদা মানতুম থোক লোংশিনখ্রবদি য়া-য়া তৌনবা চারকপা য়াই। ইকাইজে।' অমুক হন্দোরক্লে পুশিনবদি? হেরা হৈ-ও লৈ-ও পোংশেং ওইনা পায়রিবসিগা করম্না পুমিন্নগনি হায়বগে! পুকনোংতা রুপুবদি? হ! মওং চারোই! অতুদি কমদোবা? নিংকোক নিংকোক কোইরক কোইরক য়েংলিডৈদা নক্লপ্পা নাকল অমদগী অহল ওইরপ্পা অমনা হায়রকই— কৈনো ইবেম্মগীম্ভু খোঙঙুপ মাঙখ্রবরো? থবাতোন খংপ্রেক খংলুরে।

— মাঙদ্রি।

— করি, মাঙদ্রি?

— হোয়।

অহল অতু খজিক নোকখি। থবাদি উহৌদে। খোঙঙুপ তোংশিল্লগা চংখিবা উই; খলহৌরুই— মশাগী ওইরম্বা য়াই।

ফনা কুইনা খঞ্জানক্লরবা মতুংদা চেকপল ময়াগী পিক্তকপা হাবুঙ মচা অমগী মনাক্তা লোংপোই ঙাবোই হুক্তোক্লম্মগা থবা চংলক্লে। খরা চংলক্লগ মদোমদা নুপী খরা চঙখিবা থেংনবদা লৈতুনা য়েংলুই। খোঙঙুপ

তোংলক্তবরা করিনো মরী-মরী অতুম চৎখিবা উই। খোঙ্গাল হেক লান-শিনবদা খন্দোরকই— হোয়দহৈ লাই লৈরিবু, করিগীস্ু পঙমাঙ মাঙঙ্গদে !

মন্দির ময়াদা বামোন অহল অমনা পোৎ পুশিন্দুনা অপাননা কৎপা য়াদে শেল ওইনা কৎকদবনি হায়রকপদগী থবা চপ লেপ্লি —। নীংবা কায়বা উবদা অহল অতুনা মীওই অমগী মকম তাক্লগা মঙোন্দা মী অতৈ খঙহন্দনা পীরুরগা কৎহনবিনবা হায়জরু হায়না তাকলই। মতুগী দখিনা চাউরপ্পা অমস্তু চঙগনি অতু ওইরবদি খুদক্তা কৎপিয় য়াগনি হায়বা অমস্তু তাকপিরকই। পঙলাপ লাপ্পা নত্তবনিনা চৎলকই। চৎনা চৎনা খল্লকই— খোঙঙ্প অতুবু কৈস্তু তৌরম্মোইকো !

কৎনবা হৈ-লৈ শেন্নতুনা শীল্লিবা অহল অতু লৈবমদে। অহল ওইরবী মালী মকোককুম্বশিং অমা থেংনৈ। মানা লৌশিং অমা তাল্লকই —

— ইবেম্মা সুমদৌবা অমা য়াই। নঙগী কৎহন্নীংবা পোৎ পূম্নমকসি পীরম্মবা, মমল ওইনা পৈশা থরা লৌরবা। পৈশা অতুনা নঙনো চঙতুনা কৎচরুরবা। নঙগী হৈ-লৈ ময়ামসিনা হোরেল-হয়েং ঐখোয়না কৎপিয় হায়দনা লানশিল্লবা। অতুদি অমহা ওইরেদনা ; মতমস্তু মাঙনদরবা। নত্রগনা মন্দির অতৈদা — !

থবাতোন ঙাইহাক খল্লি। খঙনীং অমুক নীংশিংলকই— খোঙঙ্পা অতুবু ! হংলুই লৈ শেন্নবী অতুদা —

— য়োম্মোক্লম্বগী ব্রানিনে ইমানা তাকপিরিবসে ?

— হাই অঙাওবী ! য়োনবা নত্তেনে নবুংঙোগী মরলবু নঙ-ঐনা য়োনবা লৈবা য়াবরা ! নঙনা কৎচগদবা পোৎলম ময়াম অসিগী মহুৎ শিনবা শেল কৎলুরো পোৎ অসিনা অয়াবা মীনা পীশিল্লসনু হায়বনিনে। মসিদবু চিংনফম করি লৈবগে। কৎকনি হায়দনা লাক্লগা খালীদা হনখিবা চুমবরো ! হা ?

— অতুদি চুম্মি ইমা অদ··· খোঙঙ্পত্তো··· কৈনোদো

— কৈদোবা ?

— হ ! শেল ওইনা কংপস্থু ঐগী পোৎলম ময়ামসিগীনি হায়বা খঙবিগদরা হায়বা ?

— ই-- য়া ! নহা নঙদি ভাওরেদনা ! ঐগী ইবুংঙোগী মফমদবু করি লোৎপা করিনা ফোংবা, পূম্নমক হোদ্রোং উবি-খঙনরিবা মহাকনিনে। সে-সে ইমা শেল পুথোরক্কে।

মোলি-মোলি চঙগ্রগা য়েন্দাই অচৌবা অমগা লুপা অনী চপ্পী হন্তক তৌবা অমগা পুথোরকই। শেন্দু য়ামফাওবগী রাফম খজিক পল্লুবদা ইমা অহুনা হায়রকপনি—

— ই-হে ! নখোয় নহারোল অসিদি মহামূর্খ হায়বত্থু হেক য়ৌইদা ! ইবুংঙোদবু মফ্নিনবা লৈবা হৌনবরো। নবুকচেন্দা শেপকনু। চেঙ মুৎ অমগা চেঙকোক লখা-লখাগা পান্নবা য়াবা নত্তে। নঙগী হৌজিকী নামৎ শাংতনবা কংলুরো, হয়েং অয়ুক রালহৌবা নংনবা ঐখোয়না কংশিল্লুবনি। হয়েংত্থু শংলগনা ভাইহাক চথোরকউ নবুংঙোগী প্রসাদী ফংজরব্রাও। হৌজিক্লা লাইনুংদা ঐগ্যা নোরতোন হাব্রবা অমা লৈরমগনি লৈথিবী অহল তথোংকা মীনি হায়য়ু বালবুক ভারীদা পীরক্কনি। আ ইবুংঙোগী চোরোম্নগী লৌথোরক্কদবা বালবুক্কি অচম্বা অরায়বা নত্তে। সে কংচহৌরুরো লাইথোঙ লোনগে হায়রনি চো-চো চিংনরুনু। হয়েং লাকপদদি ঐগীসি তান্না হেক্তা চঙলকউ নখোঙ খোঙঙ্প্ত অতুম তোংলকউ য়াই। নখোঙ খোঙঙুপ্তি কদায় থন্নমী ? ফেনাৎ য়াম্না ওন্নগনবনিহৈ অতো !

— ফনি ঐ হয়েং লাকচরগে।

পোৎ থনম্মগা পৈশা লৌরগা তহা-তহা লাক্লে। খোঙঙুপতুবু ! চঙতুনা তহা-তহা কংলুই। ঐগ্যা নোরতোননা কয়া লুনা তৌরে। বালবুককা নির্মল্যগা কন্না য়াম্না পুথোরক্লে ! নাক-য়েৎতা লেপ্লিবা ময়াম্না

কল্লক্লা য়েংনহৌই। ঐগ্যা অতুনা পোৎ পীরম্মগা চঙখিবদা মখোঙ অহু উরকখি ; থল্লকই— খোঙঙ্.প।

পোৎ পায়রগা থবাতোন থোক্লকই। থোঙ্গান য়ৌরমদাইদা মানা পুরকখিবা পোলাং মচাহু নীংশিংলক্লনা লৈ থিবা অহল অতুগী মনাক্তা চৎলুরে। থোক্লকপদা থল্লকই— ঈশ্বর ইবুংঙো ঐগী খোঙঙ.প অতুদদি মাঙহনবিরমদবা! চেনচৎ চৎলকপনি। ফেনাৎ থম্লম্বা মকম অদোমদা চুমদ্রিং চেনশিল্লকপনি। খোঙঙ.প অতু হান্নগুম লংক্রিক লংনা লৈরম্বা থেংনৈ। নাম্মদি মফম খরা ওন্নরমগুম তৌই। হেক তোংশিনবগা মমীং উইশিল্লগা মোমোন তৌই শ্বর অংংবা অশাংবা অমা হোনথরুই। মশা থঙবদি নত্তে!

হরাও হরাওনা মবুক্লিং মকা লাম্না চঙখিবদা মনেম অতু দাবীদা মখোঙ য়াম্থনুনা ফম লৈরম্মী। চঙশিল্লগা হৈ-লৈ পীরুই। মথুৎনা লৈবাক হাম্না শোক্লগা ঈশ্বরগী মফমদগী ফংজবা পোংলমশিংডু য়ানা য়ানা মমৌদা পাউ পীরকই— কমদোসিগে! তোলমুহু কনানো নুপী অমা পুরগা চৎগ্রে হায়না তৌরিনে!

"হা! করিগী?"— থবাতোননা চুপীদা ঙেক ফমথরগা হায়রকখিবনি

ইম্ফাল/১৯৯৭

## কয়া চাউদবা থোদোক অমা

নিঙোল চাক্কোবা নুমীৎকী মমাঙগী নুমীত্তা ঙাগী চাউরবা মেলা অমা তৌই। নিঙোল পোকপা পোকপীশিংনা চীক্ক-চায়নবা ঙমদে। হিয়াং কুম্মৈ মূৎখিঙৈদগী ঙাগী মেলাদা তুম্বাগী শেন্দোন থৌনরে। য়াম্মী। ঙাগীদি মমিংতনি মীগী মেলা ওইখনা শরূক খরদগী য়াম্না হেল্লি। ঙা অমগা (ঙাকুপ অমদি ঙা মচা য়াওদনা) মী চাতরূক-চাত্তরূককুম্বগা পারম্বা য়াই। লৈবা য়োনবা মীশিংদগী য়েংবগীনা য়াম্না হেল্লম্বা য়াই। মংলেম কোইবীদি অয়েংবগী মশীংনা চনবনিনা মশীং অশেংবা খঙদ্রবা ফাওবদা য়াংখৈ, চাম্মা, চামঙা, লীশীংমুক্তি খঙলম্বা য়াই। মাদি মতাই ওইরপ্না লেপ্লি-লেপ্লি ফল্লি-ফল্লি তৌদুনা য়েংলি। মীম্বাম মরক্তগী থোরূক থোক্লক্লগা চংনখিবা নথং মথং উরি; উবত্তা নত্তনা শান্নখিবা রারী মুন্না তাহৌবস্তু য়াওই।

নুপা অনী থোরূকই।

--- এরগীদি মশা খরা নাবদোনা তৌরে।

-- এরগীদি তান চারে তাদা, ফ্রং ফ্রং চোংবা য়াওরি।

--- শেমথ্রগা অমহা ওইরদৌসিবু। মশা শোকপা পীজরগা অঙাংশিং হামথবা য়াওদনা খরা চংগ্রদি ফরমি!

— হোয়নে তাদা মমা মমাদি চাসনু ইচল্লি ইচানি। মচা মচাশিং অসিদি নুংশিদবনা খারে। তিংকম-লাইকম য়াওরদনা ..

নুপা অমগা নুপী অমগা থোকমিন্নরকই—

নুপী -- হাকুম্না য়াম্না হেল্লিদা কুমসীদি ঙাবু য়াওদে।

নুপা— সরকারগী ফার্মগীদু উরকইদনা ?

নুপী— অদুবু করি যন্ত্র-মন্ত্র পীজবননো অতুক ময়াং কংডিদুবু। ঙাত্রগা মপীনি হায়দনা তৌরিবদু ঐদি তাংলে মহা ওইরবোই নীংঙ্রে।

নুপা— তুমিন লৈয়ু দারুগা লেপ্লিবসি উদ্রা ! ঙাগী ফার্মদা থবক তৌবা মখৈদি নোয়থপোংনি কৈরুংবা তোম্বুং ফাওবা চি থুংলম্বদুনা ঙাথোকশঙ পান্নবা ওইরুবদগী ওকপীমুক নোয়রিদু উদ্রো।

নুপী— তোম্বুংনা ওকগী ওইরগা কৈদোংদা রিবা ?

নুপা— হ ! অনোইবা অমদি য়াওরি ; সরকারগী শেল মাঙদে হায়বনিদা।

নুপী— মতুগী পাউদি অা নিঙোল মরা লাঞ্জাবশিংদা পীরুরো…

নুপা অমগা নুপী অমগনু থোকমিন্নরকই -

নুপা—মথেল অহুমদি য়ারনিদা। তোইথোংগা থারগদি মরী মরু-মরাঙ ঙৌবগদি মঙা। য়ারে।

নুপী—ঙাগী মথেনদি লায়রিনে বেরাসি দোখিনাগীনিনে ! কুমনিস্থু দোখিনাস্থু ঐখোয়না তৌ হায়রিমাল্লেনে। মথাগী ইমুংসি হৌজিক কাওবা করিগুম্বা অমত্তা হায়দ্রিনে।

নুপা - মখোয় অনীগী বোনস ফংলরোই হায়বগুম তায়হে।

নুপী—তু তৌরকএ মাই হৌনবী মনাওগা মনাওনুপীগা হেক ঙনখৎপসিনা

নুপা - ফংবু ফংডোই তায় হায়বগী রানি—

নুপী—বোনস ঙাইবা য়াব্রনে চাককৌববো ! মহোয়গীদি মচে মাদ্রা ? ঐখোয়দনা সুম অহল অরীকপদুগী শোরাঙস্থু ঐখোয়না শোন মশাস্থু লাইরিক তমহন .....

নুপা—তোকও, তোকও ! খোয়দো লংখংলক্কনে ঙা-কাসে – হ ! পাং তুরেন য়ৌনিকো !

নুপী অনী থোকমিন্নরকই—

নুপী – ১ – ঐদি হন্দক্তি কৌরগুমসি হায়বনেঁবা। অদুদা মপা অসিনা সুংয়া য়াদ্রবা। ফনেক অমমমগা শেল তরা তরাদংগা তৌরগা লোইরে হায়দনা য়াদ্রে। অউনপোং লৈতে হায়দনা . .... ..

নুপী ২—নঙগীতুবু অউনপোৎ হায়রব্র দোখিনা হায়ব্রো ?

নুপী ১ - চাক্কৌবদবু অউনপোৎ হায়গদ্রনে ! নঙস্তু !

নুপী ২—অউনপোৎ উল্লস্তু য়াই উন্দ্রস্তু য়ারেনে। চাক্কৌ'—দোখিনাদি ইমায় অরাংগী থিকাদারদো মাগীদি মচানুপী অহুমতু টি. ভি. অমমম ! অসোমগী অতোম্বীগীতুদনা কার তৌদৌরি হায়বা পাউ তারেদো ইচল অহল অসিনা। মতুদগী নহানকাদি মহা কুম্মৈনি ফোয়র্নারবা !

নুপী ১—কনা কনা ; মতৈ মনাও ?

নুপী - ২ নঙ অমস্তু ! মতৈনে'না ফোয়নবা মশম য়াওদ্রবতুগা করম্না ফোয়নদোইনো !

নুপী—১ — আই ! হৌখিবা চাক্কৌবদা লোইনা ফোয়দোকগ্রবো ! ঙদক্কীসিদি নহা অমগা মীয়াই হাইরপ চঙবা অমগনি। নুপানা নহানি। কেবদি নুপীনা হেল্লি ফজবস্তু য়োনা ফজে। নুপানা মশা মউ য়াম্না ফৈ। কিল্মদা অকপা নত্রগা ফত্তবা শাবা য়াগদবা মাল্লি। হিদাক হাইরপ হাইরপ চাওবা মাল্লি। তোলহাইনরকপা য়াওরকই—

নুপা—ঐনা য়েন তৌসি হায়দ্রো ! ওকনা ভারী অমা হেল্লি ভাদগী।

নুপী কৈনো ! নুমীৎ কেক চুপ্পগী ওক-য়েন-হিদাক্কা তৌদনা লৈরিসিবো ! নিঙোল চাক্কৌবদবু শা-ভানা য়াব্রো !

নুপা করি য়াদনি মফৈ চীকপদি নমা নচানা হেল্লি। মচানুপীনেনা ময়ুমদদি য়েন যন মুলা তৌদনা লৈরিসিবু—।

নুপী - অতুনা ময়ুমনিদনা মপামনি। মপাম ঐগীদদি য়াদে।

নুপা - করি য়াদনি ইবানী কৈনা কংখিবা নুমীতুনা কৈনো হোটেলদা ওকস্তু য়াওনা ফুধখিবতুদি। ইচানে'না ঐনা কোয়জগে তৌজরগা মমা কংহৌবগা তোকহৌরে।

নুপী—ঐ অসিবু নহানরাইদি 'চহী য়ামজরবসু লৈশাবী অমনা হেন্দ্রকা হায়দনা চীংদা থরা পু পাৎতা থরা থাং— ! হৌজিক্না থাদোক্লীং-ঙকঅবরা । থাদ থাদোকউ নপুন্সি চুপ্পা জেলদা থমগে ! মীনাই ওইদনা লৈরম্বদগী নবেম্মা ঐনা

অতুম চৎখরে । লাপ্পা থারম্বা কার অমা তম্না চৎমিন্নখি । মরক মরক্তী তোয়রপ্পা রাথোক মাল্লি । মৈ মখল মখল থাল্লগা থোৌখিবা গাড়ীতুদা ঙাইহাক য়েংলুরগা মংলেম কোইবী য়েংবা লোইশিন্নীংলমাল্লে থোক্লক্লে । মখোঙনা ঙাহৌ-ঙাহৌ থোরকপনি । খোঙনা হল্লি । লম্বেলদা মী মথং মথং খরা থেংনৈ । নুপী অহল ওইরবী অমা তুং-মাঙ হায়রপ য়েংলদনা তহা-তহা চৎলম্বা থেংনৈ । হংলুই মংলেম কোইবীনা— ( 'কোইবী' মাগী মিং অমদি মিংগী শরুক অমা নত্তে । শাউরক্লগা নাতোনসুমাঙগী চাউনা থারপ থাক্লিবা মকোই অতু খজিক খজিক চোংই হায়দনা মাগী নুপী তোম্বীনা মমাঙদদি নত্তনা মতুংদা পনখিবদগী তানিরক্লনা কৌনখিবনি । হৌজিক্তি মমিংগী শরুক অমা ওইবতা নত্তনা করিগুম্বদা মপূম অতুম ওইখরে )

— কৈদৌরে ইমা, নপাংগকা কায়নরবরো ?

— কায়নদে ইবুংঙো, রিক্সানি হায়দনা তৌরিশিংসে অমত্তা চৎসি য়াদেনে ! ইচানুপী নিঙোলগীদা হয়েংগী পাউ পীরুগে চৎপনিনে ।

— হোয়নে হৌজিক কালগী রিক্সাসি জাৎ অমা ওইনা তৌরবনি । ঙাংন-বনা শাথীরিবা ভারানা য়াম্না য়াম্না লৌরিবা !

— লৌরো চৎসি হায়রিবনিনে ; অমত্তা য়াদ্রিবা ।

— ঙাইখো ইমা অসুম চৎসি অমা লাক্লবদি ঐ ফাগে । অহাংবা য়েংসি ।

— হাঙবসু পাক হাঙদবনি তৌরিসে ।

ফনা শাংনা চৎমিন্নে । লম্বেল রারীনি—

— কৈনো ইমা অঙাংশিং নহা চৎপিনবা লৈতবরো ইমানা অমম্বসিদা তহা-তহা— ?

হো লৈয়ে য়াঙ্গোন অমা। দোখিনাগী ইচানুপা অনীগা মাগী মাগী নুপী ইমৌশিংগা ঙং-ঙাং তৌনবদগী হন্দক কৌরগুমসি হায়দনা ঐনা থবং ককন্নুরবা ; অতুদগী ইচানুপা আদা চীংদা থবক তৌখিবা অতোম্বতুনা নুমিদাংদা হৌজিক্তা করিগী ইচেশিংবু কৌদবা য়াত্রা হায়দনা ময়াম্বশিং মতৈমশিং অতু থীন্বদনা কৌনবা তৌরিবা। দোখিনাগী কৌবসু নত্তনা দোখিনাগী তুকা থিরবদি মচেশিংসু শুককৌ কৌরোই হায়দনা তৌরে ইবুংঙো! গজেদে-গজেদে যুগ অসি ওল্লে। মৌসু পিবাসু নিঙোলসু চপ মান্নে। হেন্নদে। অসিনা বে হায়নীংঙাই লৈতে।

রিক্সা অমা হাইথরকই। হাঙদে। অমা হাইগংলকই। তয়ারগা মৈগা পুন্না য়াদ্রে হায়। চাকাগীদি উদ্রে ; মৈদি য়াওরি। হায়রুবদা থাউ খজিক্তা ঙায়রে অম্বায়দা মূংলদৌনি হায়রকই। মংলেম য়াওনা খোইদৌ লংখংলি। অহল অতুনা হৌরকই --

- ইবুংঙোগীদি নিঙোল লৈত্রা ; কৌরোইদ্রা ?
  নিঙোলদি অমা লৈরম্মী। কৌবদি কৌদ্রে।

-- কৈদৌবা ? লৈখিদ্রবরো ?

-- হু! লৈরি। লৈরিবসি লৈখিদ্রগুম্মবা।

— ভাব তাকাত্রে ইমাদি।

-- অসি কৈনোনিদা ইমা। ময়ুম পানবনি হায়দনা ওংখিবসি মওং চাদ্রবা অতুদা শাউদনা ঐনা বদমাশ, নঙ শিরে হায়না লৌরে হায়দনা লৌখত্রবা!

--- কৈনোনে ইবুংঙো নচা নিঙোনবু অতুক তাথোনা তৌবদি হৌনদেদা! ইচা হায়বসিদি ইচানি ঈনি নশাগী ঈ মতুমনি। কিসনু খংসনু হায়দনা তৌবদি অঙাংনি চুম্মী। শিবা চঙবগী ব্রা পন্দুনা ইন্তোকপদি — !

— মসি ইমা, ইচা মানা চংলকপা লীচংননি।

— করি লীচংনো ইমাসু তাবা য়াদ্রো ঐসু ইচা নিঙোল থাজখিবনি হায়দনা হোঙখ্রিবা ময়ামসি অমত্তা পেন্দে। চেলহোঙ খরা, কৈনা

কৎপা খরা হৌজিকসু মতৈ-মনাও পঙথক্তা খৎনবসু য়াওরি। হল্লক্ত-খিবসিনা খৎনরে কৌনদ্রে খায়নরবনি হায়দনা হেক্তা লাকই। মঙানি লৈরগা মচা নীংশিংলকপগীনি খঙদে মাগী ইয়াহু খল্লকপগীনি খঙদে চক্ষম হেক্তা হল্লি। কৌবা লাকফাত্রিঙৈদা য়েপ্লকপা ময়োম মচাহু চপ্লগা মানা হান্না চেন্থোকখি তৌরিবা লীলাসে। খৎনবা শাউনবা হায়বসিদি ইবুংঙো চক্ষু-উয়ান্দসু কেৎনৈ হায়বা লৈবনি। নিঙোলদি তথী-তথী তনা-তনা তৌবা চুমদে। লখমী (লক্ষ্মী) চঙবা ব্লাৎকনি। নুংশিদ্রনে ইস্নুপীতুবো ?

— নুংবুদি নুংশিবা ইমা। নুংশিররোই হায়দনা লেপ্লবা।

— মরমতুবু — ?

— ইমা পাঙনদনে মানা লৈখ্রিবসে !

— হে-হে অতুবু মরমলো। তৌজিক্তু করি লৈবা ব্লানো ! এগীদি ইচা নুপা অতোম্বা মচেশিং কৌনি হায়দনা লাকইবসি মানা লৌরিবতু চীং নিঙোননি। মাখু লাকহৌরি। শেংদোকপা শেংদোক্তবা ইমাহোয় বেরা লৈত্রে। ইস্নুপা অতু উবনে ইমৌ অতুনা হৌন লোনচং ফজবনে ; থোঙ থাকপনা চেকশিন্না লাক্লজরবনিনা মানতুম ইহেন হেল্লে। লৈকাই-নুংকাইগী ব্লা থোইনা তাদ্রে ইমৌ ওইরে। এ ! নচীন থী হায়নি লাইগী হৈরুক শেম্বকাদি মানা হেল্লি মচু তাবা। মহোয়গী কোলেজদা করিনো মহোয়গী থোং থাকপগী ইমুং লৈতেংবগী সবজেক্ত লৌরকই হায়রিনে।

— হোম সাইন্স হায়ব্রো ?

— হো হো হোমা সাইন্সা ! নঙগী নয়াতুদি করি তৌরি ?

— ঐ মুন্না খঙদে ইমা। মশক ফাওবা য়েনীংদদনা য়েংদে অনী-অহুমলক-খক শোয়দনা উরুরে। মশাদি এম, এ, লোইরে ; থবক অমা থিক্লি হায়বদি তায়।

— অতুদি মতারি মখঙইদনা মমিংসু খঙঙিনিদা লৈফমসু !

— য়াইমা থান কৌই হায়। মশক মতৌ শাবান-নুংবানবুদি নুপা মাল্লি। মহৈস্থু অতুম চংনবা য়াই। য়াম্না ফনা মকোক্তা ওইদনা লাকই হায়। মপা অতু মক্কাদা নুংঙাইতবা থৌদোক অমদা শিগ্রে হায়দনা তৌই। খরা নংই ইমা।

— ঐখোয়গী লম অসিদবু কনানো। মশা কৈ মহৈ হৈরি ; মরমবু ওক্লবদি নুপানিদনা ; মানা থোকপা অমা তৌদনা নুপী অঙাং থাকচনি। মরায়বক্তা লৈরবদি খুদি অমা থীনদা সনা খাওজাও থেংনবা য়াই। হায়রিবসি থেংনবিরবনিনে ইবুংঙোগী মিংবু করি ?

— ঐ কোইবী হায়রগা খঙনে।

— অঁ মিংদাকাদি শেংলিনে !

— কমদোবা ইমা ! ইমাগী লৈশাবীরনে ?

— লোন্দাসিগীরনে ! ইমাই টি, ভি, দা কোন্দুনা লৈবা ঐস্থু মুপা-নুপী নীফুনুক লৈ নখোয়না ঙাংনবা ভামল্লদনা শাফা ওইরে। অতৈস্থু লৈরি
— তাসিনে ?

— জুম্বা, কাপথবা, পাংঙ, করাতে, য়ানবা লংবা - কে লংবা ... !

— করিনো কে লংবা হায়বদি ইমা ?

— কিসা তৌবনেনে ; কিসা অসিবু করিনোননে ইবুংঙো ?

— মতুমদি ঐস্থু কৈনো তৌরে — ।

— ঐমা সিবিরনে ইবুংঙো ? মহোয়গীসি সিদি ওইরমাল্লেদা — ।

কোইবীদি খঙই ; খঙশিন্নদবনি। ইমা অতুমদি ভাব ভাফাওে। খরা খরা তাবস্থু মাল্লি। লিল অসিবা কানবদোনা তৌই। অনী চংমিন্নে। জুপী অতুদি মচানুপীগীদা য়োনীংবনা পাইনীংলে। চহীনা অমদি মতম খরা চিংবা হৌরুরবা মখোঙ য়েং অতুনা ফাবগী রানি।

রিক্সা অমা তহা-তহা হাইগৎলকই। মী য়াওবা উদে। মৈস্থু পীশক পীক্লা থানাগী মীওইনা ফাখিদনবা ওইনদা থানবা মাল্লি। মংলেম্না খামুই। রিক্সাতু য়াদে অথুবা থরক অমা লৈরে হায়রকই। মংলেম্না চঙশিল্লগা থেম্মুই —

— হাই নঙনা পান্বা পৈগাহ্নু পীগে লাপস্নু লা পত্রে। অহল অসি অমুক্তা থিনবিরম্মু।

থৌরিবা নুপা অত্নুনা খুম্মিবা মমায়দা উপ্পিবা তুপীহ্নু খজিক অমুক চিংথরগা হায়রকই—

— ঐগীস্নু অথুবা ওইরবননি।

— করি অথুবনো কুইরোই কৈনো।

— ইন্দক্কী অসিদংদদি চাককৌবীগে হায়বা মাগী মামশিং অমনা পাউ হায়বসি মমৌনুপী অত্নুদা হায়রুদবা য়াত্রবনি। ঙা মেলাদা য়োনবা চংখিবী অমনি। হরাওজরনি। নিঙোল অমদা ঙসিগীদি নুংঙাইবা পাউ ওইবননি। অমা অমা য়েংবিরো। ভারাদগী অসিনা লূরবননি।

কোইবী পিং লাউই। মকোইহ্নু নীকখি। 'করি তোংগদৌরিবা ঐখোয়গী ভারাবু য়াংনা লৌবা নঙগী নতু অত্নুনা হেনবনি হায়বা! ঙাইখো নঙ থিক তৌগে।' হায়রগা থৌবা হৌরবা রিক্সা মনীংদা তাপ ফারগা খংচিং চিংই। তাগে তৌবা অথৌবনা কুমথরগা হায়রকপনি — তৌবিনু পাবুঙ নিঙোল লৈবা মীগীদি নুংশিবিকম থোকপনি। ঐদি ঙমজররোই!' চেকশিনহৌত্রবা মিহুল অমনা মংলেমবু ফং শাউহল্লখি। 'করি রিক্সাবালা পেতরা নঙনস্নু ঐঙোন্দা তাকপা শাবা!' হায়রম্মগ, ফুরিৎকী ঙকশমদা পায়রগা চিংথরুই। অথৌবত্নুনা মখজাই তম্না হাইথরক্কৌবা খজিক্তা ঙায়রবা হাইগংখ্রবা মংলেম কোইবীগী মখুং অচৌবদুদা শংক্রিক য়েংলগা তুপী লৌথোকই মমায়দা য়েংলিবা খুদৈ মতেক অহ্নু শং হাইদোকই; হায়রকই — পাবুঙ ঐনিনে।

নুপামচা মহাহ্নু য়াইমা থান ওইরম্মে। মংলেম্মা মৈঙালদা খঙলকপনি। য়েংলিবা নুপী অহল অত্নুনা কোন্নী খাম্মকপনি মংলেমগী অচৌবা খুবাক্কা হান্নন মাঙজৌননা তপ্না লোইরোই হাইথখ্রবনি। নুপামচাহ্নু

রিক্সা তপ্পা তপ্পা থোহ্না চংখি। মংলেম হাবুঙ অমগী মমিদৌনা লেপহৌই। নুপী অহল অত্থু তহা-তহা চংখি। চংনা চংনা অহল অত্থুনা তাক্লশ্থনি— ইবুংঙো ইমা অত্থুম্মক য়ৌরুরগে নচননা হরাওজগনি খনবদা ইমা রাদ্রে। রাখলদা ঙাইহাক ফুম্থুংনরুই। কুইদে মঙাল অমা মথমোয়দা লাকখি। মেলাগী ঙা য়োনফমলোমদা খংপ্রেক খংনা হরাওজগদবী নিঙোল অমা উরকখি চংনা চংনা ; চংনা।

ইম্ফাল/১৯৯৭

# তাঙ্কক অমা*

ইঙাগী থাশিগী অহিং ওইবনা, মেরগী পুর্ণিমাগী অহিংদা মায়কৈ তরা পুমলং লংলম্বা অতিয়াহু নোংচুপ্লোমদগী নোং পুহনা অতংপা লৈতনা পাইরকপা অথাবা অমদি অমম্বা নোংতন পুংকুপ কুপখিবনা মীৎ পাংই-পাংদে কুপ্পুনা য়েংদ্রবদি চিংনমিঙাই ওহরবা অহিংনি— মম্বদা। ঙুনিং মঙানি অরেপ্পা লৈতনা নোং চুখিবনা পুঞ্জি, খোংবান-লুব্রাং ঈমায় তনিক তনিক্লে ! ঈশিং ঈচাও লাক্লগদরা হায়না চিংনবা হৌনরক্লবা ফাওবদা মতমগী ওইবা খোঙচংনা অরাপ্পদগী অমদি অনকপদগী অরেপ্পা লৈতনা হঙোই শঙ্গু কয়া-কয়াগী অয়াকপা, অরাংবা অমদি অনেম্বা খোঞ্জেল তভ্রনা তারি। অহিং চাকতাবা শাহিং-ঙাহিং চাবা জীবশিং চাক্তাবা চংপা মতাংনি।

মতাং অসিদা ইম্ফালগী মরুওইবা চিক্লবা অমদি মম্লবা লমজাওদা মথোং কারক্লিবী, লৈশাবী চনু অমা মরু খুম্লপ তৌরহুনা মনীং পাংনা তপ্পা-তপ্পা লৈতেম মান্নবা পৃথিবীগী তম্পাক্তা লিরি খোইরীনা রাখল তৌনা মহাসাগরগী লমথুংকম তম্না চেন্থরক্লিবী ঈচেলগুম ঙাকলগী লুম্নবা পোংলুম ওইওইননা থন্নয়গা থোংলবা পুন্সিগী থৌদোক কয়াবু য়েংল য়েংলদুনা চংলী। কদায় তান্না চংলিবনো ? খঙদ্রি : কদায়দগীনো খঙদে ; হন্না য়েংদে ; মাঙদসু য়েংদে ; তপ্পা তপ্পা অনিংবা অমগা চংলি।

অদুম লাকপনা ইম্ফাল তুরেলগী শেংলবা মোংফম অমগী মপাদা চঙলক্লে। হন্না য়েংদে মাঙদসু য়েংদে। চিক্লবা শোঙলবা মোংফম অসিগী ময়াই ওইরপ্পা তপ্পা ফমথরগা মকোক খুম্লিবা ফি মচা অহু তপ্পা হাইদোকই। মখুং য়েংনা মখদাং শৌরহুনা অমম্বা অহিংগী অহাংবদা

---

* অইবগী ইহান হান্না ইখিবা রারীমচানি

য়েংলদুনা হৌখিবা থৌদোক খরা ময়েক লারবা পর্দাদা মথং মথং ভুরকই। কবি করিগুম্বা মতমদা অরাবা অমদি নিঙমদবগী মপ্পবা অহিং অসিদা হৌখিবা নুঙাইরবা থৌদোক কয়ানা তত্তনা শিন্থরিবা পিরাংলক্তা মোমোন তৌখিবা কনানা উবা ফংগনি ? ঈমায় চোন্না চেল্লিবা তূরেনগী, মোংফমগী অচিকপা থুগাইবা য়াক্লবা ঈরাওখোল অমদি থমোয়গী ওইবা মুংলরোইদবা অকিবা ফংলবা মৈরিখোল ; অনিগী মরক্তা ফেং ফাওবা হায়বা তৌদনা ফম্লগা হৌখিবা কয়া নীংশিংলকই —

* * *

··· থা খরগী মমাঙদা, শজিবুগী চৈরাওবা মুমিৎকী নুমিদাংরাই অদু ময়েক লা-না নীংশিংলকই। চৈরাও-চীঙ কাদুনা লাই থুরুমলুরবা মতুংদা তপ্পা-তপ্পা রারী শারদুনা খোঙলখেলদা লেংমানবী মতা লতাগা কুমথমিন্নরকই। নুংশা খজিক হাইগংলকপা মতাং ওইবনা অদুক হাক্লা রাদ্রবস্থ লাইবক মচিদা হুমাং শৌরকপা তৈথোকপগী লোইবা নাইদ্রবা মতমনি। পোথা-বগী রাখল থোইনা তৌদনা অনী অসি তপ্পপ্পা কুমথরকই — । চীঙখোঙ হেক য়ৌবদা তুংলোমদগী 'লতা' হায়না কৌরকপা তাবদা লৈদুনা য়েং-থোকখিবদা মরেপ রাংলপ তৌবা মশা মানবা পাখং অমা মথন্তা মখোয় তপ্পা চঙশল্লকপা অদু নীংশিংলি। মাবু উবদা লতানা য়াম্না হরাওনা তরাম-তরাম তৌবা উবদা চিংনরপ তৌনা মাম্না হংখি লতা কনানো ? লতানা নোকফেৎ তৌরগা খুমখি — 'এখোয় তাদগী মরুপনি।' তৌইগুম্বসুং মতাং অসিদা লতানা পাউগুম্ অসি ইলাই লাইনা পিরমদাইদা খজিক ইকায়রপ তৌখিবা, মমিং তথক তথকখিবা অদুগী অর্থ তারিবা মহাক খঙবা ঙমখিদে। শাগদবা রারী ডাক লেপ্ত্রো শারগা পাখং অদুনা লতাদা হংখি

— 'সোমগী মিং ?'

লতানা নোকফেৎ তৌনা য়েংলগা খুমখি — 'সরোজিনী, হরাও কুম্মৈদা মপান খক থোকপোং নত্তে ঙসিদি এনা ফাদুনা পুরক্লিবনি।'

অসুম্না শকখঙ মায়খঙনবগী ওইবা রারী মতেক অমা শারে। মখোয় অহুম চৎমিন্নরে। লম্বেল চৎনা চৎনা পাখং অতুনা সরোজিনীগী মনাক্তা চঙশল্লক্লগা হংলকই — মিংদি খঙদে, অতু করি ক্লাস তম্বিরিবগে?
সরোজিনীনা মখূৎ নাম্মনা হুমাং তৈথোক্লগা মিরবা খোন্থাংদা খুমলকই—
'হন্দক কোলেজ কাজবনি — !'
— করি লৈকায়দা লৈবিবগে?
মুপাতুগী রাহং তাবদা লতানা খজিক নোক্লগা হায়রকই— 'ঐখোয় লৈকায়দা; ভুবনহোইগী হেক মমাঙদা দলান অমা লৈরিবতু মখোয়গীনি' মুপাতুনা ঙক্লপ্পা হায়রকই -'ঙসিদা খঙলিবনি। মরুপ ভুবনহোয়গা করি থোক্লবিবা?' সরোজিনীনা নাম্থরক্লিবা ফিজি তপ্পপ্পা হায়গৎলগা তপ্পা খুন্নকই— 'শাগৈনি।'
— য়েংখোম?
— হোয়।
— ওঝা কোমোল হোয়…
— কোমোল ইধৌনি!
— ও হো! ওস্থোক্লা নক্লা খঙলমদ্রেদা!

অম্মুম্না রারী শাতুনা লাকপনা পাখং অতু লাপ্পপ্পা লৈজহোরগে।' হায়রগা লৈহোরে। অতুবু পাখং অতুনা য়াম্না নুংশিনা সরোজিনীদা য়েংলগা বিদায় নিরকপা অতুদি সরোদি খঙদে, উখিদে—লতানা 'মতুং অমুক উন্নসি' হায়ব'তুতা মতাহোই। চৎনা চৎনা সরোজিনীনা হংই—
— মমিং করি কৌই?
— রবীন্দ্র, করিগীনো?
— নংগদি কদায়দা খঙনরুরিবা?
— ঐখোয় তাম্মোগা তিন্নৈ হায়বতু কাওরবরা!
— তামোয়ায়গা তিন্নরগা নংগা করিগী খঙনরুরিবা?
— হোয় ইবেম্ম! ঐখোয়দি নংগী হৌনবী হৌরক্লব্রা — — —!

— কৈনো ঐনা করি হায়গ্রবগে লতা ?

— নখোয় ছাত্রগী হৌনবী — — লাইরিক্তা পাহুনতা লৈবা মুংঙাইবা—
নং অমুক্তংদি খঙলকখিগনি।

অসি হায়রমলগা ফেৎ শাওখিবা লতাগী মওং হন্না হন্না নীংশিংলকই।

*   *   *

মমিত্তগী তারকপা মপি তত্তনা তৈথোক্লি।

*   *   *

নোংমা মুংথিল অমা মাগী কাদা ফমহুনা লাইরিক মচা অমা পারম্বদগী হৈনিংলক্রহুনা লতাগী মনাক্তা ঙাক চৎলুগে হায়হুনা থোরকপা অহু নীংশিংলকই। থোঙ্গাল হেক হাংদোকপদা লৈরক্তা থোঙ্গাল মপান্দা রবীন্দ্র একাগাড়ী অমা পায়রহুনা লেপ্লম্মী। হেক উবদা সরোজিনীনা নোকফেৎ তৌরগা ইচম চম্না হংই—

সরো – কদোম চৎলুই ?

রবী – মুংশানা কন্দ কনখৎলক্লবা মতম ঐখোয়গী হঙ্গৎ হন্দা চৎচবা
মতমনি, কদোম লেঙদোইবা ?

সরো– লতাহোয়দা চৎলুগে তৌবা।

অসি হায়রগা সরো তপ্পা-তপ্পা চৎলি। রবীন্দ্রসু তপ্পা চৎমিন্নরকই। সরোনা হংই—

— তামোয়ায় উন্নগদোবা লৈব্রো ?

রবী – হৌজিক্তা মখোয়দগী থোরক্লিবনি। অয়ুক্তগী ফম্বনি, ব্বারহুনা
থোরক্লবা — — সোমদি মুংঙাইরিদনা ?

সরো— অস্সুম মরেল্লি।

চৎলম্বদগী রবীন্দ্র চপ লেপ্লগা তপ্পপ্পা হায়রকই। সরোজসু লেপ্তুনা লৈ।

রবী— অহু য়াম্না ব্বারৌনা থোক্লগদ্র কৈনো ব্বা মচা অমত্তা হায়জগেদো।

সরো— হায়য়ু কৈদৌগে করি তৌজো হায়বগে ?

মতাং অসিদা রবীন্দ্র ডাইহাক খল্লগা ফুরিংখাওদগী রুমাল লৌথোক্লুনা হুম্নাং তৈথোক্লগা— হায়নিং হায়নিং ঙমখিদবা, রাগী মতাং অসি থম্বদি ফজরোই মতাগুম নোকফেৎ তৌরগা – 'এ ! ঙম্বাথু ঐখোয়গীস্থু ঙম্বানি ঐ হেক্তা হায়জরগে' হায়খিবা : লতাখোয়গী কোম্বোং ফাওবা চৎমিন্নরগা 'ঐ চৎচরুখিগে' হায়রগা হনখিবা রবীন্দ্রগী মঙংগী অর্থ মতাং অদুদা খঙলমদ্রবস্থু মন্নবা অহিং অমদি চিক্লবা মোংফমগী ঈংলবা মফম অসিদদি সরো রবীন্দ্রগী হায়ঙমদবা রা নীংথিনা খঙলক্লে। অদুবু চাক্লবা থমোয়গী মরুভুমিদা মমাংঙমক্তা মংখিদবা মিৎকী পিরাং চুরকপগী অর্থ করিনো হায়বা কনানা খঙগনি ! অদুগীস্থু মথক্তা লতাগী মনাক য়ৌরবদা 'উন্নে রারি শায়' হায়বা তাবদা লতানা তফিং তফিং 'মানা করি করি হায়রম্মী ঐগী রা ?' হায়না হংখিবদগী মঙংস্থু মতাং অদুদা সরো লাম্বা ফংখিদে। মরম হন্না হন্না হংলবা ফাওবদা লতানা লৈছুনা খুমখিবদা থাজমনখিবনা হৌজিক্তা মথন্তা ডাইরবা মতাংদা নিঙমদবনা মাঙওইনদুনা খল্লকই – 'লতা ! মতাং চারিবৈদা তশেং তশেং ফোঙদোকহৌরম্বা তারবদি ঙসি নংনা ঐবু খল্লিবা মঙং অদু খুদক্তা লায়না লাল্লি হায়বা খঙলম্বা নত্তনা সংসার থাদোক্তবদা তারমগদবনি। অদুবু মরুপ ...,

*   *   *

নোংমা নোংমাইজিং মুমিংকী নীংথিজবা অয়ুক অদু তশেং তশেং নীংশিংলকই। সরো মাগী কাদা ফমদুনা করিগুম্বা খরা খন্দুনা লৈরিবৈদা লতা হোবে হোবে চেনশল্লকখি মিপাইবগা লোয়ননা মরম হংই। লতানা হৌজিকমক সিনেমা য়েংবা চত্তবা য়াদ্রে নং পংনা য়াগন্দে হায়বা খঙই, অদুবু ঙসিদি চত্তবা য়াদ্রে হায়রকই। সরোজনা মরম হংলবা ফাওবদা 'এ সে নফি শেৎলো।' হায়না সরোনা শেৎনবা ফিরোল পুথোকপিরগা পিরে। ইতৎতত্তনা হায়বা, হন্না হন্না হায়রবা ফাওবদা মানা পামদ্রবস্থু চান্নবা মরুপ অমগীদমক্তা পামদবা অমদি অনিংবগী চাং খরদা ওইরবস্থু থাদোকপদা থোইনা কায়দে হায়না খল্লুরগা মফি শেৎলে। কুইনা চঙদে। সাজোনবগী

মমিংদা মাংজৌননা হোৎনরবস্থু পাঙথোক্কদবা থবক কয়া মতম্না ননখিত্তুনা অরেম্বদা তাহনখিবা ঙম্বী নুজাশিংগী শক্তি সরোদা লৈতে হায়বদি য়াদ্রবস্থু সুপ্নগী মমিংগীতা ওইনা তৌবদগী হেন্দ।

মতম খরা থুংয়ৌনখিবনা অরাকপা রিক্সা অমদা তোংলগা লাক্লে। হেক য়ৌবগা হংনবদা হৌখিবা ঙাইহাক ওইখিরম্লে। মতাং অসিদা কদোম-দগীনো খঙহৌদে রবীন্দ্র শং থোরকই। লতা অমদি সরোবু কৌরগা হৌখিবা ঙাক ওইরে, লাকও হায়তুনা চঙমিন্নখ্রে। পুমঙান ঙানবদগী পুংমম মম্লবা মনুংদা হেক চংলকপদা মায়গৈ খঙদে। তুংথং মাঙথং চঙমিন্নরে। ফম্মো হায়রক্লবদা সরো ফমথৈ। মাঙলোমদা উংলম্লিবা দৃশ্য পুক্লিং চঙনা য়েংবা হৌই। ঙাইহাক লৈরগা য়েংলোমদা খজিক ওনশিল্লগা মী অতৈ তাখিনি মতাগুম সোম্বাংনবা খোঞ্জেলদা – 'লতা নংসি ঙমমিদা' হায়রুই। পাওখুম ওইনা 'কমদৌবা!' হায়বা রবীন্দ্রগী খোঞ্জেল তাবদা ঙকপোই মিপাইবোই ইকায়বোই অ হৌখিবা কুইরমালেনে! হায়তুনা লৈথোকই। 'পংকুই কুইদ্রি।' খুমলকই মিংচিনা লৈত্তুনা লতা কোইথি থিবদা অনক-পদা উবা ফংদে। ইরাং থংবী সরো মী অত্তক হাক্লা লূদবা নত্তে নোকফেৎ তৌখি। মরক মরক্তা রবীন্দ্রনা চানবা পোং লানশল্লক্পদা 'ঐ তৌরোই' হায়বা নত্তবা রা মচেং অমত্তা ঙাংখিদ্রে।

অস্তুম্না ঙাইহাক লৈরগা মতুংদা রবীন্দ্রনা খজিক নকশল্লক্লগা তপ্না কৌরকই থুম্বগী মহুক্তা লৈহুনা খজিক য়েংথোকই। ঙাইহাক ঙাইত্তুনা করি য়ানো হায়না তাগদবগী শেম শায়। ফন কুইনা ঙাংলক্তরে। মমৈথংদা 'করি—!' হায়না হংই। রবীন্দ্রনা – 'নুঙাইবিদ্রিবো?' হায়না হংলকই। নোকফেৎ তৌরগা - 'এ! য়াম্না নুংঙাইরি' হায়না থুম্মী। ঙাইহাক লৈরগা তপ্না অমুক কৌরকই। য়েংথোকই, ঙাই; পাক হায়রক্তে হংই রবীন্দ্রনা তপ্না ঙাংবা হৌরকপগী অত্তুবাইদা তঙ্খায় চল্লকপগী মৈ ঙাম্থোরকই।

লৈছুনা য়েংখিবদা লতা মীরোল তরুক্কী ৱাংমদা ফমলম্মী। য়েং-খোকখিবদা খজিক নোক্লকই। সরোস্থু অর্থ লৈরবা মীনোক্তা মঙক পৈরপ নোকলুই।

অমুক হৌরে। ঙাইহাক লৈরগা তপ্পা অমুক কৌরকই—

রবী — সরো!

সরো — কৈনো?

রবী — য়াম্না — ৱারোনা থোক্লগদ্র করিগুম্বা অমতা — —

সরো — করি?

রবী — হন্না হন্না নিংলক্লবননি ... অহুৱ সোম্না চম্বসিদা ঙমদে, অহু .. য়াম্না নাকোং ৱাই চিন্না থোক্লগদ্রা ...

সরো — কৈনো হায়য়ু কৈদৌগে?

ঙাইহাক তুমিন লৈগ্রগা রবীন্দ্রনা তপ্পা হায়রকই। করিবু ওইরিগদগে হায়না মুম্না তাগদবগী নীংথিনা শেম-শারিঙৈদা হায়রকই —

— করিস্থু থোইদোকপা নত্তে য়াম্না নুংঙাইরোইদৌবা লৈরবস্থু হেক্তা হায়বিয়ু তৌবতবু ঐনা নীংজবসিদদি তাবিয়ু — চৈরা ওবা নুমিত্তা 'সোম্বু অহানবা উজবদা 'সোমগী মত খঙদনা ঐগী পঙলবা থমোয়না 'সোমবু নুংশিজক্লরে .. য়ামদ্রবদা মত অমত্তদি .. ?

ৱাসি হায়রক্লনি মানা তাগনি হায়না হান্না খঙহৌদবদগী শেম শাহৌ-দবনা সরো খোংদগী তোন ফাওবা খঙহৌদনা তু চুংখি, ওইথংবা পাম্বোম মরু চোংলকখি, থমোয়গী পুংজাও য়াঙনা থিনখি। ৱাস্থু ঙাংদা লানস্থু ঙাংদা মরু লুকথরপ তৌরগা লম হেন্দুনা লুমাংদা হাইথরক্লিবা শমজোই অমা/অনীহু তপ্পা হাইগৎপা নত্তনা অতৈ করিস্থু তৌবা ঙমখিদে। লীলা লোইরহুনা থোরক্লে। লম্বেলদা ৱা মচেৎ অমত্তা ঙাংদে, লতানা ঙাংবা হৌরক্লবস্থু খজিক তাবা নত্তনা মরক মরক্তা 'উম-উম' হায়না তাবা নত্তনা অতৈ তৌদে। চৎলে চৎনা, ফমলে ফম্না, চারে চানা রবীন্দ্রগী

চিংননা তপ্না তপ্না হায়খিবা পুন্নমক অমত্তা চিখদনা নীংশিংলকই। চাল্লুক মপান্দা ফম্লগা চায় হায়ববু মমানা 'কৈদৌরে নুপীমচা নশা ঙমদবরা' হায়না হন্না হন্না হংবগী চাকচাদা চখোম অমা অনী হুক্লগা মথুং হামহুনা মাগী কাদা লাকই। ফমুংদা হিপ্লগা নীংশিংলকই। ফমুংদা থরো থরো ওন্দুনা লৈবা উবদা মমানা মিপাইজরহুনা 'নংবু নশা ঙমদবরো?' হায়না হন্না হন্না হংই। 'ঙম্মী কৈদৌরগে!' হায়বা পাওখুম্না নুঙাইনা লৈজবী মমানি; মচাগী লায়না করি খঙগনি।

নুমিদাং ওইরক্লে। ঘড়ীদা লৈহুনা য়েংখিবদা পুং তরুক তাগদবা খজিক্তা ঙাইরম্লে। মতাং অসিদা কাইনরমদাইদা তপ্না হায়রম্বা রবীন্দ্রগী রাহৈ অমুক্তা হন্না নীংশিংলকই— 'অহু ঐ হোরেল পুং ৬ তা লাকচগে থোঙ্গান্দা হাইরপ্তা লেঙথোকপিরকউ—।' হন্না-হন্না নীংশিংই। তত্তনা মপাম্বোম চোংলকই। পুং তরুক্কী খিংলক্লে। ঘড়ীদা অমুক্তং য়েংলম্লগা মশম তনহাং হাংলগা থোরক্লে। থোঙ্গাল হেক হাংদোকপদা রবীন্দ্র লেপ্তুনা লৈরম্মী। মাগী নোককেং তৌবা মিনোক্না তরাম তরাম ওকপা ঙসিগা অনি শুবনি। অহুবু অহানবগীগা হন্দক্কীসিগা মশক মান্নরবসু অমনা শরদকী অয়ুক্নি; অমনা বসন্তগী অয়ুক। পিরকপা চিঠি লৌরগা চঙলকখিবা নীংশিংলকই --। [ফম্না-ফম্না মথুংনা পায়রিবা চিঠি মপুল অহু অমম্মতা ওইনা মকুপ মকুপ ে◌গায়রগা ঈরৈ চেল্লবা ইম্ফাল তুরেলগী ঈশিংদা তপ্না য়েংলকখি]

* * *

অশুম্না থাবল ফরবা অহিং খরদা নাইতোম উন্নরগা চিকথনখিবা, মুমিদাংরাই কয়া ফোংনা উন্নখিবা, ব্যবহার ফজমনবগী মরমদা খৎনখিবা, নোংমা লাক্তবগী শাওনখিবা অমনা অমবু মরাল থংজন্নখিবা. কয়া কয়া নাইতোম ওইনা চিক্না য়েংমিন্নখিবা লাইরিক তম্বা কুমলকপদা ইখঙ খঙহৌদনা মিত্তনা য়েংনখিবা অসিনচিংবা পুন্নমক নীংশিংলকই। পুন্নমক অসি নীংশিংলকপদা তু খ্যাও চুংখি।

নোংমা অয়ুক অমা অরাংথংবগী অঙাং অম/অনীগী চিংনবা লৈরম্বা হিরম খরা ব্যাখ্যা তৌতুনা তাকপিতুনা লৈরিঙৈ মতমদা লতা য়াম্না নুংঙাইতবা মায়থোং পুতুনা চঙলকই। ঙাইহাক ক্ষমলে। অঙাংশিং অত্থু চৎথ্রবা মতমদা সরোজিনীনা হায়রুই – 'কৈদৌরে লতা নংবু নুমিৎচুপ্পা কপ্তুনতা লৈরব্রা? নুপী ওইবী ঐখোয়গীদি য়ুম, ইমা-ইপাগী য়ুম অসি ঙসি নত্রগা হয়েং, নোংমা নত্রগা নোংমদি থাদোকুনা চৎপা তাবনি। করিগীদমক কপ্লি?' লতানা মমিত্তা তারকপা মপি ফিজিনা তৈথোক্লগা হায়রকই – 'সরো করি হায়না তমসিগে খনফম খঙদে। ঙসি ফাওবদা ঐ নঙোন্দা ফাওবা রা অমা লোংলি। নংদি লাইরিক্তা পাতুনতা লৈবা, ঈরাং স্তুকয়াও য়াওদবতুদা মতম পুন্নমক্তা হায়গে নীংজখিবা কয়া-কয়া ইকায়বা অমদি চিংনবদগী হায়বা ঙমখিদে। অতুবু ঙসিদি হায়রগে নং ঐবু চৈগে হায়রবস্থু চৈত্রু।'

সরোজিনীনা নীংথিনা থেম্লগা লতাগী অরাবা পুন্নমক তম্মু করম্না কোকপা য়াগদগে হায়বগী উপায় তান্নসি হায়না হায়রবদা লতানা হায়রকই

লতা — সরো! ঐ খনফম খঙদরে, তৌফমস্থু খঙদরে! শিবনা ফরগদরা কৈনো খঙদরে।'

তাবদা সরোজিনীনা লতাগী মচিনবান্দা মথুংনা তপ্না থাম্লগা হায় – 'অঙাওবী অতুগুম্বা রাবু ঙাংবা হৌনবরা, সে তমতুম তম্মু—।'

লতানা তপ্না তপ্না তমলকই— 'লুহোংবগী রারোইপোং পুথ্রগা হৌজিকপু মানা য়াদ্রে হায়রিনে! চহি অঙম চুপ্না মাগা শকখঙনরকপনি! নুমিৎচুপ্পা কমিন্নতুনা চামিন্নতুনা রারী শাতুনা লৈবনি; ঙসি মঙা তরুক্কি মমাঙদস্থু সিনেমা য়েংমিন্নরুবনি! কৈদৌরবনো কনানা করি হায়জল্লবনো খঙদে ঐবু স্থুকপাম পামদে হায়রে হায়বা পাও তাই!'

সরোনা তপ্না হংলকই — 'মাগী অতোপ্পা অমা লৈরমতুনা তৌরম্বা ওইরম্বস্থু য়ানা লৈ। চুম্ব্রা?'

লতানা— শাওরপ ঙাংলকই— 'অহুনি সরো ঐনা খল্লম্বস্থ। নহাল ওইনাম মুখিনা হায়ববু মাগী অনৌবা অমা লৈরে হায় হংবদা তাকউ য়াদে খঙদে হায়রগা অহুম তোকই। লাইরিক লাইস্থ খরা হৈবা মখোয়না ঐখোয়বু করিস্থ লৈতনা খল্লে। মহা মহাক অহু মশক খঙলবদি মশম অহু অমত্তা খাক্তনা ফোইদোকপা ঙমগনি। মানা স্থকয়া য়'দবা তারবদি ঐদি সরো নঙোন্দা হায়রিবসিনি থৌরি য়ান্দুনা হেক্তা শিখিগনি। হৌজিকপু মীগী মমাঙদা চংহাৎ হাৎলে। অনৌবী লাইরিক হৈবী, মীগী থমোয় থুগাইবী লমহায়বী অহু মশক খঙনিংঙ্খ্রেদকো' অসি হায়রগা মমিংতা থমোয়গী ওইবা পিরাংলক্তা অশাওবগীস্থ তত্তনা শিঙ্খরকই। সরোনা তপ্না হায়রকই— ঙাইখো লতা তপথখোনে পুন্নমক তপ্না লোইনা ওইরক্কনি। হান্না অমুক্তা তাকখো ররবু কনানো ঐনা খঙবা মীরা হায়য়্ কনানো? লতানা তপ্না তম্লকই – 'নঙনা খঙবা মীনিদা নংগস্থ ইতভত্তনা উন্নখ্রবনি— নহাল নোংমা সিনেমা য়েংমিন্নখিবা রবীন্দ্র হায়বহুনি –!'

লতাগী অরোইবগী ব্রাহৈ খরসি তাবদা সরো খোঙদগী তোনফাওবা তু খ্বাও চুংখি। থোৎলবা থমোয়গী কাচিন্দা নোং ইমং মংদনা মফম ইখঙ খঙহৌদনা, অখাক অরাওগী নৈশা কোটি লাংলকখি। ব্রা ঙাংদনা তুমিন্না ফমহুনা লৈ, মিকুপ অমগী মন্নুংদা হৌজিক্তা হৌখিবা লতাগী ব্রাহৈশিং প্রলয়গী মৈজাও পুহুনা অয়াকপা খোম্থাংনা মাঙওইনরহুনা সরোগী থোৎলবা নাকোংদা ঙংলরে। অতংপা লৈতনা লতানা ঙাংথরকই— 'আ! মহাক অহু মশক খঙনিংখ্রেদা! মাগী মখোঙদা তুহুনা হন্না হন্না হায়জবা নত্রগা মাবু করিগুম্বা মওং অমা তৌহুনা মখৌজেং পায়হুনা······'

তানা তানা সরো তাশিল্লক্রে। লাইবক মচি মচিদা শৌরক্লিবা হুমাং মরিকশিং অহু তপ্না তৈথোক্লগা হায়রকই 'লতা মরাল লৈজদ্রবী অহুদস্থ পংতায় তায়নবিগন্থ— ঐ অমুক্তা লাক্লগে – ঐনা লান্দবা, নংগী মরুপ অশেংবী ওইরবদি শোয়দনমক নংগী আশা থুংগনি। লতা ব্রারুস্থ ঐ লৈরি, করিগী অহুক মুঙাইতবা তৌবগে!'

অসি তাবদা লতানা মঙোন্দা কোল্লগা হিক্ক-হিক্ক কপচখিবা তম্বনা নীংশিংলকই।

অহাংবা অতিয়াদা য়েংতুনা ফম্মী। মখুংতা পায়রিবা চিঠি ময়াম অতুগী মকুপ মকুপ শিংতু মিংকী পিনা মাঙওইনতুনা ঈহৌ কল্লবা ইস্ফাল তুরেলগী ঈচেলদা তপ্পা চাইথরি। নোং খজিক খজিক ভাল্লক্রে। য়াহৌ ভনবী য়েন্বীনা চিখেঙ্গী পাওজেল চেল্লকই।

* * *

মুমিৎ নিনিগী মতুংদা মনিপুরগী মুতিগী পাওজেল চে অমদা অচৌবা ময়েক্তা ময়েক লানা ইরকই —

মিমু থোংগী থোংখোঙগী অশোংবা মোংশোংলক্তা লৈশাবী অমগী অশিবা মশা লৈরম্লে। মখুত্তা মুরি অমা পায়রম্মী মশাদা থাংফম অহুম লৈরম্মী

আগ্রা/১৯৬৪

## অইবগী ফোঙলবা ৱারীমচাগী লাইরিকশিং

১। থক্লবী ( ১৯৭০ ) ৱারীমচা ১৪ য়াওবা
২। মোরাম্বী অঙাওবী ( ১৯৭৪ ) ৱারীমচা ১৪ য়াওবা
৩। তিংখংলৈ ( ১৯৭৭ ) ,, ১৬ ,,
৪। পিস্তোল অমা কুন্দাল্লে অমা ( ১৯৮১ ) ৱারীমচা ১৩ য়াওবা
( ১৯৮২ দা সাহিত্য একাদমী মনা পীখ্রবা )
৫। ইমৈস্নুনি তৌরাস্নুনি হঙ্ হঙ্ ( ১৯৮৩ ) ৱারীমচা ১৪ য়াওবা
( ১৯৮৫ দা মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমী মনা পীখ্রবা )
৬। মন্ত্র জন্ত্র তন্ত্র ( ১৯৮৬ ) ৱারীমচা ১৩ য়াওবা
৭। লাইরেল মরীম্বোং ( ১৯৯১ ) ৱারীমচা ১৯ য়াওবা
৮। কেগে মখোঙদা সার্টিফিকেট ( ১৯৯৫ ) ৱারীমচা ২১ য়াওবা
৯। লাইকিশি ( ১৯৯৭ ) ৱারীমচা ১৬ হাপ্পা — অদোমগী ইখুত্তা লৈরে।

বোবী পব্লিকেসন্স
**শীংজমৈ লৈশাংথেম লৈকাই**
ইম্ফাল—৭৯৫০০৮
মণিপুর